# মণিপুরী শৈরেং

সম্পাদণ তৌবা

থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
পাউনা বাজার, ইম্ফাল

পুরী শৈরেং

An Anthology of Manipuri Poetry

*Published by* the Manipuri Sahitya Parishad
Paona Bazar, Imphal—795001




সম্পাদনা তৌবা
থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ

অহানবা ফোঙবা : ইং ১৯৮৩
অনীশুবা সংস্করণ : ইং ১৯৮৪
অহুমশুবা সংস্করণ : ইং ১৯৮৮
মরিশুবা খুৎনম : ইং ১৯৯১
কপী মশীং ১০,০০০

মমল লুপা ২০/-

নম্বা : পদ্মা প্রিণ্টর্স
পাওনা বাজার, ইম্ফাল—৭৯৫০০১

# পাবিরিবশিংগী মফমদা

হন্দক অমুক নৌহৌননা "মণিপুরী শৈরেং" লাইরিকী অহুমগুবা খুৎনম পুথোকচরে।

মমাঙগী খুৎনমদা পঞ্জখিবগুম্না হন্দকী অসিদসু কবি মশা মশানা থম্বিরম্বা অহু কায়দনা থমজনিংবনা পান্দম ওইবদগী নম্বদা য়াওরিবা শৈরেং পুম্নমক অইবশিংনা অহানবা ওইনা ফোঙখিবা লাইরিকশিংদগী লৌথোকচখিবনি। করিগুম্বা অহোংবা থেংনবিরবদি মহু বানানগী শরুক্তা ওইরমগনি। মরমদি অইবগী বানান মতম অয়াম্বদা মান্নদে। মহু পুম্নমক "মণিপুরী লোনগী বানান কাঙলোন" মখাদা অমত্তা ওইনা থমজরে।

অহুগা লাইরিকসিদা য়াওরিবা অরিবা শৈরেংশিং অসিগী লৌথোরকফম্না শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌবা "থাইনগী শৈরেং"; শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহ অমসুং শ্রীপি, কোকঙাং সিংহগী "লঙ্কা কাণ্ড" দগীনি। পঞ্জনিংবা অমনা হন্দকী খুৎনম অসিদা শৈরেং খরা লৌথোক্লগা অরিবা অমদি অনৌবা শৈরেং খরা হাপতোক হাপচিন তৌজরে। লাইরিকসি ফোঙবগী-দমক্তা লৈবা সব-কমিতিগী অপূনবা অপাম্বা অমগী মখা পোন্না হোংদোক হোংজিল, হাপতোক হাপচিন তৌজবনি। তৌবগীদি লাইরিক অসি প্রি-ইউনিভর্সিটি থাক্তগীনা এম: এ: কাওবদা তম্নরিবা টেক্স-বুক ওইবা মরম্না অনৌবা সেল্লেবস শেম্লকপদা নত্রগা মতম মতমগী হোংলকপদা শৈরেং থন্দোক থগ্নিন তৌবদা অথোইবা শৈরেং লৈত্তবদগী অবাবা অমা ওইনবা অহুনসু শৈরেং হেক্না হাপচিনবগী মরম অমনি।

হন্দক হাপচিল্লিবা শৈরেংশিংদি— ১। কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মথাক—ডাঃ কমল, ২। লোক্তাক মপান্দা—খ্বাই-

য়াপম চাউবা, ৩। চীংগী লৈয়াং অমদা—খ্যাইয়াকপম চাউবা, ৪। মঙ্গুপ কায়নবা—খ্যাইয়াকপম চাউবা, ৫। য়েংথংবা লাংথ-য়ানগী লৈহাউ লৈরেন তুবা—হিজম অঙাংহল, ৬। খোঞ্জেল অমা—অশাংবম মীনকেতন ; ৭। মীৎকপ থোকপা—নীলকান্ত, ৮। কোন্নুং কাং তুবদা—লাইশ্রম সমরেন্দ্র, ৯। ইম্ফালদা পৃথিবীগী অরোইবা সুমিত্তা—লাইশ্রম সমরেন্দ্র, ১০। কৈয়াক—শ্রীবীরেন, ১১। কংলাগী শা—থাংজম ইবোপিশক, ১২। মণ্ড-লাক্লরিবা অশিবা—যুমলেম্বম ইবোমচা।

অতুগা ১। মুংঙাইবগী মনাই মুংঙাইবা পাম্বা—শ্রীনবদ্বীপচন্দ্র ২। করিগী খুঙ্গৎপিদবা—শ্রীবেদজিৎ, অমদি ৩। থৌবান্দোং নীংঙাইদবী—অঙাংহল—শৈরেং অহুম অসিমদি হন্দকী খুৎনমদগী লৌথোকচরে।

অরিবা শৈরেংগী শরুক্তনা হান্নগীতুগী মথক্তাঃ—১। লাই-থেম ঈশৈ, ২। মৈদিংগু লোইয়ম্বনা, অমদি ৩। য়াকৈবা কৌবা শ্রীএন, খেলচন্দ্রনা সম্পাদন তৌবদগী লৌখত্তুনা হাপচিঞ্জরে।

নৈনরিবা অপাবশিংগী খুদোংচানবগীদমক্তা অইবশিংগী শয়প্পা পুন্সি য়ারীসু লাইরিক্কী অরোইবা শরুক্তা হাপচরে।

লাইরিক অসি পুথোক্লবা হোৎনবদা অচৌবা দায়ীত্ব লৌবি-খিবা, প্রুফ পাবিবা অমদি অইবশিংগী পুন্সি য়ারী ইবিবা শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ অমসুং প্রুফ পাবদা তেংবাংবিখিবা শ্রীএল, প্রেমচান্দ সিংহ অনীবু পরিষদনা থাগৎচরি। অতুগা নম্বগী অরাবা শরুক কয়া মায়োক্লবিরিবা পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বাজারগী কর্মী পুম্নমকপুসু পরিষদনা হন্না হুন্না থাগৎচরি।

থোকচোম যোগেন্দ্র সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী অমদি সম্পাদক
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

ইম্ফাল,
তাং ২৩।৩।৮৮ ইং

# অফোঙবগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা ছাত্র-ছাত্রীশিংগী য়েংহনা পরিষদনা ফোঙবা টেক্সবুক অয়াম্বা মতম চানা ৱাত্তনা ফংহন্নবা হোৎনবা হায়র্বসিনা লেংত্রবা পাব্দমনি। মমলসু য়ারিব-মখৈ হোঙনা য়োম্নবা হোৎনজবনি। অদুবু মতমগী মতুংইন্না চেগী মমল অমসুং প্রেসকী অনম্মল অসুম অসুম ৱাংখৎলকপনা লাইরিক্কী মমলসু হান্নদগী খজিক্কুং ৱাংখৎচরে।

অথুবা মতমদা অচৌবা লাইরিক অসি পুথোক্নবা হোৎনবদা বনাননচিংবা কুপ্না য়েংবিদুনা অচৌবা থৌদাং লৌবিখিবা পরিষদকী মেম্বর শ্রীথাংজম ইবোপিশক সিংহ অমসুং শ্রীশরতচান্দ থিয়াম অনীবু থাগৎচরি। মণিপুর পেপর ইম্পোরিয়ম্না চে ৱাত্তনা পীবিবা, পদ্মা প্রিন্টরসনা লাইরিক নম্বগী থৌদাং চাউনা লৌবিখিবা, শ্রীটিএইচ দেবেন্দ্র সিংহ আর্টিষ্টনা মখুম য়েকপিরকপা পূন্নমক্কী লমন পরিষদনা চাউনা তোনশিঙ্গরে।

মরু ওইবা ৱাফম অমনা লাইরিক অসিগী অহানবগী শৈরেং "মৈতৈ কবি" হায়না লৈরিবসি "মৈতৈ কোকিল" হায়গদবনি। হেডিংদা লানখিবসি অপাবশিংনা চুমথোক্পিনবা নীংশিংজরি। অদুগা লাইরিক্কী অরোইবদা য়াওরিবা কবিশিংগী বাইও-ডাতা-শিং অসিসু অপ-টু-দেট ওইনা শেমদোকচরে।

অরোইবদা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা কবি পূন্নমক্কী মফমদা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা মতম পূন্নমক্তা ইকাইখুম্নবা উৎচরি।

শ্রীএইচ, রাধাকান্ত সিংহ
জেনরেল সেক্রেটরী,
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল

তাং ২৮। ৯। ৯১ ইং

# য়াওরিবশিং

## লমাবম কমল সিংহ



## থ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ



---

*লৈরুংগী লামায়দা শৈরেং অসিগী মমিং 'মৈতৈ কবি' হায়না ...রিবসি 'মৈতৈ কোকিল' ওইগদবনি।

### হরাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ



### অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ



### হিজম অঙাংহল সিংহ



### অশাংবম মীনকেতন সিংহ



### রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ



### এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

## লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ



## রাজকুমার বলজিৎ সিংহ



## থুমস্থেম গৌরকিশোর সিংহ



## রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ



## শজেৎনবম বেমজিৎ সিংহ

## শঙ্গেনবম নন্দীয়া সিংহ



## থুমঙ্গেম ইবোহল সিংহ



## শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্মা



## নোংথোম্বম শ্রীবীরেন সিংহ



## থাংজম ইবোপিশক সিংহ



## য়ুমলেম্বম ইবোমচা সিংহ



## অরিবা লৈরেংগী শরুক

# মৈতৈ কবি

## কনাগুম্বা কবি অমদা

হে মৈতৈ লৈবাক্কী কোকিল !
মতম কুইনা তাখিদ্রে নওগী খোঞ্জেল !
পাইথ্রগে নীংলবরা শাউদ্রুনা,
নপিজা কোকিল লৈতে উদ্রুনা।

লোৎপা য়াররোইনে হৌজিক্তি,—
নোংমা তাহৌরে নওগী খোঞ্জেল,
নোংমা খোংখি নখৌ পোঙনা,
মৈতৈ উমংগী উশাদা তোংদুনা।

নওগী মিরবা খোঞ্জেন্দু ভাগদবগী,
নাকোঙ থাঙ্গৎলে মৈতৈ কয়াগী ;
পাইরক্লো মৈতৈগী লৈকোন্দা অমুকহন্না,
খোংলরো নখৌ পোঙনা হান্নগুম্না।

লৈকোল কোকিলগী খোঞ্জেল তাদ্রিবা
তাজনীংবনা খৌরাংনা ঙাইজরিবা ;
পঞ্চমস্বরনা খোংদুনা তাহল্লোবা
চত্তনবা মীরৈবাক্তা কোকিল থিবা।

কায়দোংফম উশা থাদোক্তুনা,
চাক্তাফম লম্বাঙ হুন্দোক্তুনা,
করিগীনো য়োংকী শারং পাম্নিবা ?
ঙম্মোইকো হয়েং তুংদা পাইখোকপা।

কোকিল অমা খোংখি কুইরকমা,
উজ্জয়িনীগী উনাপুংরা উমংদা,
ঈংহন্দুনা থমখি ভারতকী লৈকোল
শুক্নংখি পৃথ্বীপুম্বা মিরবা খোঞ্জেল্মা !

তান্না অমম্থু খোংখি থাইনঔদা,
নোংচুপকী সমুদ্র রাংমগী চীংমুংদা,
চীংমুং কয়া সমুদ্র কয়া লাম্থোক্তুনা,
ইনিল নিলহনখি নোংপোক্কী তোর্বান।

উশা খুদিংদা ভারত লৈকোলগী,
চেক্লা চাম্মা চাম্মনা তোংহনা,
খোংলি পৃক্লিংহুবা খোঞ্জেল্লা ;
পৃক্লিং ঈংহল্লি মী লীশীং লীশীংগী।

মৈতৈ লৈকোলসে অমুক ফজরবা,
তারবদি কোকিলগী খোঞ্জেল্লগা,
নীংথিজগদবনো কয়াগী মতীক !
ইমীত্তা উরখিদ্রা দৃশ্যহু অমুক !

কোকিল লৈতবনা মৈতৈ লৈকোল্দা,
কেনখ্রে হৈনৌ ময়োল অরেম্বদা
তমাল মশা কংশিল্লক্রে অরেম্বদা !
ময়াং ক্বাক্বা চাখ্রে উহৈ অয়েম্বদা !

মৈতৈ লৈকোলগী হৈনৌ ময়োল,
খোম্থাও হেনগদবনি চুপ্লকদি কোকিল্লা,
'খায়দা' 'খায়দা' খোংলে ক্বাক্বা চুপ্পুনা
তাহৈদ্রে খোংবসি 'পাহাড়ী' পাহাড়ী'।

কোকিলগী খোঞ্জেন তান্নিমখৈ,
কোকিলগী মশক উদ্রিমখৈ,
মেনশিল্লগে নাক্কোঙসি লৈখোম্না,
তুশিল্লগে মীংসি য়েন্থুম্না ।

কোকিলনা উহৈ উল্লগা খোবোম থম্ল
খোংলকই 'কুহু' 'কুহু' পূক্কিং হূনা ;
কাক্কা মপূক থল্লগা অমুনবা উহৈনা,
ছন্দোক্রমই অনাংবা মৈতৈ লৈকোন্দা ।

খোংলগো কোকিল নিলহন্দুনা চীংমুংসি,
শেম্লগো নিকুঞ্জবন তম্পাকসি ।
চেলহল্লো ঈচেল কংথ্রবী চন্দ্রনদীবু ।
কৌশিল্লো উমংসিদা বীণাপাণিবু ।

তাগদবগী নঙগী মুংশিবা খোঞ্জেল,
পোখারি লম্মখাঙদা নম্বুল তুরেল ;
ঙাইহরি চন্দ্রনদী লেপ্তুনা ঈচেল,
পাইরকপ্রা য়েংলি হৈনৌপাম্বী চীংথক্তা ।

অপীকপা তুরেল অপীকপা পাংকী ঈশিংনা,
নঙগী খোরাংবা কোক্লোই খন্দুনা,
কায়দোংফম রাংদে—পূকচেল নেমহই নীংহুনা,
পাইরক্তুরবরনে কোকিল হৌজিক ফাঙবা ?

অমদি চীংনা কোয়শিনবা লৈবাক্কি,
লাংদা থুরবদি অমুক্তংবু করিগুম্বদা,
পাইথোকপা ওম্লোই অমুক হন্না,
পাইরক্তুরবরনে কোকিল রাখলম্নি তৌহুনা ?

কিগনু কিগনু কোকিল পাইরকউ,
লাং নত্তে—লাম্বন্নি প্রকৃতিনা পীবা,
শম্বন্নি মৈতৈ লৈকোল অসিগী,
কোয়শিল্লিবসি চীংলোন মাপন্না।

হে অচীকপা পাম্বা কোকিল!
নিলখোংবা তাহুনা মৈতৈ লৈকোন্দা,
পাইরক্রবরনে হৌজিক ফাওবা ?
অমুক্তদি খোংলখো নখোই পোওনা।

ঋতুরাজ বসন্ত কৌবা মতমসে,
নণ্ডগী চিরসহচরনি হায়না তায় ;
য়েংউ বসন্ত য়ৌরক্লে মৈতৈ লৈকোল
পাইরকপা মতম য়ৌরক্লে কোকিল।

—লমাবম কমল সিংহ

## চন্দ্রনদী

থাপ্পা উরিবা চীং অসি ওন্থোক্লা ফজেদা।
নৌনা পূক্লিং হূনা নীংথদা,
ঈংনা নীক নীক লাউইদা।
শংবান্নবা অতিয়ামকপুসু নক্লংলিদা!
মসি শংবান্নবা অত্যাগা শন্নথবরনে!
অমুক্তুং য়েংঙুরবদা,
মীৎকম হোংবা য়াদেদা ;
অহুবু অওইবমক মসি মাপী মচুরনে ?
নত্তে,—মথোঙদা চঙলবদি উবা ফংগনি,

শোঙলবা শা-কৈনা থল্লবা,
নারক্কি তিদ্ধং-তুম্বৌ হৌবা ;
তিংথৌ হৌবা লৈতেম মান্নবা লম খরতনি।
অরাবনি অনকপা চন্দ্রনদীগী দৃশ্যদি।
তোর্ব্বানস্থু নারক ওইখ্রে,
মনুংস্থু নাপীনা থনখ্রে,
তৌইগুম্বস্নুং ইতিহাসকী ঈচেল চেল্লি লৈম্নুংদদি।
মতম অমদা মহাক্কী অকনবা ঈচেন্না,
তোর্ব্বান্দা হৌবা উপাল রাপাল ফৃক্তোক্লমই।
হৌজিক্তি ফল্গু গঙ্গাগুম্না,
লাইজ ঈচেল থাদোক্তুনা
পৃক্লিংগী অথূপ্পা মফমদা, মনুংদ মনুংদা,
অরাবগী ঈচেল চেল্লি লোন্না লোন্না।
অহুগুম্বা ঈচেন্দো কনানস্থু উবা ফংদেদো!
কাঞ্চিপুরগী অরাবা পাউবু পুখিহুনা,
অহীং শুংথিল নাইদনা,
চেন্থরি অমস্থ সমুদ্র তন্না।
লোক্তাক্লোমদা তন্নকই, লাইজ ঈচেল চেল্লিঙৈদদি,
মপালনাইদবা অমম্বা সমুদ্র তমখ্রে হৌজিক্তি!
কনানো শকহেনবা মীগী তোর্ব্বান্দা লেপ্তুনা,
ঈরুজগে থৌরাংলিবা, থৌরাংবা মীৎয়েংনা য়েংহুনা ?
ইরৈপাক্তস্থু ভূবেল লৈ, ঈচেল কংখ্রে থল্লিবহু,
তৌহুনা য়েংশি অমুক্তা, য়েংশি থোরকপা লাইজহু ;
লূরবা লাইজ ফংগনি, ঈরুজরবদি ঈশিংহুদা,
ঈংগনি পৃক্লিং হকচাং, কয়া মুংভাইগবা পৃক্লিংদা।
লৈ-গু থাশি তোর্ব্বান্দা, য়ৈশি হিদেন্দা চেক্কী থাক,

ঙমজরনি ঈরুজবা অশোন অনা পূম্নমক !
পোক্লফম লমদম থাদোক্লুনা, হাপ্লুনা থরায় খুবাক্তা,
লনত্তানবা চৎনৈ খুদোংথীরবা মক্কমদা ।
ইরৈপাক্কী মঙ্গংদঙ্গ মিংচৎ মমল য়াম্লবা,
ফুমহ্নুনা লৈরি লৈঙ্গুংদা, তাল্লুশি শকহেনবা ।

—লমাবম কমল সিংহ

## মাতৃ তর্পণ

অথাপ্পা মীরৈবাক্তা লৈহ্ননা
ব্রহ্মপুত্রগী তোর্ব্বান্দা লেপ্লুনা,
পোক্লফম লমদমদা মায় ওন্দুনা,
চেঙ থোইদিং কচ্চরি ইমাগী খুয়াদা ।
লৌবিয়ু ইমা খূৎথেংননা,
মীংকী পি মরীক মরীক্কা লোয়ননা,
ঈশিং খুজোক থন্না শোক্লুন্না,
কচ্চরি ইমাগী খুয়া থম্বান্দা ।
সনা লুপা কয়া কচ্চনীংই,
লৈত-লাইরা কয়াবু পীজনীংই,
ষণবী কয়া দান তৌজনীংই,
করি অমত্তা ঙমজদ্রেকো লৈজদবনা ।
ইমাগী নীংশিংনরণীদমক্তা,
মুংশিরবা মোংফম্ল মথক্তা,

* ইংশোক ১৯২৬ কী 'জাগরণ' পত্রিকাদা ফোঙদোকখিবা —অইবা।

ঙমজদরে স্মৃতি মন্দির শাগৎচবা,
ঙমজদরে স্মৃতি সভা লিংখৎচবা।
মীৎকী পিনা কংদ্রিমখে ;
কাউজররোই থুম্না থম্বান্দো ;
লাৎচগনি নঙগী প্রতিমাদো,
থম্মোয়গী স্মৃতি মন্দির মন্থুংদা।
অরেপ্পা নাইদনা চেল্লিবা,
হে ব্রহ্মপুত্র পুকচেল শুপ্পবা,
কচ্চরিবা হৈ-লৈসি নঙগী গর্ভদা,
শিন্নবিরম্মুকো ইমাগী থুয়াদা।
ইথুৎনা থিজবা ফংজবা,
লৈকোন্দগী লৈ-শু খরদং হেকচহুনা,
কচ্চরি ইমাগী থুম্না থম্বান্দা,
লৌবিয়ুকো ইমা খুৎথেংননা।
তোর্ব্বান রাংমরোমদা লৈহুনা,
মশেন মরাংনা উরিবা,
লৈচিন নোংফাই মরক্তগী,
খুৎ তিংথোক্লক্লবরনে ইমা !
থাপ্পা উরিবা চীংয়া তময়াসিদগী,
উরে মশেন-মরাং ইমাগী মূর্ত্তিগুম,
তেংথাবগুম তারে 'ইমা লৈরি' হায়না,
খুৎ তিংথোক্লক্লমাল্লে লৈ-শু লৌগে হায়না,
পাক-চাউরবা ঈপাকথক অসি,
লানবা ওয়ারোই থন্দুনা,
থোরাংবা মীৎয়েংনা য়েংহুনা,
– ফ্রীং ফ্রীং চোংহুনা লৈরবরনে ইমা !

ঙাইরমখো ঙাইরমখো ইমা,
লাল্লরুগন্নু অশোমদা অমুকহন্না,
অথাম্লদগী পাইথরক্লিবা হি অসি,
ঙাইরগা মতম থরদং লাঞ্জরক্কে খুয়া তম্না।
মী চীক্লবা লমদম'হুদা,
দ্বীপ মচা অমত্তং থিজুনা,
শান্তি মন্দির অমত্তং লিংখত্তুনা,
লাই নীংমিন্নশিকো ইমা ইচা।
হে ব্রহ্মপুত্র নঙগী ঈপাকথক্তা,
স্মৃতিচিহ্ন ওইনা য়েক্তুনা,
লৈহৌরশন্নু মতম কুইনা,
ঐগী মীত্তুগী শীন্থরকপা পি'সিনা।
মীগী স্মৃতিমন্দির কয়া কয়া,
নঙনা থুদেকই তরাই তরাই,
মুথৎপিন্নুকো ঐগী স্মৃতি চিহ্নসি,
কংদ্রিমখৈ নঙগী ঈচেন্না।
স্মৃতিসভা কয়া লিংখত্তুনা,
স্মৃতিগীত শক্কে অয়াম্বনা,
ঐগী লকান্নুংগী ফোঙদোক্তবা স্মৃতিসি,
কনাবুস্নু খঙহন্দনা, তিনখ্রো নঙগী জীবন সঙ্গীত্তা
লৈবাক কয়া লান্থোক্তুনা,
চীং নাপোম কয়া থুগায়হুনা,
চেন্থখরো সমুদ্র তম্না ;
অত্যাদা তিলহনখ্রো নঙগী ঈশৈ
অতৎপা লৈতনা শীন্থরিবা পি'সিগা,
অতৎপা লৈতনা চেন্থরিবা নঙগী ঈচেলগা

ঈচেল অনী তিন্নছুনা,
সঙ্গমস্থল অমা শেম্বিয়ু ;
'স্মৃতিসঙ্গম' থোঞ্জগে মতুগী মমিং ।
পলেমগা খাইনরবা,
তীর্থ যাত্রীক্না কনাগুম্বা,
লুপ্লশন্নু মফম অতুদা ;
অরাবা খরদং কোকচগে মতম'তুদা ।
নওগী ঈচেলগী মশক ওইবা তারদা,
পিগী মশক ওইবা মেজরাপনা থেংবদা,
থোরকশন্নু 'ইমা' 'ইমা' হায়না ;
অত্যাদা পাইখৎশন্নু খোঞ্জেন্দু ।
কনানস্মু খওদবা পূক্নিংগী স্মৃতি ;
কনানস্মু য়োঁদবা লমদমতুদি,
তিনশন্নু কনানস্মু খওদনা,
'মাওদবা' ওইশন্নু মতম লৈবা খিবিক্তা ।

—লমাবম কমল সিংহ

## নির্জ্জনতা

মুমিদাংবাইরম য়োরক্তুনা
সনা অহিংবা মশেক্না
উতোল রাতোল লৈতেংছুনা,
পোথারক্লে অঙানবা নোংচুপ্তা ।

পোম্বী চেক্লা অয়াম্বা,
পাইরক্লে মহুম তান্না ;

য়ুমশা, যণ শগোম্নচিংবা,
মমায় লৈনখ্রে খুল্লক তম্না।

ব্রহ্মচারী অমসু কনাগুম্বা,
থাদোক্তুনা তাইবঙ মীগী অপাম্বা,
'পূক্নিং তপ্পা লাইনীংগে' হায়না,
চঙখ্রে অচীকপা লমদম তম্না।

উখোঙ অমদা ফমহুনা,
য়েংলক্লে মীৎ কূপ্তুনা,
অচীকপা লমদমগী ফজবা;
থল্লক্লে পূক্নিংদা মণ্ডল মণ্ডল।

হৈনম লৈনম্না চূরবা,
মলয়া মুংশিংনা ঈংলবা,
শীৎলক্লে তপ্পা তপ্পা,
য়াচঙবগী অমম্বা মরক্তা।

ঊনা-য়ানা লৈ-শু খিবিক,
হাইহুম্লক্লে তপ্পা তপ্পা,
মুংশিবা খোঞ্জেল অমথক,
পোল্লক্লে উমং'হুদা।

খোঞ্জেন্দুগা তিম্নহুনা,
মিরবা খোঞ্জেল অমা,
তারক্লে শেংফাক্তুনা,
ব্রহ্মচারীগী নাকোঙদা।

"তাও ব্রহ্মচারী ঙসিদি,
কোঙদোক্লগে ৱা পূক্লিংগী,
'অচীকপা' কৌই ইমিংদি,
মবেম্মনি লমদমসিগী।

ঐদি সহর অচৌ অচৌবা,
লৈরক খুল্লক মী তাবা,
লমদম মীয়াম তিনবা,
হন্না য়েংদে থাপ্পা চেন্থোকই।

ইতিহাস নিংথৌরেল খুদিংগী,
ৱারী অকন অথৌশিংগী,
থাবল চোংবী শাবী শানৌগী,
তাজনীংদে তাজনীংদে।

ঈংলবা উমং ময়ায়দা,
চীক্লবা চীংয়া-তময়াদা,
শোঙলবা নারক শীংলক্তা,
লৈফম্নি লাইবকথীবাগী।

হৈ-ৱা হৌবা লৈকোন্দা,
লৈ-ঙনা লৈত্তেংবা লৈকোন্দা,
অচৌবা চীংগী চীংদোন্দা,
শান্নফম্নি পাঙ্গল শোনবীগী।"

"মথন্নতা হৌরক্লগা,
কংজখিবা মথন্নতা,
উরী ৱারী—লৈ-শুগী পুন্সিনা,
পুন্সি লৈ-পরেংনি ঐহাক্কী।

সমাজগী ইতিহাস,
মপূং ফাদে মপূং ফাদে।
খুল্লক্তা শানবা ৱারী,
মরীক চূমদে মরীক চূমদে।

তেংথাহুনা কপ্পতনা
থম্মোয় শোক্তে থম্মোয় শোক্তে।
তূমিন্না লৈবক্তনা,
ৱাদবা নত্তে ৱাদবা নত্তে।

মীওইবগী লাইবক থীবনা
ফোঙদোক্কবা অৱাবা খঙবিদে কনানা!
মরোল থোক্কবা কনাগুম্ববু,
'উকংনি' খল্লি মীওইবনা।

খজিক্কং শোকপনা তিঙ্খংনা
কপ্লিবী তেংথা নাওইহুনা,
নুপীসিগী ৱাখোঙ ৱারীদি,
শক্না শোন্নখ্রে মী থূদিংনা।

নৌনা মপূরোইবা খাইনরবী,
ইকাইথীবনা কপখিদ্রবী,
লকান্নুংদদি ৱামৈ চাক্লবী,
শক্না শোন্নবগে কনানা?

মশক থীরবী লাইরৱবী,
মরোল থোক্ত্রবী লৌশিং থেল্লবী,
মথৱায় থাগ্রবী নীংবা থুংদনা,
শক্নশোন্নবগেনে কনানা?"

"তীর্থস্নান তৌরিবা চহী খুদিংগী,
পুণ্যগী ৱারীদি মুপা'সিগী,
নিম্নখ্রে লৈরক খুল্লক্তা,
শক্লা শোন্নখ্রে মচী মচীদা।

অতুগা মপি তরং তরং চেন্দুনা,
'তীর্থ দর্শন ফংদ্রে' হায়না
ফমুংদা লোংনা হীপ্তুনা
কপ্লিবা মুপাসিগী ৱারীদি,—

মীপূমতিংনা হংলুহুনস্থ
'খঙই' হায়রমদে কনানস্থ,
চেৎপা খুদিং হাইদোক্তুনস্থ
য়াওরমদে ইতিহাসতা।

মীংকূপ পুংজা খুদিংগী
পাক চাউরবা তাইবঙসিদা
অৱা অনা কয়া অস্থুম তৌনা
মাঙখ্রবনো খঙহৌদনা!

কাব্য কয়াদা ইনরিবা,
পুন্সিহুদগী হেন্না ৱাবা,
হৈদোকখ্রেনে পুন্সি কয়া
মী উদবা লম্বাঙদা!

ইতিহাসতা শীংথানরিবা
অকল অথৌশিংহুদগী
থোইনা হেন্না কনথৌৱবা,
কেমখ্রে খঙহৌ উহৌদনা!

জাতিগী ইতিহাস হায়বসে
মীংনা উহৌৰা, নাকোঙনা তাহৌৰা
মরীক চুম্না ইৰতনি ৰারী খরা।
কোঙদোক্ৰা পুক্নিংগী ৱাদি
করম্না খঙগনি মহাক্না ?

কাবা হায়নরিবা অসিসু
উহৌবা, তাহৌবা, কল্পনানা ফংবা
হীরম খরদং নৈত্তেং হাপ্পুনা
ইজবতনি পুক্নিং হূনা।”

“বিজ্ঞান্না মমীৎ তাঙলবা
ইতিহাসনা মনা পঙলবা
হীরমশিংডু অচুম্বা
ঙাদবা উদবা নৈত্তে ঐহাক্না।

হে ব্ৰহ্মচারী নৌনা লাকইবা !
পোৎকী মমলবু অচুম্বা,
খঙহৌবা, উহৌবা, তাহৌবতনা
লেপ্পবরনে চাংতম্নতুনা ?

অচুম্না চৎনরবদি সমাজদা
ফরে—চেক্কী সিড়ি মথক্তা
গমলা মথক্তা নৈত্তেংলিবী,
নৈরাংসে ভাৰ্বিনা কৌবী,

মথন্তনি শক ফজবদা,
মথন্তনি মনম হুংশিৰদা ;

অচীকপদা শাৎপী কেতকীসি
অরেম্বনি মাগী পুন্সি।"

"ইথক্তা অত্যাগী মকোয়দা
নোংথাঙ কয়া কূপগ্রবা!
নোংমৈ শীংজং কয়া তাগ্রবা!
নোংশা কৈ কয়ানা কোয়গ্রবা!

ঐগী চীক্লবা তম্পাক্তা কুন্দুনা,
লাইনীংবা সাধু কয়ানা,
ঈশ্বরবু উপাসনা তৌজদুনা,
সিদ্ধি ফংগ্রবা নীংবা থুংনা!

মুংশিংহৈত্রবা মীহাৎপা কয়ানা,
মীগী মকোক পুশিল্লক্কুনা,
লোৎলরিবা ঐগী ইরুমদা!
তুজুংইদকো খল্লুবদা!"

"ইচীকহুল্লক্লবা অহীংদা
মীনা তূম্নহীপ্নখ্রবদা
ঈংলবা থাবলগী অঙোবা ফীজঙনা
কয়া কূপগ্রবা ঐগী ইথক্তা!

ঐনা ৱারী অমত্তসু লীখোক্তে।
কনাদসু পূক্লিং ফোঙদোক্তে।
মী খঙহন্দনা মরুমদা লেপ্তুনা
হীরম পূম্নমক্তা যেংই মুন্না মুন্না।

ঐবু শেম্বিরম্বদা বিধাতানা,
পীরমদ্রবোই কাউদুনা,

পাম্বৈদি পূক্নিং ফোঙদোক্নবা।
পূক্নিং শীবিরমই থম্লনবা।

মীনা ঐবু হেক য়েংবদা
নীংনৈ শান্তি লাইরেম্বীনি।
অতুগা কনাগুম্বা অমনস্তু
থম্লে অৱাবা লাইরেম্বীনি !"

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই,—
"মীনা শান্তি লাইরেম্বী কৌশম্নু
অৱাবা লাইরেম্বীসু হায়শনু
ঐগীদি ইমা শকপী লাইরেম্বীনি।

ইমাগী তম্পাক্তা তূম্বগুম
তূমজগে নঙগী তম্পাক্তা।
শান্তিগী মশক ওইবা অমৃত
চূপচতুনা হিংজগে য়াইবী থরায়।

লীক্লাগুম্না থম্নাথক্তা পকপা
পুন্সিসি তয়াংতশোইবা
থম্না খেঙ্গোংনা ঙামথবা মতমদা
তিঙ্জগে নঙগী পূক্নিং পুথৌদা।

সমাজগী মরক্তা লৈবস্তু
লাঙতক্নরকই পূক্নিং য়াম্না,
পাইনীংলকই ঈশা পান্দুনা,
তেংথানীংলকই লোল থোক্তুনা।

হোৎখিবা শক্তঙ্গা ইপুন্সিগী
পাক্করে ইতিহাস সম্নাঙ্গী
লেমহৌবা পুন্সিগী শক্তকসি
পাজগে নঙগী জীবন ইতিহাস।"

—লমাবম কমল সিংহ

## * চিরবিদায়

শরৎকী অহীংদা থাবল ফররী,
সুরা অমনা কনাগুম্বী,
মপাল থোল্লক্লে ইমুংদগী,
অকলা'মা পায়ত্নুনা তেনবাগী।
অহীং তাংলৌ থেঙজিল্লক্লে,
মীচীক মীরাওখোল তাশিল্লক্লে;
নোংচূপ অত্যাদা ঈংলবা থাবল,
লৈতেংলক্লে চীংগী চীংদোল।
উরিবা চীংশাংদো অরাপ্পদা,
লৈচিল্লা পানা কূপথিবদা
তুম্বগুম নীংথিরে চীংলাইনা,
অপাবা ফীওৌনা কূপ্তুনা।
পাক্তা শাৎপা থরো কম্নানা,
মলয়া সুংশিৎকা থেংনত্নুনা,
অত্যাগী ঘরাম্মিচাকপু য়েংহুনা,
নোককেৎ তৌরি করেম্নবগুম্না।

* ইংলোক ১৯২৬ কী 'জাগরণ' পত্রিকাদা ফোঙদোকখিব—অইবা।

অত্যাদা থোকপা নাপল চাউরবা,
থব্রাম্মিচাক্কা তয়াংতশোইবা,
মতিল শীংথরি থরোতম্না,
পূক্লিংদা উশিত্তবগা লোয়ননা।
থরো খিবিক্কা শাউরক্লে,
পাংয়ায়দা হাইহুম্নক্লে;
ঈথক হোৌরক্লে পাংকী ঈশিংনা,
থামজিনবা লাক্করি চাংজোনা।
থরোগী মায়থীবা উবদা,
নৈথগ্রে অঙানবা চীংমরুমদা;
থব্রাম্মিচাক মায়থোঙ লাংশিনগ্রে,
চন্দ্রমুখীনা কল্লক পেঙ্গরে।
প্রকৃতি কৌবী লাইরেম্বীনা,
কুম্মে য়েংবা মুংঙাইরহুনা,
মালেমথক্তা সেতারগুম্বা,
তুরেল তিংহুনা তারগুম্বা,
তপ্পবা মলয়াগী খুংথংনা,
খোঙ্গংলক্লে পূক্লিং হুনা।
চীক্লবা অহীংদা অসিঙ্ঘুম্না,
প্রকৃতিনা থোরক্কুম মূর্তি ওইনা
মুবা অসে ঈংনা থোক্লক্লে,
হৈনৌ মথোঙ অমদা চঙশিনগ্রে।
তপ্পা থাঙ্গংলহুনা অকলাহু,
কোনশিল্লে থম্মোয়দা তেনবাহু
মীংতগী পি তরং তরং শীঙ্খহুনা,
হায়রকই তেনবাবু য়েংহুনা,

"থাইনরশিকো পাম্বী,
পাইগ্নোকো হৈতাশকপী,
ওসি অহীংদগী হৌহনা,
'অপাম্বা ঊমং য়েংহনা
থাদোক্লম্মো মুংশি লমদম,
শারুরো মুংঙাইনা নহুম;
পূক্লিংচাবা ঊশাথক্তা,
তোংলুরো চাম্বী হৈতা।
খোংলুরোনে নখোঁপোঙনা,
নঙগা ঐগা জাৎ তিন্নদবনা,
মুংশিজহনস্থু ঐনা ফনা,
নপূক্লিং থুংলোইকো চেক্লা।
নঙনা ঐগী পূক্লিং হুখিবনা,
ঐগী ইথৌদা থৌশারুদহনা.
নঙবু নরোল থোক্তবা চেক্লা,
ইকোয় কোয়গ্রে য়েক্লবনা।
চেক্লা মাঙগবরা নথরায়,
চিংনরেনে ঐগী থম্মোয়,
নথরায় হিংনবা উপায় থিগ্রো;
মুংশি লমদম থাদোক্লম্মো,
হয়েংমুক্কী মপোক অহুদা,
চেক্লা ওইনা পোকমিন্নহনা,
তোংমিন্নশিকো ঊশা অমত্তদা,
চাক্তামিন্নশিকো পাৎ অমত্তদা,
মীওইবগী মপোক অসিদদি,
পোকহৈদ্রে অতোনবা জাৎতি!

সমাজদগী তাম্থোয়বনি,
হায়দুনা 'অম্মাংবা জাৎনি'।
বিচার লৈতবা জাতিগী,
মপোক্লা পোক্তুনা লৈরাংগী,
শাংমিন্নশি লৈথোক অমত্তদা,
কাউনমুশি চান্নবী ইত্তা।
হন্দকী মপোকসিগীদমক,
মতমকুইনা কাউদনবা,
লৌরেকো নওগী ফোটোসি ;
থাদোক্লম্লো মুংশি লমদম।
নিঙোল কাগী লুথুমদা য়ান্দুনা,
মুমিৎ খুদিংগী মীৎকী পিনা,
নওগী কোটোসি চামথোক্কেকো ;
ইত্তাশকপী হৌজিক্তি পাইখ্রোকো।
পাইখরোনে অপাম্বা উমংদা,
চাক্তারুয়ো হৈকোল লৈকোন্দা।
নওগী ঐগী পুন্সিগী শান্নবা,
য়াথৈরশি মীৎকী পিনা।"
অসি হায়না পি তৈথোক্তুনা,
মখোঙদগী য়োংহিলং থাদোক্লে ;
—পাইদ্রে চেক্লাসে,—লেংবান্দা তোংলরে
অয়াবা খোঞ্জেম্মা খোংলরে।
খোঞ্জেন্দু তাবদা অয়াবা,
পি শীন্থ্রে উরী-য়ারী ফাওবা !
অরাপ্পদা লৈবা চীংশাং পরেংনা,
মুংশামগী হোল্লক্লে কুইনা কুইনা

পুক্নিংগী অব্বাবা কোঙদোক্ত্না,
প্রতিধ্বনি তৌরক্লে অত্যানা।
মুজাবু য়েংহুনা চেক্লাহুনা,
হায়রকই অম্বাবা খোজেম্না,—
"কুটিল ওইরবা সমাজদো,
লৈখা তাবনি উরীগুম্না ;
পুকচেল চাউরবা জাতিদো,
চাওখৎপনি উপালগুম্না।
মীওইবা! বিজ্ঞানগী পাম্বৈনা,
প্রেমরাজ্যগী ফোটো নমহুনা,
ওমথৈ লেপকে থৌরাংলিবোই।
অরেম্বনি কাম্নরোই কাম্নরোই।
অঙকপা পাম্বৈগী বিজ্ঞানগী
নুং ওনথ্রবোই নঙগী থম্মোয়!
শেগায়থ্রবদা ফোটোনা,
স্মৃতি ঙাক্কনি করমতৌনা?
মীৎতাঙলক্লবদা মীওইবনা,
ফোটো য়েংগদগে করম্না?
মুংশিবা থোক্ত্রবদা পুক্নিংনা,
করি কাম্নে ফোটো চাম্না থেন্তুনা?
অমরোমদা হায়রুরগা,—
মীগী পুক্নিং ঈচেল হোংলকপা,
চেংলৌ শকক্নম হোংলকপা,
ওম্বরনে ফোটোনা মতুংইনবা?
ঐখোয়দি জাৎনি তোল্লবা,
লৈজদে যন্ত্র, লৌশিংনা শাবা,

মসুংদা থম্মোয়গী উক্ষম
মমি তাগ্রে নঙগী শকফম ।
মীওইবগী মরক্তা হৈ-শিংলবা,
লৈবরা ফোটোগ্রাফর অসিগুম্বা,—
মাঙহন্দুনা ঐগী অস্তিত্বসি,
ফোটো ওলহনবা গুম্বা ইশাংসি ?
মদু লৈরবদি, ঐগী হকচাংসি,
ওলহনবিরো ফোটোগী মশক ;
নঙগী লুখুমগী ফক্লাংদা য়ান্দুনা,
অহীং নুংথিল মীৎকুপ্পুনা,
লৈজগে নঙগী নশক য়েংহনা,
থাঙলগে অরাম খৌরাং চপমান্ননা !
অথাবা মীৎয়েং য়েক্লবগী,
অশাউবা রাহৈ কল্লকপগী,
থাঙজরগে লকাম্মুংদা তুমিন্না,
মথরায় পান্দবা উকংগুম্না ।
নত্রগা পুরকউ অসিগুম্বা গ্রাফর,
মাগী মপাল নাইদবা ফোটো মসুংদা,
নিংথৌ, প্রজা, চাক্লিবা, ইনাকখুনবা,
চপমান্নগ্রে মতীক মগুণ ।
নত্রগা থাদোকপিয়ু অসিগুম্বা উমংদা,
চাদথক্তবগী অরামখৌরাংবা লৈতবা,
কল্লকপা য়েংথীবা লৈনদবা ;
অমাংবা অশেংবা চপমান্নবা ।
অদু ওমত্রবদি মীওইবা !
হুন্দোকখ্রো নখুৎকী ফোটোদু,
কৈদৌঙৈদসু পাইথোক্লরোই,
নঙগী থম্মোয় অকলাদগী ।

—লমাবম কমল সিংহ

# অতীতের স্মৃতি

চাওখৎলবা সহর কয়া কয়া,
কোম্মুং, নিংথৌরেল কয়াগী,
থুগায়হনা মতমগী ঈচেম্মা,
লুপখ্রে অমম্বা সমুদ্র মম্মুংদা।
ফুরা-দলাল, হৈকোল-লৈকোল,
লৈ-শু, উরী-রারী কয়া কয়া,
অমম্বনা কুপ্তুনা থম্বগুম ;
অমদি চাউরবা চীংমান কয়া,
হীরা মণিমুক্তা মপৈ মপৈ,
লুপ্তুনা লৈ'গুম সমুদ্রগী গর্ভদা,
হৌখ্রবা মতমগী মিংচৎ কয়া,
লুপ্তুনা লৈখ্রে অকাউবগী গর্ভদা !
মমখ্রবা অহীংগী মতমদা,
মূংলি মূংলি পাই'গুম্না তন্দম্না,
অমদি অথাম্বদগী খোংলকপা,
বাঁশীগী মিরবা খোঞ্জেলগুম ;
থেঙখ্রবা অহীংদা, অথাম্বা চীংদা,
মূংলি মূংলি চাকপা লৈম্মেগুম,
হৌখ্রবা স্মৃতি কয়া পুক্নিং অত্যাদা,
পাইরিনে মশেন মরাংনা !
রাংখ্রবা চীংগী চীংদোম্বগী,
য়েংথরকপা দৃশ্যনা পুক্নিং হু'গুম,
মতমগী অরাংবা চীংদোম্বা লেপ্তুনা,
য়েংথরকপা, হৌখ্রবগী দৃশ্যাবলী,

মথুর ওইরেদ্রা ওম্মোক্লসু !
পি লাম্বখিবা থঙহৌদে মীংল্লুদগী ।
শাম্নখিবা কম্না অঙাং ওইরিঙৈগী,
ৱাৱী কম্না শিঙ্গবা শাগৈনাতৈগী,
লৈরাং কম্না চিম্নদনা কেমঙ্গবা,
পাইরি মশেনমরাং অকাউবগী গর্ভদা ।
তাবা ফংলরোইদবা ৱাহৈ অমুক হম্না,
উবা ফংলোইদবা দৃশ্য অনীরক শুনা,
থম্মোয় কায়গদৌই নীংশিংবদা !
পল্লেমগী ৱাহৈ খাইনরমদাইগী,
শিরমদাইগী দৃশ্য কনাগুম্বগী,
কায়খিগদৌই থম্মোয়সি থল্লুবদা ।
অহৌবা-লুংঙাইবা, অরোইবা অরাবা,
থঙলে শাম্নগ্রমাল্লে চাম্নবা মরুপ ।
নোংমা নল্লগা নোংমদি শোয়দনা,
চোংথগদবমক লৈরে অকাউবগী গর্ভদা !
হৌগ্রবা অকাউবগী সমুদ্র ময়ায়দা,
মিংচৎকী দ্বীপ শারম্নিবা লুপাশা,
য়াইফৈদকো ওম্মোক্লসু ।
ঈরাক্লররদা থুপচগে নঙগী দ্বীপতা ।

—লমাবম কমল সিংহ

# অহীংগী চেক্লা তাম্না

ওঃ চীংঙ্গুং-মান্নুংসিদি চীকপ্রেদা ওম্থোক্লা।
য়েংউ য়েংউবদা লৈখ্রে তুমিন তুমিন্না।
অমুনবা উহৈ কয়া পাল্লিবা পাম্বীদা
কনানস্সু চাদনা কেঞ্জরে মথন্তা।
ফজরবা লৈরাং কয়া শাৎলিবা লৈপান্দা।
কনানস্সু চিন্দনা কংজরে মথন্তা।
মীওইবগী লাউ খোংবা নোকপা-কপ্পা,
মফমসিদা লৈতরেকো করিস্সু তাবা।
বীণা বাঁশী সেতার সারঙ্গ পুং করতাল,
মফমসিদা তাদ্রে করিগুম্বা খোঞ্জেল।
করিগুম্বা শজি শঙাই খোংলকপা,
ঈশিং ঈরাউখোল লোক্তুগী চেম্বরকপা,
উচেক রায়াগী খোঞ্জেল উথক্তা তোংবা,
অসিমথৈ মঙাইরেনে তাবা ফংলিবা।
অস্সুক্কী মতীক চীক্লবা মফমসিদা,
অমুক হেন্না চীকখ্রে মুমিৎ তাখিবসিদা।
চেক্লা খোংলম্বদুস্সু হৌজিক্তি তাখিদরে,
খোইমু ঙংলম্বস্সু হৌজিক্তি ঙংখিদরে।
জীব অপুম্বা ঙম্না তুম্না হীপথ্রবোই,
তাইবঙপানসি মৌনব্রত তৌগ্রবোই;
অতুবু করিনো খোঞ্জেল অমা তারি'সে,—
অস্সুক চীকথ্রবা লমদমসিদা!
থম্মোয়দগী থরায়না পাইখিদুনা,
খোংলুরিবরনে অতিয়াদা পাইদুনা,

তাবগুমস্থু তৌই 'তাম' 'তাম' হায়না ;
তান্না হায়বত্থুরনে লংফৈ চৎপশিংনা,
খোঞ্জেলসি তাবদা কাউগ্রবা অৱা'না
নীংশিংহল্লেনে ঐগী পূক্নিংদা ইনৌ নৌনা
মসি অওইবমক উচেক্কী মখোল্লা ?
নত্রগা উমং লাইরেম্বীনা তেংথারিব্রা ?
লৈরাংগীদমক চিন্নদনা কেনখিবা,
উহৈগীদমক মনীং থুংদনা মাঙখিবা ।
মশক য়েংনিংতুনা খোঞ্জেলসি তাবদা,
কাকুরে ৱাংগ্রবা চীংদোল কয়ামুক্তা !
কোয়রুরে চীক্লবা চীংম্নুং-মান্নুং কয়াদা,
অতুবু মশক্তি উদ্রেকো করিগুম্বদা ।
তাদে খোঞ্জেলসি মুংথিলগী মতমদা ;
অহীং লাক্তুনা উনাথক্তা য়াতারবদা ;
তায় নাকোংদা খোঞ্জেলসি হন্না হম্না,
অৱা'না তেংথানাওইবগী ঈশৈগুম্না ।
ঐস্থু কৌজগে মীনা কৌবগুম, ওঃ তান্না,
মুংথিন্দা পাইথোক্তব্রা ফাগনি কিতুনা ?
করম্বা অৱাবা ননীংথুংদবা লৈতুনা,
নথস্তা চীক্লবা অহীংদা লৈরি খোংতুনা ?
ওঃ নৈশ শোক সঙ্গীত শকপা অহৈবা !
নহাকপু উমং উচেক্লনে থাঙ্গৈশেংবা ?
কনানা হায় তীপ্নি কনানা উনা মাল্লি ;
অতুবু নঙগী ঈশৈদি ওম্থোক্লা মুংশিহল্লি ।
সেক্সপিয়ার কবিনা মশক্তি উদনা,
নোংচুপ তোর্বান্দগী শক্লকপা ঈশৈনা,

নোংপোক তোৰ্ব্বান অপুম্বা শুন্দ্ৰৎপগুম্না,
নশক নচু মুম্না খণ্ডদবা তাম্না নঙনা,
মিরবা খোঙ্জেম্না অহীংদা খোংলকপদা
পুক্লিং তুজুংনরে মীওইবগী মশাদা।
সেক্সপিয়ারতু তম্বিদে মীওইবনা ;
ঈশৈ শকখিবনি মথন্তগী পুক্লিংদা
পোকপদগী শিরফাও তমত্নুনস্নু,
মতৌ তম্বা ঙমখিদে পৃথ্বীদা কনাস্নু
তীল ওইর'স্নু চেক্লা ওইর'স্নু তাম্না
তেনৱা মম্নানাচিংবা 'শিংবা উচেক্লা
মপুন্সি চৃপ্পা তম্বি তাকপিত্নুনস্নু
মতৌ তম্বা ঙম্নরোই করিগুম্বদস্নু।
শকউ হন্না হন্না, তাকউ তাইবঙদা
"One is not made but born a poet".

—লমাবম কমল সিংহ

# নীরব রজনী

থাবল ফবী অহীংগী মতম য়োরক্লে,
মুংথিলগী লাউখোংবা নেমথরক্লে।
ইচীক চীকখরে মালেম পৃথি'সে,
থেঙজিল্লক্লে অহীংগী মতমসি
ফীরূক থুমখরে চীংয়া-তময়া,
থা-থরান্মিচাক্লা নৈতেংগ্রে অতিয়া।
পোম্বী চেক্লা য়াহীপগ্রে মহুমদা,

শজ্জি-শঙাই য়াতাখ্রে তিঙ্গোইথক্তা,
নিংথৌ কোম্বুং পৌরোল লোনখ্রে !
লাইর থাংপোকম্থু থোঙ থিংখ্রে,
চপ লেপখ্রে উরী-ব্রারী তুমিন-তুমিন্না,
শংলেল শেৎখ্রে চীংশাং নাপোম্না।
তুমখিবা উরক্তুনা মলয় পর্ব্বতনা,
হুরাল্লক্লে হৈনম-লৈনম মলয়ানা।
মনম মুংশিবা হুখিগত্রা কিতুনা,
মীৎশেং খাঙখ্রে থরো থারীকথানা।
উইরক্লে উপাল মহৈ মুল্লক্লবা,
'তূপ' 'তূপ' কেনখ্রে উহৈ অমুনবা ;
শেগাদগী হিরানবীগী মচা নাম্থখিবগুম।
অমদি—তম্বাক্তগী উইরিঙৈদা ওন্থখিবগুম।
মীচীকপা তাঞ্জা ফংজরক্তুনা,
কল্লকচাউবা তুরেনগী লৈরায়না,
ঈচেল থক্তা 'ঝম' 'ঝম' চোংথরক্লে।
শাউক্তুনা ঈচেন্না ঈথক হৌরক্লে।
করিগুম্বা হানখ্রবদি নোংঙানবনা
তমথীবা খোইমু পাইরক্কনি কিতুনা,
লৈখোক লোয়রবা লৈরাং কেনখ্রে :
ওন্ন-থোইনা উফুল থক্তা খাঙখ্রে।
হুগে তৌবদা লৈগী লৈনম মলয়ানা,
'তূমত্রি' 'তূমত্রি' লাউরক্লে উনা অকঙবনা
য়েংউ ! প্রকৃতিগী মূর্ত্তিসি ঈংলবা,
ফমক্তুনা লমদমদা মীচীকপা,
অশংবা থাকল মখাদা অতিয়াগী,

থাংমৈ থান্দুনা থা থরাম্বিচাক্কী,
থাবলগী অঙোবা লমথাং থোনগ্রে ;
থোঙ থোঙনাওগী মীৎ লীশিং উইশিনখ্রে ।
পৃথ্বী পাৎপু লীক্লাইগী পাত্র শেমগ্রে,
লৈরাং নীংথিজবা হাপকৎখরে,
লৈচিন নোংফাইগী ধুপ থারক্লে,
অহীং লীক্লাগী পি তরং তরং শীঙ্খতুনা
খুরুমজরক্লে পূকচেল অনী লোঙদনা
তেংবানবা শেঙ্গীবা মবুঙোবু ।
ঈচেল নাইবা তুরেল খিবিক্লা,
য়াকায়রোল শক্লক্লে খোঞ্জেল পীক্লা ।
উনা পুংবা উপাল খিবিক্লা তপ্না তপ্না
চামর থোগল তৌরক্লে হাই·হুমতুনা ।
অমুনবা উহৈ থাদরক্লে হৈপাল খিবিক্লা
তেংবানবা মপূগী খুয়াখাদা ।
লৈগী পরেং কৎশিল্লক্লে শিঙ্গারৈনা
তেংবানবা মপূগী খুয়াখাদা ।
প্রকৃতিগী লাইনিং কায়নি কিতুনা,
নিদ্রা শান্তি মচীন মনাও অনীনা,
মায়কৈ মরিদা মীৎকুপ নাহুম য়েংগ্রে ;
কৌজেং হারৌনা তেংবানববু নাউশুমগ্রে ।
'ঝম' 'ঝম' কীম্বরকপা লৈরাইনা,
ঈথক হৌগ্রে তুরেম্না সুংশাথীতুনা ।
উবদা কেল্লকপা অকঙবা উনা,
তপ্না হুমদোকগ্রে মলয়ানা ।
য়াওল্লকনি চিংনতুনা উচেকরায়ানা,

মূনা মূনা য়েংপ্রে থাবম্না।
শূক্লবা চীক্লবা চীংমুং মাম্নুংদা
করিগুম্বা লমলক্কী শানা খোংলকপদা,
চীংলাইনা থামজিল্লক্লে প্রতিধ্বনি তৌত্রুনা
করিগুম্বা নোংইন্না পাইরক্কব্রা কিত্রুনা,
তাল্লুমখ্রে চীংয়া তময়াদা লৈচিন্না।
অপাম মুংশি কায়নরবা কনাগুম্বনা,
লাউখোংত্রুনা কপথোরক্কনি খন্দুনা,
তেন শৎখ্রে তেন্দোংদগী নিদ্রা দেবীনা।
অহীংসিদা অস্নুক্কী মতীক চীক্লবা,
অন্নুতাপ্না চাক্লবা থম্মোয়সিবু ঈংহন্নবা
নিদ্রা কদাই-শান্তি কদাই-কদাই থাবল?
খঙলে অনাবনা হেঞ্জিল্লক্লবদা,
অরেম্বনি হীদাক অরেম্বনি সেবা,
মৃত্যুমুক্তি মতমতনা হীদাক্কি অথোইবা।

—লমাবম কমল সিংহ

## কনাগুম্বা স্বদেশ ভক্ত অমদা

নোংজুথাগী অহীংদা নোংনা ব্রা-ব্রা চুপ্রবদা,
হুই হৌদোঙ ফাওবা মপাল থোক্লখিদ্রবদা,
মূৎলি মূৎলিবা তন্দনগুম্না
অমম্বা লোক্লুংদগী পাইথোরক্কুনা,
লম্বী লম্মুক্লরবা ভারতকী লম্বী চৎপশিংবু,
খুদোম্বী থিন্দুনা লম্বী তাকখি মুপা অমনা।

খাঙবা কনবগী হি অমত্তং তোংজহুনা,
কললমগী মশক ওইবা নৌ অমত্তং পাম্নহুনা,
কনানসু মতেং পাংবিদনা,
চেঙজেল করিসু য়াওদনা,
ইথিল-ইরৈ কল্লবা ভারতকী অচৌবা তুরেন্দা,
হি হোনগৎখি, হঙ্গৎনা অঙম্বা লোকচপ তম্না।
নিংথমথাদা উন্না খ্রং খ্রং তাগ্রবদা
মুংশিৎনা ময়া পান্দুনা চীক্কে তাল্লবদা,
নিংথম চাউবা ভারতবাসীনা,
খাঙনখি "ত্রাহি" "ত্রাহি" হায়না ;
ফেব্রাং ফেব্রাং শাবা ফৈজপকী মরুমদা লোত্তনা,
হকচাং কায়াৎ অপূম্বা থমখি থুপচিন্দুনা।
লুম্লবা ফৈজপকী মুংশিবা থাদোক্কুনা
থৌনা ফবা লৈবাকমচা অসিনা
অঙৈংবা তুরেন্দা চোংথখি ;
মরৈবাকপু মুংশিবা উৎখি।
অপঙবনি খন্দুনা হী হী নোকখি ভারতবাসীনা।
মীৎচিনবু হম্না য়েংখিদে অথোবসিনা।
য়েংউ লৈবাকমচাশা! হিহোনবা মুপা'সে
হোল্লুরে মরুভূমি কয়াগী মথক্তা,
মায়া মরীচিকাগা থেংনহুনা ;
থেংলুরে অঙম্বা লৈরাই কয়াদা,
ঈরাক্করুরে অরুবা হিদেন কয়ামুক্তা,
নল্লুরে চীং নাপোম কয়া নীংখায়হুনা।
হিমালয়দগী চেন্থরকপা ব্রহ্মপুত্র তুরেন্না,
চীং কয়া মরুভূমি কয়া তরাইনা লান্থোক্কুনা,

বঙ্গ সমুদ্রদা তাবগুম,
মহাত্মা অমগী কনাগুম্বা,
থম্মোয় লকাম্লুংদগী চেম্থরকপা স্বদেশ প্রেমগী ঈচেল,
য়ৈখায় থিনগায় চাম্মা লান্দুনা তিনখি স্বদেশ সমুদ্রদা।
থোৌরবা তাগী মতোম্না তুরেনগী ঈচেন্দা থিনবগুম,
অপঙবা কাঙবুগী খারবা মীৎয়েং, নোঙ্কবা ঋাহৈদা,
স্বদেশ প্রেমগী ঈচেন্দা,
মশক হোংদে করিগুম্বা !
কংহনবা ঙমদে ঈচেন্দু মায়াগী মরুভূমিনা ;
ময়েং তাদে থক্তুনস্থ লমলক্কী শা শঙ্গুনা।
থোইহী চেন্দে ঐগী লৈতোন্দা চিরোল তৌনবা
প্রতিভা লৈতে ইশাদা প্রতিভাবু থাগৎনবা,
ইনাক খুন্দে ঐগী ইরোল,
ইনাক খুনববু থাগৎনবা ;
লম্বীচিংবা অথোবা হিহোনবা মুপাসিতবু ;
"নঙতনি মুপা" হায়বা থোকই থারবা লৈসিনা।

—লমাবম কমল সিংহ

# *মৈতৈ চনু

মতম কুইনগী তুংদা,
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চনু,
মৈতৈ সাহিত্য মন্দির মন্নুংদা,
য়েন্দায় থন্না লৈহাপুনা,
কৎলুসি ইমাগী খুয়াদা।

* ইংশোক ১৯২৪ দা 'মৈতৈ চনু' কৌবী মেগাজিন্দা ফোঙদোকখিবা
—অইবা।

লৈ থিননবগীদমক্তা
নত্তে অথাপ্পা উমংদা চৎকদবা,
নত্তে অৱাংবা উপাল কাগদবা,
ইনকনকপদা, খুৎনা লাম্বা ফংবা,
থিরুসি পূক্লিং লৈকোন্দা
পূক্লিং লৈকোন্দা শাৎপা লৈরাং হেক্তুনা,
লিংজেল মান্নবগী লংনা লেংথুনা,
খাওবা কনবগী য়েন্দায়দা হাপ্তুনা,
কৎলুসিনে ইমাগী খুয়াদা।
লৈগী মন্দির শারুসি ইমাগী,
পামদে য়োৎকী মন্দির,
মাঙগদবা কোহ্নিং কারগা;
পামদে নূংগী মন্দির,
লূপকদবা মতমগী ঈচেল মন্নুংদা।
পামদে চেক্কী মন্দির,
ৱাংনা শারগা অমুক্তং
মন্দুনা লৈবা মতম কুইনা;
শারুশি লৈগী মন্দির,
তাউখৎনবা মতমগী ঈথক মথক্তা।
কংগ্রগা চোংখৎলকপা অমুকহন্না,
অতুগুম্বা লৈগী চারনা,
মন্দির য়ুম্বী য়ুংলুশি;
চাউখৎনবা মশা মরেং,
মতম্না অম্সুম কুইরক্লগা।
কুম্বী কালেন নাইদনা শাৎপা,
লৈগী চার থিরুশি,

থারুসি মন্দিরগী অকোয়বদা ;
মখোঙ ঈংহনসি মীৎকী পি ঈফুৎনা।
কংগ্রবসু অমাঙবা হকচাংনা,
লৈহৌশন্নু পূক্লিংগী লৈরাংহু
শাৎহৌশন্নু তগুপ তগুপ্না
মাতৃ মন্দিরগী অকোয়বদা।
মাতৃ মন্দিরগী লৈনম মুংশিবা
তপ্না লিরি লিরি শীৎপা মুংশিৎনা
হুমখিশন্নু মৈতৈ লৈবাক খুদিংদা ;
তেকখৎশন্নু শিরুম নারুম্বা মৈতৈ।
পূক্লিংগী অশোঙবা উমং ককথত্তুনা,
থাশন্নু তরু তরুবা লৈগী চার
মাতৃ মন্দিরদা কৎননবা ;
শেমশন্নু নীংথিবা নিকুঞ্জবন।
অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা
অচোবসু অপীকপসু
নীংনসি মৈতৈ চন্নুগী মচানি।
লৈগী পরেং তত্তনবা।
হে লৈবাকমচা মাতৃ সেবক
স্বার্থত্যাগকী শিদহীদাক,
থাবিয়ু মন্দিরগী অকোয়বদা,
পুন্সিবা পান্নবদি মৈতৈ চন্নুগী।
মাতৃ মন্দিরদা হৌবা লৈপালগী,
কেল্লকপদা লৈরাং মখোক লোয়হনা,
পুখিহনা মতমগী ঈচেন্না,
তাউরুশন্নু সমুদ্র শীনবথুংনা।

মাতৃ মন্দিরদা হৌবা লৈপালগী,
চাউখৎলকপা মশামরেংনা,
অত্যাদা থৎশন্নু নোংগী লম্বী ;
পোখারশন্নু মীরৈবাক্কী চেক্লা ।
মৈতৈগী লম্পাক্তা হৌবা লৈরাং,
থাকুশন্নু সমুদ্র রাংমদস্থু
শাংলুসন্নু ভারতকী বিশ্ববিদ্যালয়দা ;
করিগী ঙম্লোইদগে "লৈ পরেংনা" তন্ত্রবদি ।

—লমাবম কমল সিংহ

## কাঞ্চীপুরগী লেমহৌবা মখাক

**( থাইনগী কোন্নুংনা হোংখিবা অমসুং হৌজিক্কী অনৌবা কোন্নুং শেমদ্রিঙৈগী মরক্কী অবস্থা )**

চাংনা কোয়না ফীরূক খুম্লিবা,
হাওনা কোয়না পনঙাক্লিবা,
ঋতু তরুক্নস্থু লৈতেংলিবা,
মালেম পৃথিগী লৈকোলগুম্বা,
মণিপুর সনা লৈবাক্কী লৈময়োন্দা ;
থমচেৎকুম থম্বালগী মন্নুংদা,
শালগ্রামগুম লৈপরেং মন্নুংদা,
ঙাম্থোইরি থাইনগী কাঞ্চীপুর ।
লৈময়োলসিগী নীংথিজবা মিংচাও,
মতমগী কল্লবা ঈচেল ইরৈনা,
অহীং মুংথিল নাইদনা পুথোকখিহনা
লূপখিগদৌরে অমম্বা ঈপাকথক্তা !

ঙুংশিরবা লৈগী লৈনম্না,
ঙুংশিংকী মকোয়দা তিনবগুম ;
চীংঙুংদা খোংবা তাম্নাগী খোঞ্জেন্না,
পাক্লবা অতিয়াদা মাঙখিবগুম ;
মনম ঙুংশিরবা কালিন্দীগী ঈশিংনা,
য়াক্লবা থুমহীদা তিনখিবগুম,
নীংথিজবা মিংচৎ কাঞ্চীপুরগী,
কাউশিল্লক্লে নোংম-নোংমগী ।
অমদি কাঞ্চীপুরগী লাইরেম্বীগী,
মরাইবক থীবা মরমদগী,
মবুংঙোস্নু মায় লৈথোকপিথরে ;
পাউতম্বিনবস্নু লৈরক্করে ।
অমদি অৱা পোখানবা য়াবা,
মচাস্নু য়াওদ্রে তৌবিমল খঙবা,
ঈরাক্লরে চিন্তাগী ঈপাকথক্তা,
'হা ওইজরে নূং অনীগী মরক্তা ।'
মচাফাঞ্ৰবী শজি অমোম্না,
মৈচাক খাঙ'গুম চেনচোংতুনা
টুনা থক্তা তা'গুম অহীং লীক্লানা,
অৱাবা পি শিম্থৰি ওন্না'থোইনা ।
শঙ্গুদগী চিথহৌরবী তেনৱাগুম,
মীচিক-মীরাওখোল তাখিদ্রবা,
উমং-উখোঙ-ৱাখোঙনাক্তা ফমতুনা,
অৱাবা-ঈশৈ শকচরি মথন্নতা ।
থৈবোঙ, হৈনৌনচিংবা হৈপাল,
লৈহাউ, শিঙ্গারৈনচিংবা লৈপাল,

মশাগা মশাগা লোনশিন্নহুনা,
অৱাবা ফোঙদোক্লি তুমিন তুমিন্না।
উৱীরৈ, কুন্দরৈ, বাসন্তীনচিংবা,
উৱীগী কাঙলুপ্পা মরী চৎপা,
থাদোক্তুনা তুংনফম হৈপাল লৈপাল,
ওঙ্গোইহিরি, তৈহুনা উফুল ৱাইফুল।
লমখুম্নু, লাংমৈনচিংবা উচেক,
তেংথারি কাঞ্চীপুরগীদমক,
মনা পূংবা উশা খুদিংদা তোংহুনা,
তৌবিমল খঙবা চেক্লাগী কাঙলুপ্পা।
হৌজিকফাওবা কালিদমনগী,
পিক্লবা ঈশিং ঈচেল অহুনা
চীংগী চীংখোঙদো ঙা থেংহুনা
চামথোক্লি খুয়াথম্বাল কাঞ্চীগী।
কাঞ্চীগী হৈকোল লৈকোন্দা হৌবা,
হৈ-লৈ পাম্বীগী মরূপ খিবিক্লা,
নীংথিজবা মহৈমরোং লৈ-গু কত্তুনা,
পূক্লিং ফাজিল্লি কাঞ্চী লাইরেম্বীবু।
মতা কাঞ্চীগীদমক ৱাবনা,
শ্রীরাসমণ্ডল পূথ্রী অসে
লৈতেংখরে অমোৎপা ফিজেৎনা
লূ-হেন্দরে মহৌশাগুম্না।
অহুম ওইনমক চাকতারবি,
ঙাম্নু থঙ্গোংনচিংবা চেক্লানা,
মুমিদাংৱাই য়োরে হায়হুনা
পূক্লিংগী অরেপ্পা কায়দনা।

—লমাবম কমল সিংহ

# পি-থাদোই

চেক্লা নঙবু কনানো ?
লমদম কৈদবু খোংবনো ?
ম্নুংশিবা নখোন্দা তারিবা ?
মাঙগী উৈফদা খোংবরা ?
নোংমদোন থক্তা শকপরা ?
শুক্নৎলে ম্নুংশিবা খোঞ্জেল্লা ?
বসন্ত ঋতু য়োরক্লে,
মালেম নৌনা মাহ্লোনরে,
চেক্লা নহাকসু খঙবরা ?
অপাম ম্নুংশি কায়নরবা
লাইবক থীবা কনাগুম্না
পৃথ্বী থুংনা কোয়হুনা,
নীংঙমদ্রবা খোঞ্জেল্লা
হীক্লা নৌবা খোম্থাঙনা
থাদোই কনাবু কৌরিবা ?
পি-থাদোই পিথাদোই
থাদোই থাদোই পিথাদোই
কনা মশুংলাংগী ঙাওরিবা ?
কায়না মৈখু লাংবা মীগী
মহৌশাগী হৌনবীনি,
নুংঙাইবা কালদা ল্লাবা।
মলয়া ম্নুংশিৎ নামিবনা
মালেম থুংনা হুম্লকপদা
থাইনা মৈরি হেল্লিদা।

পোম্বী চেক্লা চীল্লোক্লনা
ফৈরাথক্তা খোংলকপা
হ্বারবা থম্মোয় চাক্লবনি
খঙলে চেক্লা খঙজরে
কৌখো নপূক্লিং পেম্না
থাদোই থাদোই পিথাদোই।
নওগী থাদোই পাম্মুবী
মশাবী পূক্লিং খঙদ্রবী
লমদম তাম্না চেনখরে।
লাইবক থীবী চেক্লা-ও
পৃথ্বী থুংনা কোয়হুনবো ?
থেংনবরা থাদোইহুবো ?
কুম্বীগী তেরা খাহুদা,
ইতৈ হায়না কৌবহুনা
তাউজিং লমন খুল্লবনি।
য়াঙ্গোই থৌহুনা চেনগ্রবী
অমত্তা পোকপী থাদোই
অমুক মীত্তনা উরয়োই।
খুমন ময়ুম য়ৌগ্রবনি
মশাবী মনাক তমগ্রবনি
থাদোক্লো উনীংবা আশা।
বসন্ত বসন্তদা থিহুনা
অঙাংবা লৈরাংতা থন্দুনা
অম্মুপ কুইনা কৌরকপা।
কৌখো হৌজিকস্থু কৌখো
খোঞ্জেল হ্বাংনা শকখো

থাদোই থাদোই হায়না।
ঐখোয়স্থু নওগী নতৌগুম্না
থাদোইগী মরীক'মত্তং মুংশিবা,
ফাওরম্লবদিকো চেক্লা।
মালেম থুংনা কোয়হুনা
নীংঙমদ্রবা খোঞ্জেল্লা
মুংশিবী থাদোই কনাবু
কৌরমগনি পেন্না পেন্না
শক্লমগনি লাউনা লাউনা
থাদোই থাদোই হায়না।
বসন্ত ঋতুনা লাকপদা
লৈরাং ফিজেৎনরে পৃথ্বীনা
নিল্লে চেক্লাগী কোলোয়না।
ঐখোয়স্থু খোইরাঙ খোইশাওনরে
পূক্লিংসি তয়াং তশোইনরে
কৌনীংই ( খঙদনা ) থাদোই হায়না।
থাদোই হায়বনা কনানো ?
অমত্তা পোকপীনা কদায়দনো ?
ঐখোয়দি খঙদে মুংশিবা।
খোইরেন্তাক্কী লময়ায়দা
পাম্বা কৈরেন্না শোক্লবা
আত্মা অতুগী মতৌগুম্না।
অতুমক্তদা প্রকৃতিনা
কৌহৌ কৌহৌ হায়না
তাক্লি'খোয়দা তোয়না।
মঙলাক্লবা কনাগুম্বনা

ঙাওবা ঙমদবগুম ঙাওনীংবা
লাক্করি ফোঙদোক্কবা শুন্দা।
খল্ল খল্ল রাখল্লা হেল্লে
পুক্লিং'রাখল পুক্লিংদা লৈরে
অথুম্বা রসতি ফোঙদোক্করে।
নওগী কোলোয়না ঙাওরবা
মরাইবক ফরবা কনানা
হোৎনরি নওগী খোঙ্গুল লীবা।
খওলে চেক্লা খওজরে
প্রকৃতিনা থারকপনি নওসে
তম্বিনবা বিশ্ব-প্রেম।
ফোঙদোক্কবা মুংশিবা
থম্মোয়দদি তম্লিবা
মুংঙাইবগী ঈরাতম
খীকথবিরে মালেম থুংনা
ঈংহনবিরে মীপুম তিংনা
ফংহল্লে থাদোইগী মুংশিবা।

—খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ

## তোন্নু লাইজিংলেম্বী
### নিংথৌকোন্দা কৌথৎপা

মাঙদা শংবাম্নরবা, লোক্তাকী ঈশিংদা,
ঈথক্লা জগোই শারিবা।
বসন্তনা ওইবনে, হৈরাং লৈরাং অপুম্বা,
অনৌবা য়েম্লিং হুনখ্রে।

( অয়াম্বা ) খঙনদবা চেক্লাসু
খুনগী পোম্বীগা চীল্লোক্না
ঈথক্কী ফৌরোই য়েংতুনা
জগোই খোঙলৈ চানবা-খোংজরি।
অসুঙৈগী কানসিদা, লাইজ-নিংথৌ লোক্তাক্না,
সনা মচু লময়োৌবী, মুমিংকী অরোইবা মশেক্না
নৌনা লৈতেংবগুম নীংথিখি।
থরো থাংজিংগী মপান্না
কোঙ্গোন থিনবগুম ফজখি।
লোক্তাক ঈপাক তোর্ব্বান্দা
অশংবা তিংথৌ মথক্তা
মুরা তোম্নু কৌবীনা ঈথক্কী জগোই য়েংতুনা
মীৎমা থম্বাল অনীদা
তরংগী লাইজ শীন্থখি।
থানিন থাজ মাল্লবা, মায়থোঙ থম্বাল নীংথিবা
অৱাবগী লৈচিন্না কূপ্পিবা!
থম্মোয়গী থূপ্লবা লকাম্নুং'তুদা
পুঙমদ্রবা অৱাবগী ঈচেম্মা
মাইথোঙদা চেনবগুম উরিবা।
হৈরাং লৈরাং পূম্বনা, কপ্পবা শিঙ্থোং শীল্লিবা।
পোম্বী চেক্লাগী কোলোয়না, অরাবা তেংথারোল ওইরিবা।
( তৌইগুম্বসুং ) মাগী নীংজবগী লন ওইরিবা
মশাবী থাংজহনবদি
মাগী ৱাবসু খঙবিদ্রে।
লাইনা নম্নবী মুরাগী
অশাবা মীৎকী লাইজবু

অনৌবা পুন্সিগী, অমম্বা মপৈনা
মায়কৈ তরা, কূপ্লিবা, অমুক হন্না উগড্রা ?
রাখল্লা লাম্বা ফংত্রিবা, নুরাগী রাবগী মশকসি ;
উদবা কনানা খঙগনি !
নোংদম থীবা বিধাতা !
লৈরাং শিঙ্গারৈনা তৌবগুম
নুরাবু কেন্নবা শাবরা ?
ঈথক্কী জগোই ফজবা, অমুক হন্না উররোই।
মাঙগী লীলা ফম্বাক্তা
অনৌবা শকফম উররোই।
শাবী ইবুংঙো নুংশিবা
ঙসিদি অরোইবা বিদায় পীবিরো।
লৈরম্মবদি নহাকসু, খাইনবগী পুংফম অসিদা
পি মরীক খরদং পীতুনা,
থম্মোয়দসু, চোৎপা ঙমগনি।
হৈরাং লৈরাং পাম্বীদা, লাইজ নৌনা চাইবগুম
নীংশিংবগী ময়োন চোংগনি।
ফরে ফরে পাম্মুবা, ঐগী থম্মোয়দা চাক্লিবা,
অরাপ্পদি উরিরোই।
নুপী ওইবী ঐখোয়গী, অথুপ্পা থম্মোয়গী নুংত্থদা
প্রেমগী ধারা চোল্লিবা নুপাদা ফাওবা হৌনদে।
মত্থ করিগুম্বা ফাওরবদি
ঐগী রাবদা রাবিয়ু।
মোইরাং তুরেল য়াঙ্গংবী
নুরানা কপ্পদা নোরুরি।
তুরেন্না মীনুংশি খঙবরা ?

মুরাগী ৱাবদা থৌশাদে, মুমিং চীংয়া থাংখরে।
মতুগা পালোইনত্নুনা, মুঙাইবা মুমিং তাখরে।
চংশ্রবা মুমিত্তি ফখরে।
লাক্তুবা মুমিত্তি মুরাগী শাক্ষী ওইররোই।
থম্মোয়গী বীণা মরীদা
মুংশিবা কোলোয় শক্লরোই।
তৌইগুম্বমুং ঐহাক্তি, থম্মোয় লাইমুমথক্তা
পূম্নমক য়েক্তুনা থমজগে।
ঐগী অমকপা নীংশিংবা মশেক্লা
নঙগী অঈংবা থম্মোয়গী লম্বীদা
কৌহুনা লাক্লবা মতমদা,
নহাকসু ঐগুম্না, মতম চারে খন্দুনা
থম্মোয়মুংদা মুংশি কোলোয় শক্তুনা
অরোইবা বিদায় পীবিয়ু।

—খাইরাকপম চাউবা সিংহ

## মীওইবা

নোংদম্বা বিধিনা কপ্পবা শীন্দুনা
তাইবঙ মীবু থারক্লে।
পুন্সিগী ঈপাক্তা 'ৱাবগী ইরৈদা
ঐখোয়না ঈরাক্লরে।
অপাম্ব'গী লাংদা তক্তনা থুবদা
খোক্লফমসু খঙদরে।
'ৱাবনা চাক্তুনা কপ্তুনা শিবনা
হিংবগী মহৈ ওইরে।

কনানা ঐগীনো    ঐগীনা কনানো.
শিবগা মম্বা ঙাক্তনি।

বসন্ত চৎখরে    ওলাঙথা চঙলক্লে
মতম্না পনবা লৈত্রি।

লনস্থ কৌশীংনি    পাঙনস্থ মাঙবনি
পুন্সিনা থম্নাগী ঈশিংনি।

অসিবু হায়দনা    অরা তেংথাদনা
করিগী লাঙতক্লগনি।

অরাবা হায়দনা    অতৎপা লৈতনা
শোল্লগা রাবা হেল্লিদো।

মপৃগী শিনশঙনি    থবক্কী মফম্নি
থবক্তা মায়রোং য়াউ।

পুন্সিগী লানফমদা    পাম্বোমবু তিংবদা
শোয়দনা রাবা কোক্কনি।

অতনবা নঙদি    হিংতুনা লৈবদি
নঙগী ঐগী লুম্নবনি।

পীবদি হৈতবা    লোবদা শিংলবা
অতনবগী মশিম্নি।

তনবা তোক্তুনা    থবক্তা চঙতুনা
মপুনা নীংবা থুংগনি।

মাঙগীস্থ রাফদে    তুংদস্থ তম্ফদে।
হৌজিক্কা ফরবা মতম্নি।

নথোক্তু পাঙতুনা    নপুক্কিং হরাওনা
মহৈহু মপৃদা শিন্ননি।

অচৌবা মীশিংনা    অশিংবা কনানা
মূত্রবা পজেঙবু থেৎলি।

লম্বীদু য়েংদুনা        ফীরান্দু থেত্তুনা
ঐখোয়স্থু খুভম ফংগনি।
কালগী তোর্ব্বান্দা        খোঙ্গুম্না তাবদা
ঐখোয়স্থু শিদবা ফংগনি।
খোঙ্গুন্দু লীদুনা        অতোপ্পা কনানা
মিংচংকী থোঙজিন্দা লাকনি।
বিধিনা ফংদবা        মপোক্তি তাঙলবা
হৌজিক্তি নঙনা ফংজরে।
মঙনি হায়দুনা        নীংবা কায়দুনা
করিগী তেংথানবগে ?
কপ্লিবা অস্থুপ        রাবস্থু অদুপ
শোয়দনা হেনগদবনি
নশাগী ওক্তুনা        মীঙোন্দা পীদুনা
নশাগী কান্নবা থাগনি।
বীণাস্থু খোংশন্থু        ফীরালস্থু থেৎশন্থু
ব্রহ্মানা ফংদ্রবা মপোক্তি।

—খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ

# অরাবা ঈশৈ

## ( অনুবাদ )

সন্ধ্যার্ত্তীগী খোঞ্জেল্লা        মায়কৈ পূম্বা নিম্বরে।
লুংথিল কোয়োহনবস্থু        নোংচূপ চীংয়া থাংখরে।
কাওরেন যণবী যম্নাউস্থু        মমৈ ফীরাল শাদুনা,
ময়ুম মায়গৈ পাংখরে,        শরীক্কী তানন্থু থাদুনা।
থাপ্পা লৌরাং শূরম্বা,        খুনগী ইপা-ইপম্মা,

ৱাখল চাউবা ঐঙোন্দা    চঙলক্লিবা অহীংদা,
লৈপাকলৈমা শিন্নরে    অৱাবা লম্বী য়াল্লক্লে।
নীংথি' লমদম পূম্বস্সু,    অমম্বদা লোংখরে।
মলয়া মুংশিং নামিবা,    লোইৱোইনা শীংলক্লি।
অচীকপদা হারৌনা    মুংশিকোলোয় শক্লক্লি।
অথাপ্পা লম্পাক'থক্তা    উইনা শগুপ শায়হনা,
য়াউগী শঙ্খ কয়ানা    খোঞ্জেল ৱাংনা খোংলিবা।
( মাঙগী মন্দির মতোন্দা,    অথ প্পা কুঞ্জ মমুংদা )
চীক্লবা মপাম লমসিদা,    ঈশৌলাংঙি হায়বগী,
অহীং ঙাকপা কৌহনা,    মকুশিংনা ৱাকংলি।
মাঙগী পামেল উখাদা,    লৈতেঙ্গায়গী মরক্তা,
অচম্বা শক্তক'মুংহৃদা,    খুঞ্জাগী ইপা ইপম্না তুম্লিবা।
অয়ুক্কী য়েঙ্খোং তাবদা,    নামিবা মুংশিং য়ৈবদা,
নাপী ফমজাউমুংদগী,    নৌনা য়াকায়নদ্রবা!
ফুঙ্গা খামরেণ হৌহনা    লৈমগী সেবা ঙাইদ্রবা,
পারি মমোম কনাস্থু;    চূপ্পগী মিহৌ তান্দ্রবা।
লৌরাং ফৌদি কয়াদা,    থাঙ্গোল জগোই শাখিবা,
য়োংলৈ নোংথাঙ শাহনা,    পামেল কয়া ফুকখিবা।
য়োইবু য়োহেন তাল্লিবা,    শাবী শানৌ অপূম্বা!
অচম্বা মোংফম থকসিদা,    অঙোবা ফুরা উদ্রগা
অচৌবা মণ্ডপ থন্দুনা,    মিংচং কোলোয় শক্ত্রগা,
লমইন পেনা খোংদ্রগা,    করিগী মীনোক চঙলুবা?
বিধিনা তুংওইনবনা,    লনগী মপূ ওইহৌদ্রে।
লৌশিং থাউমৈ থালহৌদ্রে,    লৈতবনা পেম্নখরে।
লাইজ ঈপাক মুং'হৃদা,    লোত্তনা লৈবা মণিগুম,
শোঙলবা নারক মমুংদা    লোম্না শাংপা লৈরাংগুম,

উবিনবা য়াওদনা, খণ্ডবিনবা লৈত্তনা,
অরেম্বদা মাণ্ডখরে, মতম' ঈপাক্তা ভিন্দুনা।
লৈবাক য়াম্মেন ওক্কবা, মীথকথোংবা য়াইফবা,
পলেম পম্মৌ কয়ানা, চীক্লা পোথানরিবা।

—খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ

## লমগী চেক্লা অমদা

য়াঙ্গোই খুরুপ থোহুনা মুংথিল কোয়োহনবনা
নোংচুপ চীংয়া তমথরে।
লাঙ্গোল য়োৎলম ফাৎলম্বা য়োৎলৈ নোংথাও শারম্বা
ওয়া মশিন থাখরে।
লাইজ ঈশৌ লাংবদা মলয়া মুংশিৎনা য়ৈবদা
পূক্লিং হকচাং ঈংনরে।
অঙানবসু লোইদ্রিবৈ অমম্বসু লাক্তিবৈ
কাওরেন কোঞ্জন মতমসে।
নাইতোম তাবা চেক্লানা গুরু ফাঙ্খোং থেত্তুনা
লৈনা জগোই শারম্মী।
পম্মৌ শূমাও ময়ায়দা বৃন্দাগী খুভম মনাক্তা
কোলোয় মপাউ তারম্মী।
চীঙ্গাইদবী মল্লপ-ও ঙাইহাক্তসু ঙাইখো-ও
লমনাইদবা মালংনি।
কনাগী য়াথং ইন্দুনা কনাগী খুচুং লীচুনা
নপাম লমদম য়োগনি।
ঐনা হায়জবা তাদনা নাইতোম পাইবা চেক্লানা
মীৎয়েং কারন লাম্মোকখি।

ঈমুং লোরাক্না, তৈবদা    ইমুং কমজাউ মথক্কী
খোমলেন্ন ম্যাতোংগে মাক্তমি।
তাইবঙ মালংস্থ লাক্কবা    শাক্সেন ভূমখুনস্থ হুক্সিবা
অস্থৈগী কানসিদা,
থাবক্কা ইপোম হৌৰবা    শংবাক্সবা মালংদা,
লাইগী জগোই শাবীনা,
চেক্কাবু তরাম তৌহুনা    মুংশি খুহুল্লং কৌহুনা
চেক্কা কাইদোংকম পীনখি।
নাইতোম তাবা চেক্কানা    কৈরাথক্কা তোংহনা
কোলোয় মপাউ তাক্লকই।
ঙশাইদোনা নীংখিজে    ঙশাইদোনা মকুজে,
পঙনা পাল্লি তাইবঙ-ও!
মপূগী লৈপাক'মুংশিদা    হীরম খোদোক খুদিংদা
কনানা লমজিংবিবগে ?
হয়েংস্থ লোয়দনা মরাক্কে,    ঙসিদোনা পাইরক্কে;
মপূগী মগুণ তম্লগে।

—খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ

## নীংখায়রে

### ঈশিংপা নীপা অমগী অরাবা দশা

মেক্সো লাউ মেক্সো লাউ, লোইনা নীংখায়রে॥
সাহিত্যগী পনম্মায়মক্তদা হাক্সা নমথায়রে॥
কনাগী লীলা কনাগী ঈশৈ লোইনা তাউথরে।
ঙমগদবনা থিংহোরো ও, পাথরে পাথরে॥
পাম্বোম অনী থাক্কনুনা, প্রেমগী থাক্সা শীক্কহনা,

ইরৈনা মশা ভামভাম তৌনা, লাউজরকই ঈশিংপনা ॥
লাইবকচাউবা ঈশিংপা। থোইনম্‌তুম য়ামখায়রো।
চেল্লক্লিবা ঈচেল অহু, ঈপাক্তুম তিলহনগ্রো।
মতমগী ইরৈ অকনবা, কনানবু থিংঙু নি ?
অরিবগী মহুত্তা অনৌবা, মহৌশাগী নিয়ম্নি।
ফিজেৎ ওল্লে শমখাক হোংলে, করি লৈরিবা ?
থরা অহু থিংঙু দনা নঙগী করি কান্নবা ?
( অকবনা লোগনি, ফত্তবনা তোকনি, করি রাকবা ? )
নঙনা শীচ্চবা ভুম্নগা, লেম্লৈ নঙনা ফংজবনি।
ঐখোয়না করি কুমহুনা, অরেম্বদা চোৎলুনি ?
ঈশিংলিবা তাদও। নয়ুম তম্নতুম হোৎহৌরো
কুমগী ঈরাংসু হৌরক্লে, অঙাং-মুবীনা লাউরক্লে ॥
মোংও চুরো, লাংজিং মত্তোল থুম্বৎলো।
পাংশোই মুরাবী-তেকখৎলো, হমুবা হমুবী তাউথরো ॥

—খাইরাকপম চাউবা সিংহ

## মৈতৈ কবি

নারক্তা শাংপা লৈরাংনা
লম্বিনবা য়াওদনা
অরেম্বদা কেনবগুম ;
ঈখায়দা লোৎপা মণিনা
য়েংবিনবা লৈতনা
অরেম্বদা ভানবগুম.
চীংনা কোয়না পনশাবা
হাওনা কোয়না পনভাকপা

মণিপুর মনা, মৈরেপ্যাক্সা,
অয়েম্বদা ভাগ্যলক্ষ্মী,
অয়েম্বদা শাংলক্ষ্মী
থওবিনবা লৈত্তনা।

রাখল অসি খনবদা
অহীং মুংখিল অনীদা
অরাবনা ফুম্বংনৈ।

গোমুখীগী নাপোমদা
ভাগীরথী গঙ্গানা
ঈচেল ফাংনা চেনবগুম

থম্মোয় লকা মুংহুদা
শীম্বরকপা লাইজনা
মীংলুগী নাপোম থ্ম্বরি।

নচাগী পাম্বোম চাউখ্রিবৈ
পলেমগী মুংশিবা থওখ্রিবৈ
ইমাগী সেবা ওম্লমখ্রি
(পলেম শকপী ইমাও!)

তোল্লবা নচা ঐখোয়না
খুজেং পালোইনহুনা
য়াকায়রোনবু খঙগে।

লাইরবা নচানা
প্রেমগী ধারা নত্তনা
কক্কনিঙাই লৈজদে।

থম্মোয়গী লকা মুংহুদা
ভক্তিগী আসন মথক্তা
লেঙশিনবিয়ু পলেমও।

পুম্লিগী মীংকুপ খুদিংদা
খুম্না থাবু কাউদবা
পীনবিম্বু ইমাওঁ।

লাইহরবী ইমোম্মি
খঙদবনা হায়বনি
মৈতৈ কবি লাকখিনি।

ঈম্মুংশোয়া তৈরক্লে,
চীথ্বে ফীহুপ হুল্লক্লে,
কাকী লাম্বাউ শীল্লনি।

স্থমিদাংবাইগী কান্দুদা
তময়া কোয়ী চেনবদা
পূক্লিংগী তোর্ব্বান থক্কুদা।

রাখলগী আসন থাহুনা
ঈথক ইরৈ খুদিংদা
পলেমগী ফজবা য়েংজহৌ।

থাবল্লা ইপোম হৌরবা
শংবাল্লবা অহীংদা
ইমাগী নীংথিবা য়েংজহৌ।

পোম্বী য়েংই রাগুেদো
চেক্লা য়েংই নোপ্তেদো
কবিনা রাৎপা হৌনদে।

বসন্তগী মতমদা
পৃথ্বীনা ভাঙ্গানবদা
অয়াম্বা পোম্বী চেক্লানা

ফৈরাথক্তা ফমহুনা
মপুগী কোলোয় শক্লিবা

কবিগী মীৎকয়া য়েংজহৌ।

শরৎকী থাবন অন্নবা
কাজেন লৈরাং কঁজবা
কবিগী হৃন্নাওনফম্নি।
( পলেম নীংবা ইনাওশা ! )
কোর্বাক মাঙদা থা
খোর্জে থুত্তা পায়
পলেমগী নীংথিবা খোৎচিলহৌ।
মপুগী থৌজাল ফংলবা
অসিগুম্বা লমলমসে
কবিগী পোক্লফম্নিদো।
ইচীন ইনাও পূম্নমক
লীচিং অমত্তা ওইহ্নুনা
পলেমগী লমন থুম্নবা,
লৌশিংগী থাউমৈ থানশন্নু
ইমাগী সেবা তৌশন্নু,
মাত্ত কবি লাকখিনি।

—খাইরাকপম চাউবা সিংহ

## লোক্তাক মপান্দা

[ ১ ]

ওসিদি পুন্সিগী, অনৌবা ঈচেন্দা
অনৌবা ঈথক্কা হৌরক্লে।
রাখলগী ঈপাক্তা, অরাংবা ইরৈনা
পুক্লিংবু থুন্নাৎনা কারক্লে।
মৈতৈগী ঈপাক্কা, মাঙদা ঙানবন্থু

ইমীংনা উজবা ফংজরে।
মৈতৈগী ঈপাক্কি মাঙদা ঙাল্লিবা,
ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে।

[২]

ঈমায়দা শাংলিবা ফজবা লৈরাংনা
উবদা মীংফঙ্কু হোংদবা,
মরক্তা তারিবা, নীংথিবা চেক্লানা
মুংশিবা কোলোয় শক্লিবা,
খুনগী পোম্বীগী, ৱাত্রবা পূক্কৈনি।
অয়াম্বা চীঙাক্কা থল্লবা।
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাঙদা ঙাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে।

[৩]

নাম্বিবা মুংশিংনা, ঈথক্তা ছুম্বদা
ঈথক্তা জগোই শারিবা।
হিথক্তা তোংচুনা, খুনগী ইমাশিং
ঈনগী জগোই লৈরিবা।
ঈথক্তা চাননা, মুংশিবা কোলোয়না
নৌগী তাম্বাবু শীরিবা
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাঙদা ঙাল্লিবা
ঐখোয়গী লোক্তাক হায়বসে।

[৪]

থাঙ্গগী খুঙাঙনা, করাংগী হৈকোন্দা
নীংথিবা হৈরাঙনা ঙাল্লিবা
হৈকক্কী য়েল্লিনা লৈরাংগা লোয়ননা
খুনগী কোয়বদা শাংল্লিবা।

অয়াম্বা চেক্লামা খৈরাঙ্গী খঙ্কুদা:
হুংশিবা কোলোয় শাক্লবা !
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাওদা ঙাল্লিবা
ঐথোয়গী লৌক্তাক হায়বসে।

[ ৫ ]

কুইনা নীংলবা পূক্কিংগী অপাম্বা
ওসিদি থুংজবা তারেদো।
হিথক্কা তোংহূনা ঈপাক্কা ত্রোবগুম
নৌগী জগোইবু শাজগে।
নীংজবা থুংহূনা মীৎলুগী নাপোমদা
তরংগী লাইজবু শীন্নগে।
মৈতৈগী ঈপাক্কি মাওদা ঙাল্লিবা
ঐথোয়গী লোক্তাক হায়বসে।

[ ৬ ]

ঈয়ায়দা থুংবদা, মপূগী নীংথিবা
গুণবু উজবা ফংহূনা,
ঈথক্কা লোয়ননা, লৈহ্নিবা পূক্কিংনা
মপূগী গুণবু খঙহূনা,
ঝাংলবা খোঙেম্না, মপূগী গুণবু
শক্তুনা পূক্কিং পেন্নশি।
মৈতৈগী ঈপাক্কি, মাওদা ঙাল্লিবা
ঐথোয়গী লোক্তাক হায়বসে।

—খাইব্রাকপম চাউবা সিংহ

# চীংগী লৈরাং অমদা

লৈরাং নঙবু কনানো ?
লোইখী চীংগী নাপোমদা
পামেল ক্যাম্নে মথক্তা,
        লৈকা ফম্না নোকইবা !

শীতেল নমান্নবস্তু উদা,
লৈরাং শামান্নবস্তু য়াওদা,
লৈরাং কনাবু য়েংহনা
        ফৈরাথক্তা ডাম্নিবা ?

মৈলৈ লৈস্না হুংজুম্পাল,
কদাম্বদি লৈম্নুংশি,
লৈরাং লৈচন খণ্ডদনা,
        মাঙগদবা পাম্মু ইদো।

থাইনগী লৈরাং অমনবা,
মল্ল মল্ল লৈম্নুংশি,
লৈরাংবিনবা লৈতবনা,
        লৈমা নিংথৌ য়ৌদ্রে।

লৈরাং নংবু উবদা,
নঙগী রাস্তু নীংশিংদা,
ঐগী রাস্তু থল্লুদা,
        রাথলগী ঈথক হৌরিবা ;

নঙগা মক্কপ ওইবদা
ঐগী রাথল মক্কপা
মালংবগী তাম্না চানবা
        লৈনা জগোই শারিবা ;

শীতেল নঙবু উবদা
লাইবকথীবা কবিনা
চাংজৌ নাইত্রবা ইপাক্তা
        রাথলগী ইরৈদা লুম্নিবা ;

লৈরাং নগুবু করায়নো ?
তোংন-তোয়রবা তাইবঙবু
লমলান্নবা পামজুনা
অচীকপ্পদা লোৎলিবা।

চীঙ্মাইদকী মরুপ্পোই
পামেল ফৈরাখক্কুন্দা
পম্বুনা পুমছনা মাঙখিবা
ঐদি খনবা ঙমজরোই।

মুংশিল্লবা মরুপ্পোই
ঐনা পোমশাংনবদি
উবিবসু পামজদে,
থাগৎপসু মিহৌদে।

নখোয় তাইবঙ মীগুম্না
মপান্দা অফ শাজরোই
নীংবগা তৌবগা মাম্নগে
পুকচেনশেংবা তমজগে।

কাগনি হায়বসু কল্লক্তে,
তাগনি হায়বসু রাক্তদে,
পুন্সিগী পুংজা খুদিংদা
মপুগী য়াথং ঙাকনি।

মপুগী খুত্তম অচীকপা
অপাম্বা নঙগুম্বা করাম্না
লাক্কুনা য়েংগে য়েংশন্নু
লৈরাং পুক্নিং পেনগনি।

—খাইরাকপম চাউবা সিংহ

# মরূপ কাম্নবা

শাংচরো, ঙসি শাংচরো।
নৈরাং নাইতোম শাংচরো।
কাম্বী, মমৈ হুল্লক্লে, নিংথম মকোক চঙলক্লে।
লৈরাং 'পূম্বা কংথরে, শীংঙেন 'পূম্বা থমথরে।
লৈরাং শাংহৌরো।
নাইতোম শাংপা য়েংলগা শীংমাম্নবা উস্ত্রগা
থম্মোয় লকাম্মুংদা অম্নাবা মৈনা চাক্লক্লে
লৈরাং হেক্লগে।
মুংশি হৈত্রবা মীং'সিনা, লৈরাং লৈথোক মথক্তা
গোলাপকী ফজবা শকফম্বু, পক্তনা পুমহুনা মাঙখিবা
য়েংবা ঙমজরোই।

শাংচরো, ঙসিদি শাংচরো।
লৈরাং নাইতোম শাংচরো।
কাম্বী মমৈ হুল্লক্লে, লৈরাং 'পূম্বা থমথরে।
মপূগী থুংশেম শীহুনা, পম্থোগী লৈকোম্মুংসিদা
লৈরাং লৈকা চাইথোক্কে।
লৈরাং শাংচরো।

পাম্মিংদে, হিংহুনা পাম্মিংদে
মুংশি হৈজবা তাইবঙদা হিংহুনা পাম্মিংদে।
মুংশিবগী পরেংদগী, চাম্নবা লৈরাংনা কেনথ্রবদা
অম্নাবা মায়থোঙ উহুনা য়াবিনবা লৈত্রবদা
হিংহুনা পাম্মিংদে।

মরূপ কায়নবা মৈচাক্কা লকাম্নুংদা চাক্লবদা
নুংঙাইবা মায়থোঙ উতুনা নুংঙাইবিনবা ফংল্লবদা
হিংহন্না পাম্লিংদে।

নুংশি হৈত্রবা মীং'সিনা তাইবঙ মোংফম থক্তুদা
মরূপকী ফজবা শকফম্নু, পত্তনা পুমহনা মাঙখিবা
থঞ্জবা ওমজরোই।

শাৎচরো, ওসিদি শাৎচরো।
লৈরাং নাইতোম শাৎচরো।

কাম্বী মমৈ লাকপদা লৈকোনগী মংলেন্থক্তুদা
তাইবঙমীগী মতৌঙম থেক্লা নোকপা উবদা
লৈরাং লৈকা চাইথোক্কে
লৈরাং শাৎচরো।

—খুাইরাকপম চাউবা সিংহ

## নহাকপু থিবদা হৌখরে পুন্সি

নহাকপু থিবদা হৌখরে পুন্সি
ফংদরে নহাকপু মফম কৈদম্নু।

তাকপিয়ু তাকপিয়ু কৈদনো অপোকপা।
পুন্সিগী লেঙদবা মরূপ ওইরিবা।
চাকথ্রবা মৈন্নুংদা লৈবরা ইবুংঙো?
ঈংথ্রবা লাইজদা কাইদোং ওইবরা?
নহাকপু থিবদা হৌখরে পুন্সি
ফংদরে নহাকপু মফম কৈদম্নু।
খাহল্লুনা মশাবু মাঙহনবা মীহু—
চানবরা মহাকপু নহাক্লা ইবুংঙো?

মশাবু য়োক্লুনা হুংঙাইনা থম্লিবা
মীছবু মঙনা হেন্দোক্না য়াবরা ?
নহাকপু খিবদা হৌখরে পুন্সি
ফংদরে নহাকপু মফম কৈদস্সু ।
নঙোন্দা চঙলগা নহাক্না পেনবরা ?
জীবনা পেল্লগা নহাক্না য়াবরা ?
চঙজববু চানবিবা চঙদববু চান্দবা
অতুগুম্বা মপূরা ইচা-মীচা নাইখিবা ?
নহাকপু খিবদা হৌখরে পুন্সি
ফংদরে নহাকপু মফম কৈদস্সু ।
মথৌদা লাইনীং ওইবদো নঙগী
থৌজানগী মীৎয়েং ফংদব্রা মাদি
নহাকপু কৌতুনা কপ্পুনা লৈবা
ননাইনা ফংব্রা নহাক্কী থৌজান ?
নহাকপু খিবদা হৌখরে পুন্সি
ফংদরে নহাকপু মফম কৈদস্সু ।

—হন্নাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

## তাকপিরি নহাক্না খুদম্মা উত্তুনা

তাকপিরি নহাক্না খুদম্মা উত্তুনা
অহৌবা অরোইবা জীবগী পুন্সি ।
উৎপিরি নহাক্না চীঙ্খৈগী ফীতুপ্পা
জীবদা লৌশিংগী ঈহৌরকপদা ।
পাম্মুবা পুন্সিগী অরোইবা শক্তকপু
কোয়ৌগী অরোইবা য়াচঙলকপদা ।

তাকপিরি নহাক্না খুদম্না উত্তুনা
অহোবা অরোইবা জীবগী পুন্সি।

অচীকপা অশাবা মালংবা খক্তুনা
মহুদা ঈথক্কী পরেং হোৌহল্লি
অখাকপা অয়াউবা নোংম্লুংশিংনা
পুন্সিগী তমথীবা খুম্নৌ ওইনরি।

তাকপিরি নহাক্না খুদম্না উত্তুনা
অহোবা অরোইবা জীবগী পুন্সি।

মুমিৎকী থাগী অরেপ্পা খোঙচৎনা
মৈগী ঈশিংগী হোংদবা মগুণনা
পূক্নিংগী ফীভম তম্বিরি নহাক্না
অরেপ্পা লৈতবা তাইবঙ মালং পানবদা।

তাকপিরি নহাক্না খুদম্না উত্তুনা
অহোবা অরোইবা জীবগী পুন্সি।

নোংথাঙ ওন্নবী পৃথ্বী ওম্বী লৈপাক্নে,
সমুদ্র ওম্বা মুংশিং ওম্বী মালিকাদা
উৎপিরি নহাক্না থম্মোযগী ক্ষিদম
অথোৎপগী পাঙ্গল অকনবা মরক্তা।

তাকপিরি নহাক্না খুদম্না উত্তুনা
অহোবা অরোইবা জীবগী পুন্সি।

—হন্নাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

# ভোন্নু লাইজিংলেম্বী

[ থাবল ঈশৈ ]

শেৎন-খাইমব

কদেং থাংজহনবনা
মমান ইবুংঙো খুরম্মী
লাইজিং লাকপী খুরুম্মী
অহুগী মতুং থোকপদা
মরান য়ায়দা লাক্লগা
তন্না মৈফম লিংখৎলে
থাঙশাং অমা শারগা
থাঙগী নাকল অমদা
মোইরাং নিংথৌ য়েকশিনে
নিংথৌগীদি ওয়রোমদা
শন্নাং কোয়কক্কহুনা
লাইজিংলেম্বী হাপচিল্লে
থাঙগী নাকল য়াংমদা
হায়জবগী মতৌগুম
নিজবগী মওঙগুম
খুকউ খুদক কুল্লগা
যণশা লৈমায়নহুনা
থাংজহনবা য়েকশিল্লে।
অহুগী মতুং অহুদা
ঈম্নুং শোরা ঙাল্লেদো
ঈরু শান্দেংজল্লগা
চরৈ অহনবা হোংলগা

থাঙপা শাগা পুৰ্হনা
কংলা তম্না কারক্লে।
খুম্বিনবীগী অমখোংদা
ঙারুংহনবা ওক্লরে
মক্লপ অনী কারক্লে
নিংথৌগী ক্সারৌ মখোঙদা
শঙাই পুল্লে হায়রগা
সনা মাঙদা চঙলকই।
মপু মোইরাং নিংথৌনা
তয়ুম অচানবা অনীবু
খুংলাম তোয়না কৌশিল্লি
ওয়দা লাকপা মনাইদা
ওয়না পানা লাল্লিদো
য়েত্তা লাকপা মনাইদা
য়েৎনা পানা লাল্লিদো।
তয়ুম অচানবা অনীমক
চরৈ ফীগাও শাতুনা
পানা খুদপ য়াজরে।
কদেং থাংজহনবনা
থাঙগা শাগা কচ্চরে
মপু মোইরাং নিংথৌনা
থাঙবু য়েংতুনা হায়রকই,
"থাংজহনবা নহাক্তি
লোইদাম অমা ওল্লগা
ওম্বোকপা অমা তৌরকই
থাজ অমা লৈরগা
অঙকপা অমা পুথোকই

কয়াদা নীংথিৱবনো
য়েংউম্মেসে তয়ুমগা
তয়ুম অচানবা নবুংঙোনি
ঐগী তালোয় অতোম্বী
তোমু লাইজিংলেম্বীগা
শকথও মায়থওনরুখো
শাগা থাওগা কচ্চরু।"
হ্না অহু তাবদা
কদেং থাংজহনবদো
মরু নৈদা লুকখরে
শাগা থাওগা পুহনা
পাথৌ অনী চওলকই।
কদেং থাংজহনবনা
পাইমা মুংদা থল্লকই.
"ওসি লাইরেল নোংজাদা
মুরা মোমু নহাক্না
হরাও কুম্মে তৌববু
পাখং ঐনা উবরা
মোইরাং অস্নুক চাউবদা
নওবু হেনবা থিদুনা
মচাক হোংনা পাল্লমগে।
মীংস্না থম্বাল অনীদা
তরং লাইজ চেন্দুনা
পাখং ঐগী দমকপু
নক্ক নৈদা লুক্কবা
নওংলাংগীদমক্কি
তন্না চিঙ্গাইগী মেল্লরোই

লাইজ ঈখৌ লাংঙবোই
লিনশাং য়াঙবা পক্ন্না
অমনগী থরৈ কুমগে,
ইবুধৌ থাংজিংনা খঙশয় ।"
মতাও অনী চঙলকই
তোম্বু লাইজিংলেম্বীনা
চরৈ ফীরুক খুমথুনা
গঙ্গানা ঈহৌরকপগুম
মীৎয়া থম্বাল অনীদু
তরং লাইজ চেন্দুনা
হীরা হীরা কপ্পমই ।
পামু চেংলৌ উরগা
মরু নৈদা লুক্কুনা
খোঙবী নৈখা য়েংহুনা
নৈই ফৈগরুহুনা
মুরা তোম্বু নৈরমই ।
তোম্বু লাইজিংলেম্বীনা
চরৈ ফীজেৎ হোংলগা
পাখৌ অনীদা হংলকই,
"নিংথৌগী মনাই ইপুখোয়
করি য়াগী লাকপনো?"
ঙাক্নংহনবমা হায়রকই,
"মহারাণী ইবেম্মা !
ননাই ঐখোয় অনীবু
শকখঙ মাইখঙখিয়ুনে
শাগা থাঙগা কচ্চরি ।"

খুজা তোম্বু শকহেন্নবী
নিংথৌগী মনাই অনীদা
শীঙেল পয়েং অমমম
পান্না খুদপ অমমম
অসি য়াবু হায়দুনা
শীঙেল খুৎনা পীবিরে,
"নিংথৌগী মনাই ইপুখোয়
পাথং ননীং খুংলরোই
ইপু য়াৱোবিগনু।"
"ইবেম্মা করিগী য়াৱোনি
হয়েং মতম অমদা
নৈমা কোন্দা লাপ্পবা
নিংথৌ কাদা য়োপ্পবা
পাথং ঐখোয় অনীগী
য়াইবী থৱায় কনবিয়ু।"
কদেং থাংজহনবনা
পাইমন্নুংদা থল্লকই,
"তোম্বু লাইজিংলেম্বী-ও।
খুৎনা থিল্ল থিলহৈদে
মীৎনা য়েংল য়েংহৈদে
মুংশি চেংলো উস্রিঙৈ
চীম্বাল কাঙনা নোক্তিবী
নৈরাং থম্বাল কৌবীনা
মুমিৎকী খোজান ফংদুনা
মকা ফম্না শাৎলগা
খোইমুগী শন্নক ওইবগুম

ছুম্না পাখংকী থোকখরে।
'খাঁংজেইহনবা শ্রীহাকা'
লেংশাম্নবা থোক্লবা
পাখোম তা' ওইনন্না
থবাক চুং ওইনহনা'
পাখং ইভৌক উৎলমগে
মপূ কাদা থোকপনা
থৌন্থু নুংনা থক্তা স্থান'
লৈদা লুকফম শেম্নগা
চীঙ্গোই মেন্নু ইনশিনবা
লমদা লৈবা কৈজেংলাং
য়োহ্লিং পোলাং হাপ্লগুম
পাখং পান্দম ওইখরে।
সনা থৌগল লাক্কুনা
লুংশি চেংলৌ য়েংবদি
পাখং ঐদি পামদরে ?"

—হন্নাইবম নবদ্বীপচন্দ্র সিংহ

## ইরৈপাক

ইরৈপাক ইরৈপাক উজত্রি নঙগুম্না।
নঙগুম্না লুংশিবা' পূক্নিংগী পেম্নবা॥
নোংপোক্কী কোরৌ খোঙথাকম ভারতকী শমজী লংদাইফম
প্রকৃতি ইমাগী শুংঙাইবা শাম্নফম।
চাক্লবা থম্মোয়গী অন্নাবা কোক্লফম॥
কূংনা পানবা মহৈ মরোং চুম্না শাংপা কৌগী চরোং

মীংয়েংগী লম্বীদা অঙৌবা পীনবী।
নচাগী ৱাত্তনা চেঙজেঙ্গি হৎজিবী॥

কুঞ্জ কুঞ্জ থুদিংমক্তা চৗংবা তম্বা পূমনক্তা
পোম্বীনা চেক্লানা নঙ্গদো শকচরি।
শান্তিগী অচীকপা ঈরাদি শীহুরি॥

পূকচেল তপ্লবী নঙগুম্বী নপাম্বী লূনা তৌজবী—
শামাম্লবী নতারোই কনাদি লৈথগে।
নঙগুম্বী ইমাবু কদাইদা য়াওবগে॥

অকনবা মমাম পোকচবী অথোবা মমাম য়োকচবী
বীরেন্দ্র টিকেন্দ্র নোংশারেন নপাম্বী।
ভারতকী পুয়াদা মমিংদো শোম্লরি॥

চীংথংলেন নিংথৌ অথোইবা ভক্ত লৈরাংলেন লূহেনবা
সনাগী মূর্ত্তি জয়সিং নিংথৌরেন।
মাতৃগী থৌদাংদা থৌজঙবা থৌবুরেন॥

বৃটিশ লমথায় পঙ্থেংদা নীপা থোক্লবা লাম্হোঙদা
মিংচংকী শিদ-উ থারম্বা নোংশা'নী।
গম্ভীর নরসিং লাইপোক্কী নচা'নী॥

লৈপাক্কী ৱায়েল লাংলোন্দা য়েক্লবা-য়ৈথায় লাম্লোঙদা
প্রজাগী পেম্লবা থৌরমদা লাইওইবা।
ঈশ্বর কোলোয়না কোরৌঙুম ঙানখিবা।

মিংবু ফানগে চন্দ্রকীর্ত্তি নিংথৌশিং কোকথক কীরিতি
বৃটিশ সম্মাণবু লৌশিংনা লৌখিদো।
অরাংগী থরানগুম মাঙদনা ঙাল্লিদো॥

অসুম্বা নচা পোক্তুনা নমাম্ল' মাঙজিন থাহুনা
অয়ুকী শজীকুম মোমোন্দি নোক্লবী।
শক্লেনগী মিরেল্লা 'তিয়াদা তারম্বী॥

ফত্তবা মীচা কয়ানা কল্লকপা মৈনা চুহুনা

তাখীবা হায়হুনা ইমাবু তেহয়ে।

ইমাগী কীনাদা অযোংপা তৈবয়ে॥

নৌনা হৌরকপা নচাশিং ইমাগী থৌদাং কাউবশিং

অস্নুবা ইমাগী মিংথীবা লৈরিবা।

কোকহনগে নীংদবা কয়াদা পণ্ডলিবা॥

নপারী নোংশা খিবিক্তি চণ্ডথরে কালগী থায়াত্তি

মহুগীদমক তেংথারি ইমানা।

থন্দরে মহুবু মৈহৌবা নচানা॥

মৈতৈ মিংলেন্দি কৌরগা মাতৃ থৌদাংদি কাউরগা

নাপলগী ঈণ্ডাংনা ফীজোন্দা তৈরিবা।

নরক্নী লৈখোয়া লাইবক্তা থিল্লিবা॥

পণ্ডলবা নচা ময়ামসে লৌশিং শোইনাইবা পুম্বসে।

লাকখিগনি অমুক্তং ইমাগী তম্পাক্তা।

তৌখিনি থৌদাংদি ইমাগীদমক্তা॥

ঈশ্বর পোকপী পলেম-ও নরসিং য়োকপী দেবী-ও

মীত্তগী ইরাদো অমুক্তং তৈথোকখো।

থাইনগী মীনোক্তা অমুক্তা নোকপিখো॥

-অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ

## স্মৃতি

রারবা পুস্নি'সিনা মুনা মুনা য়েংলম্মী

মতম কৌবা ঈপাক্কী নুংমা কোয়বা খোঙবান্দা

পীক্না পীক্না হক্কিবা ময়েকলাবা মম্বিদা

মশক খণ্ডগে তান্দুনা মুনা মুনা য়েংলম্মী।

চেন্নি তংপা লাইদনা ইপোম চাউনা ঈচেম্মা
কম্না কম্না মৈরুম্মী নুংপাকশিংনা লৈবদো,
লাক্লে হোৎনৈ মুখৎকে ময়েকশিংনা তাবদো,
শুকমূৎ মূৎলু স্নারমদে হেল্লি থোইনা লংবনা।
হন্ন'মুক্তং য়েংহুনা ময়েক্কুনা লাউরকখি
খোঙ্গেন্দুনা হৌবনা ঈরাউখোনবু নক্কৎখি
"মীওইপোক্কী ল্লাইশিংগী অফ'থোগী মণিনে
মাঙফদ্রবা ফম্বাঙ্গা খিল্লুম্নবা উরোংনে।
বিশ্ব তাইবঙপানবনা কপ্পা কপ্পা লোইখিনি।
নুংদা ইবা ঐখোয়না নোক্কা নোক্কা লৈহৌনি।'

—অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ

## মিংচৎ থিবা

মিংচৎ হায়বা নহাকপু লমদম কৈদা লৈগ্রবা।
তরেৎ শেঙ্গা তিংহুনা নঙবু করম ফংশিবা ॥
মপু সনা কৈথেন্দা মিংচৎ নঙবু থোকপরা।
রাক্ত-পাদ পুক্কৈদা মিংচৎ নঙনা লৈবরা।
অম্বাং' চীংগী চীংদোন্দা পামেন থক্তা শাৎপরা।
অমম' লোক্কী লোক্কুংদা থৌহু নুংগুম তাবরা।
সমুদ্র লৈথাদা লুপ্তুনা লৈগ্রবরা।
রাংনা লাম্বা ফংদনা কোরৌথক্তা লৈবরা ॥
মী কয়াগী ফনবা নঙগীদমক য়াওরকএ।
মীগী মতেং কয়াম্নু হৌজ হৌজ পাংঙকএ ॥
ইথোদা মশীংলি ফংবা কৌবদি লৈতরে।
ইরন্দা মতিংঙি অহ্নগী অহ্ন মঙায়রে ॥

নঙগীদমক চেনবনা মালেম্ম পূম্বা থুংঙকএ।
নঙগীদমক কোয়বমু খাঙ্গনদা মক্তোকএ॥
কাঙ্গাং কাঙ্গাং হন্দোকচে মুনা কয়াম্ব মেংঙৈজে।
'হুবু হেক্তা মচৈরী ফনা নোম্না মঙাঙৈজে॥
হৈরাঙ পাম্বী থাবনা তাউজিং মহৈ চাখরে।
লৈরাং মউ শেম্বনা শীংঙেল মপান চিনখরে॥
মিংচৎ মন্না হুনবদি তলা মহৈ মান্দরে।
পামেল চার থাবম্মু তাউজিং মহৈ চাদরে॥
পূকচেল চাউবা নীপানা থম্মোয়মুংদা থমগ্রবোই।
থৌজাল-হৈবা মখোয়না খুতুম চেংনা পায়গ্রবোই॥
নঙবু ফংগে নীংবনা নঙবু ফংন-হৌনদ্রা।
নঙবু ফংঙোই নীংবনা নঙবু ফংন-হৌনব্রা॥
ফংনি ফংঙোই খঙদনা নঙবু থিবা থোকপরা।
ঐগী হায়বা থমদ্রগা নঙবু ফংবা ত্যুবরা॥
মিংচৎ পাম্বা নীপাও নঙগী শন্নক খাকপরা।
তাউজিং মাগী মহৈদো নঙনা চাগে থনবরা॥

—হিজম অঙাংহল সিংহ

## *লৈরাং করিনো

চীংদায় পখুল লী
মেন্দো নিংখো,
মুঙ্গায় থক্তা ওঙবা লৈ।
মরিংগী হাওদি হাও পাখং,
য়োংলেন খুত্তা পায়,

* ইমালোনগী পেনা শৈরেং—অইবা।

পৃথ্বী লৈকং তৌ,
মাঙোম শীকচেন চাই,
নাউয়োক-লৈ।
লৈরাং মউতাবু হায়রগা,
কোরী শাজৈ মানবা লৈ।
লৈরাং লৈনা তাবু য়েংলগা,
জমান-চমান মানবা লৈ।
লৈরাং মানা পোম্লিভেদা,
লুপা কোম্দুম মানবা লৈ।
পশিং লৈথোক অমদা,
শীঙেল লৈচু তরেৎ থোকপা
মাবা লৈ।
লৈরাং মানা শাৎলগা
লৌক্লোল থরাক মানবা লৈ।
শীঙেল মাবু পুহুনা চৎলগা,
গোবিন্দ থোগল ফংবা লৈ।
মোমু মুজা ওইবী,
লৈরাং মাবু পুহুনা চৎলগা
মুজা
মনীংলক্কা ভাম্ন-রৈ।
পাখং
ওইবশিংনা পুরগা,
থ্বাই-মাইস্কুল
মাংলৌ লমজাও ভাম্নরৈ।
পলেম মানবীশিংনা পুরগা,
লৈরাং মাবু

ম্যৈদিঙও সনা কৈথেন-ঙানবা লৈ।
পাৱী চাউদ্রা লাঙ্গোল লৈ,
মম্যোম শাংদবা নাউয়োক লৈ।
শাবল-লমথোক লজাই লৈ।
অমংগী শিগুম শীঙেল লৈ।
থম্মুং সঙ্গ-মনি মপুংয়ায়,
যম নিংথৌ রায়েন চুম্বগী,
লৈৱাং মাবু ফাজোং পায়বদা
য়াওরবা লৈ।
লৈৱাং করিনো হায়রগা,
শীঙেলগী লশিং লৈৱাং-ও
চেংলৌ হেনবী,
শীঙেল গুণদা রাতরবী-ও॥

—হিজম অঙাংহল সিংহ

## নঙবু কৌজবা মঙায়রে

পৃথ্রী খোংবান কোক্কুৎনা মফম খুদিংমক লৈখরে;
শম্বন উরী-তিজ্জংনা, খুরক হাঙবা লৈতরে;
করি 'মতা উথিদ্রে মায়কৈ খুদিং শীনখয়ে;
নোংনা পুমকুপ কুপখরে শুকগুম মমখরে।
নোংগী মরী 'মনা উতুপ উতুপমুক চাউখরে,
হুংশিৎনমু শীৎপনা মীৎপাঙবা য়াখিদরে।
তিজ্জংশোনা থিনবনা খোঙকুম হোংবা ঙমদরে;
নোংয়াহীনা থুম্নক্লে চেম্বহুনা তুদোরে।
ঈগী ঈচেল লেপকদোরে ঈংবনমু লোইরে,

তীঙ্কা কাকফেনা য়োয়ে মীৎ য়া নাকোং থাক্করে।
তুজুংলবা লিন্নসু খোঙদা খুত্তা থেংঙরে।
নমথী-হাউঙে মনম্না স্বর হোনবা য়ারক্করে?
অকি-অকি খোঞ্জেল্লা নাকোং শেগায়গদৌরে,
অকি হঙ্গোই তুজুংবা মীৎকুপ হাঙবা লৈত্রে।
পম্বৌ গুণনা কনবনা 'হুম্বু মথাঙজরগে,
তমথীরবা খোঙফমদা পম্বৌ খোঙ্গুন লীরক্লে,
শক উবদি থমথরো খোঙ্গুন ফাওবা উদরে।
কন্নি 'মতা ফংদরে মঙান মশক খঙদরে,
হৌজিক করম তৌগনি হংদুনসু লাক্করে।
চঙনা লম্বী খঙদরে হন্দোকপসু ঙমদরে,
অন্নাবদা ঈরাক্না চাংজৌ মায়কৈ তামথরে।
অহীংসিদা অমম্বা থুদোংথীবা ওইররে,
উপায় লৈত অতাক্না নঙবু কৌজ' মঙায়রে।

—হিজম অঙাংহল সিংহ

# য়েৎথংবা লাংথবানগী লৈহাউ লৈরেন তুবা

[ ১ ]

লাংথবানগী লৈহাউ লৈরেন।

লৈরাং নঙবু করম্না কাউরশিগে সুংশিদা!!
ঙসি কৌবা কোরৌদা পামেন পুন্সি লোইরবোই।।
নারন-কোঞ্জিল, লাংথবান, চঙ্গীং মায়কৈ অনকপা
লৈরাং নঙগী লমদম্না শীঙেন নঙগী নমিংবু—
চীংয়া লৈহাউ কৌনৈদো!!
থুরাই লাইরেন, য়াইস্কুল, থ্বাই, রাংথৈ অতৈনা,

পাথখি,
নহুকচাং নঙগী ঈরোয়না
চেম্থখি,
নোংদা ফুংদা ভাল্লকপরাই
নথরায় চেক্লা থংগোয়া
পাইথোকখি,
কোয়া ঈংনা মালংনা
মীৎকুপ খুদিং শৈশকপা
"মতম কুইনগী তুংদা
লেঙশিল্লক্লে ইমা মৈতৈ চন্নু
মৈতৈ-সাহিত্য মন্দির মন্নুংদা ;
য়েন্দায় থম্না লৈহাগুনা,
কৎলুশি ইমাগী খুয়াদা !"
ওঃ তাক্লম্রেকো ঝারৌম্নু ।
শৈশক নঙগী শৈপানবনা
নমা মৈতৈ চন্নুনা
য়াওল থোগল ওইনঙাই
মীরক তাল্লক য়েংহুনা,—
মীতার'দি থামহৌনি
মাগী নীংবা কায়রনি—
নোংনা পূমঙাল ভাম্রিবৈ
খঙিঙ চেক্লা থেমদোকখিবনি ।
শিদা ঈরা ইন্দুনা য়োকপনি ।
ইমাগী য়াওল থোগানবা !
লপাং চেক্লাঃ কয়ানা ফংজনি !
কাথী চেক্না য়াইফবা !

য়াইফবদা শক্নকৌ।
নোকন্নুকো পণ্ডিতদা
মুংঙোল ইপাউ তাবদা।

অরাবনা ইরৈনা,
মুংঙাইবনা ঈহন্না
ঈথক তরংনরবা
মালং য়াংমা থুভন্না
তেংবান-মপূ মকুম্
তাইবঙ মুংঙোল অক্নবা
মিহৈবনিকো কাউগনু।
অপাম-পামদা-নাইত্রন্নু
থন্নায় কৎনা লৈরাংবা
লৌবিবনিকো নীংশংঙু।
য়াইফৌ চেক্লা য়াইফবা,
কাক্চী-কোনগী চেক-মুংশি।

—অশাংবম মীনকেতন সিংহ

## লৌরো ইমা নচাগী শীঙ্গরকপা মীৎকী পি

মুংশিদা ইমা কংলৈপুং,
পলেম ঐগী অপোকপী!
চীংদা য়েংউই মমুংশি,
তমদা য়েংই মমুংশি,
নঙ্গু তুরুম থুদিংদা
তাজেনে থরায় অপোকপী!

লোইবী শন্নাং খোইখোইবা শাংখ লোংখ চোইনা তা,
মালং কাইদা শম্ভম অাং শংবান চৈৱ কোমগোম তা,
লাইজ তরুং খোন্নাং হৌ শ্রাজং থাখুম চোংনা তা,
মালং নিংশা চিংন-চিং মান্নগৈ কারুল মীয়েং তা,
পান্নি কনা মগুংলাং শীবূক ফুংহৌনৱিবা,
নমোম কনা মহাকথং পায়বা ফুংজেংনৱিবা,
    ফুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !
যুগ যুগ খুদিংদা পলেম চান্না শায়োন লৌ,
কংলৈ য়ুমখোঙ খুদিংদা মাঙশোক খুদা লেয়া লৌ,
পারি নমোম খোন্নাংঙৈ খোন্নাং থাশেংনরম্বা
পারি কনা নীংশংউ নোংদম থীবা য়াইথীবী
নমোম কনা থম্বক নোংদমথীবী য়াইথীবী
খোন্নাং তরুং হৌৱিবা পলেম ঐগী ফুংশিবী—
    ফুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !
শকচনীংঙিদা নচানা পলেম নঙগী মিথৈরোল—
    থম্মিন পেনা থাদা থোং
    শমু য়েৎনা চৈজীং থীং
    ওয়না চৈজীং পোইরৈ য়েং
    খুংলোন্নিদা তন্না হাপ
হাদা সনাপুংঙয়োল পলেম ঐগী অপোকপী —
থঞ্জনীংঙিদা নচানা পলেম নঙগী য়াকায়রোল !
    ফুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !
থাংজিং চীঙ্গী চীঙ্গোল ওঙ চীংশাং নাপোম য়াহীন্নী
লোইবী চীঙ্গী মিথৈ তাং 'চীংফুং' কোলোয়নজবী
হারি কৌবী চেন্নানা তন্না পামেল উরাং কোল
তমজম্বম পম্বৌ কা খোংঙাই অন্না মপাউখোল,
শকচনীংঙিদা নচানা পলেম নঙগী নপাউখোল !

ঙ্গুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !
পান্নেল উশা খিবিক্লা ঙাঙু্া য়েম্নিং ঙ্গলকপা,
শীংঙেল লৈকা পুম্বনা তঙাং লৈশাং অম্রুপা,
ঙাড়োই্ লৈমা মমিংতা কৌজবগুম চেক্লানা
কোলোয় মাগী পিথাদোই ঙ্গুংশি ঈচেল নৌহৌনা
থাদোই থাদোই পিথাদোই ঙ্গুংশি মঙলাল মঙলোন মঙ
শৈরাংনীংঙিদা নচানা পলেম নঙগী থৌগল চঙ,
ঙ্গুংশিদা ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী !
য়াইফখিদা মৈদিংগোল শৈরাং থৌগল ফংখিবা,
পেনা লুরেল থাদা খোং
ঙ্গুংশি খোল্লোয় মেঙঙবা,
চৈজীং মনীং তৌনা খীং
মরোল থম্মোয় খোল্লবা
"কংলৈ মনাপুংঙয়োল হাদা পলেম ঙ্গুংশিবী"
পলেম নঙগী মিখ্মৈরোল শকচখিবা খুৎমাবা
যাইফখিদা য়াইফখি কল্লকইদা অপোকপী ।
থোক্ত্রে ইমা নচাই কা নোংদম থীবা য়াইথীবী,
থ্পগ্রে পেনা ঙ্গুংশিখোল
লোৎখ্রে চৈজীং শরীরুখোল
লাচ্চবদা মঙ্কায়রে ঙ্গুংশি চেংলৌ নশক্কম
মীৎকী পিনা মখোঙ চাম থম্মোয়ঙ্গুংদা থ্প্পা থম,
থম্মোয় মানা লুপচবা শুপগ্রনঙ্গু থম্মোয়ঙ্গুং,
পূক্লিং মানা তাক্কবা লোৎগ্রশঙ্গু লকাঙ্গুং
নোংদম থীরা নচানিং কদোক্নি অপোকপী ।
লৈঙ্গুং ঈরোক ঙঙজবা লাইজ ঈচেল অপিথক
থৌহ্ নুংথোঙ হাংঙমদনা কোয়ডাওনমা ঈরোকঙ্গুং
ঈচেল মাগী পুন্সি চুপ্প লৈজবগুম কোম্নরৈ লৈ

পলেম মুংশি ঈচেমসে থম্মোয়মুংগী অপিশক
থম্মোয় নুংথোঙ হাংঙমদা কোয়ঙাওননা থম্মোয়মুং
ইপাল শোম্না পোকচক্ল নৈত্রা তারে কোয়রৈ লৈ,
শকচনীংঙ্গুই কম্দৌনি য়াইথী ঐনা অপোকপী।
ইথিল ইপাল নৌরবা থম্মোয় ঈরোক ওঙজবা
পলেম মুংশি ঈচেন্সে ফুদোকচবা ঙমক্রবা
লৈরশম্মু কোয়রৈ লৈ কোয়ঙাওননা ঈরোক্লুং
চোংলশম্মু লৈনা লৈ তৎপা লৈতা পুন্সিমুং
লাইজ ইপাল ফনবা হয়েংমুকী মপোক্তা
ঈচেম্নবা ঈথোঙ হাং লৈকোয় থুংনা মালেমদা,
পীনৌ থোজাল নচাদা পলেম ঐগী অপোকপী!
শক্লমদরে হন্দক্তি পলেম মুংশি মিথ্খেরোল,
য়ারৌগম্মু অপোকপী খল্লমদরে য়াকায়রোল
লাংলম্লগে হন্দক্তি মীৎকী পিরীক পয়েং লেং
শিংলম্লগে খোম্লাংমল
কৎলম্লগে চানবিমল
মীৎকি পিনা তম্ফা শক থম্মোয় শোক্লা পরেং লেং!
লৌবিয়ুনে চাম্মশক পীরীক'মনা খোম্লাংমল
শকচিনবিয়ু লীশিং চিং পিরাং'মনা অপোকপী
মুংশিবী ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপী!
লৌরো ইমা নচাগী শীঙ্গরিবা মীৎকী পি।

—অশাংবম মীনকেতন সিংহ

# নোঙ্মুকখোদা

য়াম্বা অশৈবা—চৈজ্জীং খুমাবা,
নোঙ্মনীংঙাই ওইদবরা
নোঙ্মুকখোদা!

"হাদা সনা—পুঙঙয়োল
পলেম মুংশি-কোলোয়মু"
তেংথানীংঙাই ওইদবরা
তেংথারখোদা!

"লৌরুক-লমথাং শংবানরায়
লোইবী-চুম্বং খঙ্গরায়
মালং-ফৌরোই-ইপোম্নাং
ফরা-শরা থোঙ্গমু,
হাদা সনা-পুঙঙয়োল
কোলোয় মুংশি মণিমু"
শৈরাংনীংঙাই ওইদবরা
শৈরাংখোদা!

"পায়ম-মুংগী থোজ্জান্না
খোম্নাং লাইঙ্গ ঈহৌনা
ইম্ফাল-নম্বুল শীঙ্মু,
পান্নী মোয়্ ওকচমু,
হাদা সনা পুঙঙয়োল
পলেম লোইবী-খাঙ্গোয়মু"
চৈজ্জীংনীংঙাই ওইদবরা
চৈজ্জীংলখোদা!

পাৱী-মোয়্ চাঙ্খ্রী
পলেম ইমা পুকম্মু
কোলোয় মুংশি-চীথৈমু
অশৈ নঙবু কাউবরা।
য়াকায়নীংঙাই ওইদবরা
য়াকায়রখোদা!

নরোয় নঙগী মুংবংরায়
ননাও নঙগী লোন্দৈরায়
চৈজীং নঙবু ক্ৌজৈযে।
শৈহন্নীংঙাই ওইদবরা
শৈহন্নখোদা!

চেক্লা কাইদোং-কায়নরাই
মালং নোংলম-লম্মুকরাই
পালোইনীংঙাই ওইদবরা
পালোইরখোদা!

রাংলৈ পূঙ্গোয় অমদং
মির' চৈজীং লোয়নরায়
পলেম' মুংশি মিঙ্গোরোল
"হাদা সনা পুঙঙমোল
পলেম-লায়েক-তরেংমু"
থৌগন্নীংঙাই ওইদবরা
থৌগন্নখোদা!

নরোয়-ননাও খিবিক্লা
পলেম খোম্মাং-রায়নরায়
খোম্মাং-লম্মল শিংনীংঙাই
য়াংদৌ লম্বী চিংনরায়
নিংশা নীংহল কমদেংনা

য়াম্ব খোঙ্গুল মাঙৈয়ে।
লমজীংনীংঙাই ওইদবরা
লমজীংলখোদা।
"হাদা সনা-পুঙঙয়োল
য়েহেল্লো-অঙাল পাম্বোইমু"
মিঙ্গৌনিংঙাই ওইদবরা
মিঙ্গৌরখোদা!
য়াম্বা চৈজীংবা—শৈরাং খুমাবা!
মালংনীংঙাই ওইদবরা
নোঙ্গুম্লকখোদা!

—অশাংবম মীনকেতন সিংহ

## খোঞ্জেল অমা

খোঞ্জেল অমা
খোঞ্জেল অমা
লাক্লি ঙসি খোঞ্জেল অমা
মুংশিরবা খোঞ্জেল অমা।
হুম্লি মিনা নোংলম
যৈরি মিনা মালং
ঈরায়নরি মিনা মিনা মালং নোংলম
ইপোম্নরি মিনা মিনা মালং নোংলম।
নত্তে নত্তে ঈমুংগী
চেক্লা খোনম্মু লোরবা,
ঈচেম্নবা লাইজগী
লাইজখোনম্মু মিরবা,

মানা ওজা ওইরবদি
তাকপিনবা লৈত্তেনে
মপুং ফানা কনাস্নু
তম্বিববু ওম্মোইনে
চঙজরগে মঙোন্দা
কংলগেনে পুক্নিংসে—
লাউজরগে কন্নবু
খৌজান্নবা ঐহাকসে।

—রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ

## লীলা

নঙনা য়ৈরকপা পূংয়ৈ নঙনা থারকপা তাল,
ঐনা থব্বায়না তাবা পূংয়ৈ-তালনি।
নিনীগী পুক্নিংদা অপাম্বা মশক থায়ঙ্গদে,
নঙগীতবু নীংবা থুংলবদি—ঐনা নীংজবা অত্তুতনি।
খোঙথাং খুদিং নতুং ইঙ্গগে,
শকচগে শোঙ্গগে নঙগী কোলোয়।
য়েক্লবা লীশীং লাকশন্নু,
নঙতবু লৈরবদি করিস্নু তৌরোই।
অরাবা ক্রোঙ্গাই লাকশন্নু,
থেংনগে শক্তি পীনবিউ।
নঙ থক্ ঙাকপিন্নু কন্নিব্বা,
ননাই মতীক চায় হায়হন্নবিউ,
কায়নবা লীশিং থাইনবা লক্ষা লাকশন্নু,

মচুগীদমক পি-অদবা শেন্নবিউ।
মচুগীদি কপ্লোই নোক্কমক্ নোক্চগে,
ঐগীতা ওইরিবা নত্তবু কংব্রগা কপচগে।

—রাজকুমার শীতলজিৎ সিংহ

# নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখী

হে পৃথিবী! চহী যুগ যুগ কয়া চৎলক্লি ইতিহাসকী লামায়দা।
লাম্হোক্লুই আটলান্তিক মহাসাগর,
পোত্থারুই ট্রোই লমদমগী হেলেনগা লোয়ননা,
কৌরুচীংগী চীংদোন্দা লেপ্তুনা যেংলুই হৌখ্রবা ইতিহাসতা মণিপুরগী
কোয়মিন্নকই শাখংবগা গুরুগী ফাঞ্জোঙ,
ফম্লুই বিযাম্বা নিংথৌগী সভাদা মাঙমিন্নকই সন্ধ্যাদা লাঙ্গোল লুখোইগা
জগোই শারম্মী শীজ লাইরোইবীগা নাপ্পদা চঙতুনা পাউহংলুই।
চোকথরবা হকচাংনি মল্লবা থম্মোয়নি মীৎফম্নি মঙাল য়াঙত্রবা
অতুবু, খঙহৌদনা নোংলৈ মুংশিৎকুন্না
বারুণী চীংমায়দা অহীংগী থাউমৈ পরেংগী মীৎফমগা লোযননা
তাজমহলগী কুচু মাল্লবা শকফম্না
থামল্লবা কৌরুগী অমম্বা মচুগী চোইজাইনরবা শল্লাংনা
চীঙ্খৈ লাইবেম্বীগী মীনোক্তা
ইনাক্তা চঙলতুনা ফমথরৈ নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা।
হংলকই—ঐবু খঙলিবরা?
ঐনদি তোয়না শোঞ্জবা মশক্তিং উবা ফংত্রিবা,
ঐবুদি কাউবা লৈতবা, উগে হায়বদি ভমত্রিবা,
অতুগুম্বা মুপীগী মতৌগুন্না—

পুন্সিগী থবক লেপ্পবা, পীথোক, মশিন কায়বায়না থম্লবা
অথেন্তবা অহীংগী মীংকুপ্তা পোদোনশী মৈরাতা ভাম্ররবা—
চণ্ডশিল্লকই ইনাক্তা, ঐডোন্দা য়েংলকই নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা।
থাজক্কই ঐহাক,সি অমুক কুইবসি
পণ্ডিতনি, কর্ম্মীনি, দেশভক্তনি, কবিনি
তুমিং পাইবা য়ারমদে মরৈগী থাঙলোন্দা শক্তিগী মৈথুরক্তা।
পুন্সিবু লৌরম্মী, হে পৃথিবী, শাম্নবুংনি অচুম্বগী ফজবগী।
অত্তুবু ইথা থাজদনা য়ারল পাংকী কোম্বীরৈ মচু মাল্লবা ফীজোন্দা,
ক্বাক্তাগী মুংশিং নামিবগী খোঙথাংদা,
শংবাম্নরবা লৌবুক্কী ফোনা মাল্লবা মখুৎনা—
তুমুগী লমদম পাংনা খোংখিবা থেঙলবা অহাংগী খম্বগী তৌদ্রি
মখোলগুম্না,
লেংবান্দা পায়বকই য়েংলকই মীৎচাননা নিংথৌখোংগী
চন্দ্রসখীনা।
ইতা। করম্বা পুংফমদা করম্বা মীংকুপ্তা
উক্কবা শ্যামবু কদম মখোঙদা?
পুন্সি হায়ববু করিমো—থবক্কি কারবায়নি।
মুংশিবা হাযবনা কদাইনো—ওইদম্বনি, মৌনম্বনি, মায়ানি।
হাঙবা নত্তে মীংকুপ অমত্তং কেল্লক্কবা মালিকা লৈরাং য়েংজনবা।
তাবা নত্তে কোকথক্তা অযুক্তা বোকুলগী লৈরাংনা চাইথরকুনা।
অত্তুবু থেঙলবা অহীংদা নোংয়ায়গী মীংকুপ্তা অমম্বা অতিয়াগী মথাদা
নম্বুল তুরেলগী শাথেক্তা লোয়ননা চণ্ডশিল্লক্কুনা
অগ্নি লৈহাউ মাল্লবা মীংফমগা লোয়ননা,
ভূত-প্রেতগী শঙমগা লোয়ননা;
হকচাং কায়াৎ পুম্নমক তু-চুংহন্দুনা
কোকিলগী স্বরবু ভমজনা—
ঐডোন্দা কোম্লকই মীংকুপ অমত্তং নিংথৌখোংগী চন্দ্রসখীনা।

—এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# * অৱাবা

ঐদি শজিনি পোল্লকপদবি
অদুবু ওন্নীংলে হৌজিক্তি কৈজাউ
অসিনি ঐগী অৱাবা—

তথক তথক্লবা ঐহাক্কী মীৎনি
চেঙ্গরমই থৱায়গীদমক শাতানবগী শউমদা
অদুবু হৌজিক্তি মীৎসে ভাংশং ভাঙলে
লুমহনা থ্রুনা শজিদা চোংশিন্নীংলে।

অকোয়বদা লৈরি কৈগী শঙ্গুনা
চারি শহুম শেৎল শেৎলহনা
ঐনা উরগা কপ্পবা লাক্লে
অদুবু নোক্তবা মাত্রহনা নোক্লে।
নাকোঙ থাঙ্গৎলি শজিগী মখোলদা
য়েংজৈ মীৎসিনা তনৌরিবা হানৌশিংদা
অদুবু এহাক্তি তুমদবা মাদে
কৈগী শঙ্গুনা কোয়শিল্লহনা।

—এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

* হঙ্গেরীগী মমিং চৎলবা কবি অটিলা জোসেফ (Attila Jozsef) কী শৈরেং “অৱাবা” হায়বহু নীংশিংহনা ইবা— অইবা।

# চৎলশিনে কদাইদনো ইবানী

চৎলশিনে কদাইদনো ইবানী
থাবলগী ঈপাক মথকসিদা হিহোনবনা য়োঁঙমন্রবা লমদমমুক্তুদা
কনানস্থু উদ্রবা কনানস্থু খঙদ্রবা কনানস্থু তাদ্রবা—
চত্তা মচৎশি চত্তা মচৎশি হংলক্কনু ৱাহংদে।
"কররিগীনো অসিদি।"
থেঙগ্রবা অহীংগী লৈহাউ লৈরেনগী কোকিল
কাওফাঙৈগী ৱাশক লৈথোক অমত্তগী লৈরাং অনী
ঐহাক্কী নত্তে ঐহাক্কী নত্তে।
ঐহাক্কী মুংশিরবাদি গুপ্তচরান।
মহাদেবগী মমাঙদা খাঙঙমদনা চেল্লিবা কামদেবনি।
শামু খোঙয়েৎপদা খম্বগী হকচাংনি
দুষ্যন্তগী সংবাদা ফীরুক খুনজিন্না লেপ্লিবা শকুন্তলানি।
খঙইনে ঐহাকস্থু খঙইনে
য়াম্নখিদেনে মুমিত্তুদা নহাক্না ঐহাক্কী ফীজি
ওইখিদে নহাক্কী শগোল তোংবা পাখং
পাউমেপ্পাখদে কদৌদৈ নিংঙোলগী খোয়েনমঙলান চাদা
তৌখিদেনে ইঙ্গিৎ থাদোইনা লোক্তাক মপান্দা থমজোংগী খোংজীন্দা
"মানিনহৈ অচানবী"
তাবোনা নহাবস্থু লৈরাংগী তেংথারোল বসন্তগী ৱারবা খোঞ্জেল
উরেদনা লৈচিন্না কুপত্রবা শরৎকী পূর্ণিমা
ঐগী থুংসে পায়্যুনে চণ্ডশিল্লকউনে ইনাক্তা
হাইমা। কররিনো হন্দোক্লিবসিবু
নহাক্কী শম্নাংগী নীংথিজববু ঐহাক্না কয়ারক উত্রবগে?
মরোল অহুম্মকপু শুম্নৎপা নহাক্কী মুংশিরবা শম্নাংগী অমুবা লৈচিল অতুনা

কূপশিনবিরো চাঙ্গবী! অাঙহল্লোনে ঐহাক্কী মীৎ অঁসি
মমহল্লোনে।

ইখুত্তগী লৈসি উরবরা?
পায়নীংত্রবস্থু কৈদৌগে নহাক্কী শমজীদা থেৎকেশে
নহাক্কী শমজীদা থেৎকেশে চঙশিল্লকউনে।
নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোই
নঙনদি খঙলোইদো মুংশিবী!
করিগীনো ঐহাক্কা শরৎকী থাবলদা কপ্লিবা
বসন্তগী লৈরাংশিংবু থদৎলিবা মলয়াগী ইথিন্দা মিপাইরিবা
করিগীনো অমংবা নোংগী মপৈ উবদা
থম্মোয়দা খাঙঙমদবা চৈনাখোল থোক্লিবা।
তারিরোই নহাক্তি উরিরোই
ঐহাক্কী স্থুর য়াঙদ্রবা ঈশৈ ফোঙদোকপা ঙমদ্রবা খোঙচৎ
থাদোকপা ঙমদ্রবা

ধ্রুবতারাগী ছন্দ
পাউখুম মাঙত্রবা তত্তনা ব্রাহং লৈকংলাগী মিরবা তেংথারোল।
আঃ নহাক্ক য়েংলিদো মীৎকুপ্পনা অহাঙবা অতিযাদা
অহাঙবা অতিয়াদা অহাঙবা অতিয়াদা!
য়েংলকউনে ঐঙোন্দা অমুক্তং
ঐহাক্কী চোকথরবা মীৎফমসিদা
মঙাল য়াঙদ্রবা মায়থোঙসিদা।
থাবলগী ইপাক মথকসিদা
চৎলশিনে কদাইদনো ইবানী।

—এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

# মণিপুর

রথযাত্রা মুমিংকী মুংথিলদা
কংশি, মাঙ্গং, পুংগী মথেলেগা লোয়ননা
"জয় জগন্নাথ", "জয় জগন্নাথ"
নিল্লি মায়কৈ 'পুম্বা মণিপুরগী
অহুবু মণিপুরগী অতিয়াদদি
অমকপা, য়েংথীনবা থম্মোয়দগী থোরকপা
লোইবা নাইদ্রবা চৈনবা খোল্লাউ
অমুবা অরঙবা প্রোপগণ্ডা
কংগ্রেস, সোস্যালিষ্ট, কম্যুনিষ্ট, প্রজাশান্তি
হিংসা, অহিংসা, রাজসিংহাসন।
"কদোমদনো লম্বেনসিবু—
চীনগা খুৎকা মান্নদবা,
লমথুংফমগা লম্বেনগা শম্নদবা,
ফিদমদগী মীশক্লা লুবা?"
হংলি নহাক্তি ইমা মৈতৈলৈমা।
মজাইবেম্মা মমোম লাংলেন থোঙবীনা শাথোবা
ক্বাক্তাগী মুংশিৎ নামিবা
নিংঙোলবু মৌগী শীংদা চলহনবা
লাই হরাউবগী জগোই—
থেক-থেক নোগ-নৌ হায়না হুম্না শা-থেকপা
শুঙ্কৎপা বাঁশীগী সুরদা,
অঙকপা পুংলোন্দা জগৎপু কাউহ্নুনা
ঐথোয়না য়েংজবা মৈতৈগী জগোই রাস
নীংশিংলিবরা ইমা মণিপুর?

নচাশিংদি য়েংলি ;; অহুবু কাউরে !
হৌজিক্কি রুদ্রগী তাণ্ডব ড্রগোই
পৃথ্বী থক-থা ওলহনবা নটরাজ শিবগী
প্রলয়-ইঙ্গিৎ লৈপাক লৈমা চেকথায়দোরে
লাঞ্জরবী, পুন্সিচুপ্পা রাজরবী
সতী সীতা অচুম্বদি চণ্ডখিগদোরে
চণ্ডশ্রবরনে ইমা মহাত্মা গান্ধীগা লোয়ননা ?
আঃ ইমা নঙনদি যেংজগে হোৎনবা শারি—
অচুম্বগী মঙাল, ধর্ম্মগী মৈরি,
থম্মোয়গী শেংলবা অহিংসা
তারেদনা নহাকস্তু উরেদনা
এটোম বোমগী মখোল, অয়াকপা, অকিবা,
মৈরীক মৈথু অমুবা চীংমুক রাংবা
রাশিয়াদা 'জার' নিংথৌনা নৈব-ওৎপা ঈ-চুপ্পা
বন্দী বনবাস মী লীশিং কয়াবু মতুংদা কম্যুনিজম ষ্টেলিন !
শেংনবা মুংথিলদা নীংঙাইদনা খোংলিবা
লমচুইগী কাডবু এসিয়া অমসুং আফ্রিকাগী
অতিয়াদা পাইরিবা লণ্ডজাগী শঙ্খু
পাইবা শাইনে ফীরাল ইউ, এন, ও, দা
"হাফমাষ্ট" গান্ধীজীনা নোঙ্গাখিবদদি
অরাবা ফোঙদোকই মখোয়না—
মীওইবা জাতিগী অমাঙবা অমা !
অহুবু ইমা নহাক্কি
হুন্দোক্লয়ে হিদেনতাকম অতুদা হিংসাগী
স্বার্থগী, পার্টি পোলিটিক্সগী

শকুন্তলাগী নীংশিং খুদোপ
নহাকপু কাউরে, নচাশিংনা হৌজিক্তি
নহাকপু ইমা মৈতৈ লৈমা।
থিরখিনি নচাশিংনা নোংমদি
শীম্বরকপা পিগা লোষনন।
অনুতাপ্না চাক্লবা দুষ্যন্ত।
মতম তুদা নহাক্তি কদাইদা
কদাইদা, ইমা কদাইদা ?

—এসাংবম নীলকান্ত সিংহ

## মীৎকপ থোকপা

কোনশিঙ্গকই ঐহাক্না মূর্ত্তিশিংসে নূংঙৌগী
মীৎকপ থোরকপদা
থাবলগী মঙালগুম্না
চোকথরবা খুৎশাশিংসিনা
সভ্যতাগী ঈচেলদা তাউথরকপা।
অতুগা থাজকই লেঙদনা লৈগনি মখোয়শিংসে
মাঙবা নাইরোই
মতমগী খুংশিংনা হুম্বদা।
অতবু ওইরক্লে ইশামক মূর্ত্তি
নূংঙৌনা শাবা
মূর্ত্তিগা মূর্ত্তিগা ভিন্নত্রে
মতমগী মীনোক্লা।
চংত্রে মাঙলা মথং মথং
ওন্থোক্লা থাজদনা

মীংফমগী রাংমদা প্লরেং প্লরেং
মাঙখি মথং মথং।
লূপ্পা তারবরা ঐহাকপু অস্থুম অস্থুম
লূম্নবা মূর্ত্তিশিংসিগা লোয়ননা।
অসিনা ঐনা লাউৈজ্ঞ হৌনা
অমুক্তদি পায়বিয়ু কৈদৌগে
অমুক্তদি
অমুক্তদি পায়বিয়ু পোৎলুমসে
ঐহাকা চেয়বা তারিবা
নূংঙৌগী মূর্ত্তিশিংসে
লূপ্পা তারবরা ঐহাকপু অস্থুম অস্থুম ?
মাঙখি খোঞ্জেলসে অহাঙবদা
মীনোক্কা লৈহৌই মতমগী।
ফরে অছুদি চংপা তারবনিনা
বসন্ত ঋতুনা চঙলকপসিদা
শিম্নজগে অঙাং অসিমত্তংদি
চাউজরকপা য়োমশিন্দুনা আতরগুলাপ্পা
কদম পাম্বী মখোঙদা
তাজখিবা মুরুলী বাঁশী নাপচীক্কা
পুবীখো অঙাং অসিমত্তংদি
লানিবিছুনা যমুনা তুরেল
থিংঙমন্ত্রবা সভ্যতাগী খোঙচত্তা।
নীংশিংবিয়ু অঙাং অসি চাউজরকপনি
যমুনাগী ঘাট মপান্দা
অছুনা পুবিখো অঙাং অসিমত্তংদি।
খঙত্রে হৌজিক্কি কনানা হিংবা কনানা শিবা

কনানা মাঙথা কনানা মাঙদবা
কনানা অচুম্বা কনানা চুমদবা
য়াই মুম্নরিবা লিনশিংগুম্না
চয়েৎনছুনা চনৈনননা
ফংলবনি অকনবা অভিশাপ
যুগ অসি।
মসিনা লাউজরি খোঙ্গেলদি খোঙ্কনা
পুবিখো অঙাং অসিমত্তংদি
চাউজখিবা কোয়শিন্দুনা
নিংথৌ তুরেলনা
অহাঙবা অতিয়াদা থাবলদা
পুবিখো মঙালগী য়াংমদা।
ৎলে ঐহাক্তি চৎপা তায়বনিনা
অসুম অসুম
মাঙলোমদা
মঙালগী ওয়ৈতৈনবদা
অমম্বদা
ইতোমতা।

— এলাংবম নীলকান্ত সিংহ

## ঈঙাগী নোং

থাক্লা লাউনা শল্লক্লে ঈঙাগী নোং চুরক্লে
আঃ অনৌবা নোংগী কুচু মানবা শ্যাম
থাক্লা থাক্লা লাউথরক্লে
হে ভগবান হে ভগবান

হৈথরক্লে সহরগী টিনগী ক্রমগী য়ুমথক্তা . .
ঈঙাগী নোং
লৈরক খোংবান থুম্লক্লে
লম্পাক লমজাও থল্লক্লে
হঙোই খোংলক্লে
হৈথরক্লে নোং লেপ্পা নাইদনা
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
সহরগী লমজাওদা.
মচী-মচা ঈচেল নাইনা চেল্লক্লে
লম্বী ময়াগী য়ুমগী শাইজিন্দা
নোং থ্রম্বা থুপা কান্নদরে
চোৎনা চোৎনা চেনথবে
মতু চোৎলবা যণ অমুবা অমত্তং
লেপ্তুনা লৈহৌরি
লেপ্পা লৈত্তনা হৈথৌরি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং
হৈথরক্লে নোং অমুক্তা হেন্না
লাইরবগী পীক্লবা শেগায়রবা য়ুমগী য়ুমথক্তা
কদাইদনো লাযরবা হায়ত্রুনা।
থোঙ লোনথরে ধনঞ্জয়
মনীংথোঙ মমাঙথোঙ পোয়রোন্ থাগ্রে ইঙন ঙন্না
মচা মথৈস্থু লোইনা তুমথরে
মৈক্চু মৈজাও মথুৎনা হোত্থুনা
ফম্মৈরে মাগী থুপা অতোম্বীগা
শীং য়েন চহীগী পৈরে
ঙারী হবাই ঙমুলৈরৌ

চহী অমগী হেল্লা লৈরে
কনাবুনো হৌজিক ঐনা কিগদবা
চুরো নোং হৈথরো
তানীংবা মথৌ তাজরো !
অহাঙবদা য়েংই ধনঞ্জয়
হংলকই অহুগা খঙনা খঙনা কাউখিবদৌনা
ফৌগী মমনবু কয়া য়ৌত্রবগেনে গোমতি
মায়থোঙ মকা লাম্না অহুবু য়াম্না ঈংনা
ঙাঙনা চাক্লিবা মৈফুগী মৈঙান্দা
সনা থুদোপ্তা য়েংহুনা
তপ্না তপ্না ...... .....
—হাম্বরকই—
লমশাংদনা কুম্ব্রামঙা
নম্বোম্দনা কুম্ব্রাতরেৎ
শাংজমৈদনা কুম্ব্রামাপন—
মায়থোঙ মকা লামই ধনঞ্জয়
অহুদি লেপ্লোইদৌরিনা মমনসিদি !
মুম্না য়েংই গোমতি
মুম্না য়েংই ধনঞ্জয়
লেপ্না লৈতনা হৈথরক্লি
লেপ্না হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
হৈথরক্লি নোং লেপ্না লৈতনা
বাজারগী জিভব মথক্তা
চোৎপা ঙমত্রবা বিলাতিমাটিদা
কম্ফোটিনা পুমল্লেৎ য়েঙ্ন্না
বাথল তৌই হুকান্দার মীহুৎথোক্ত মনাক্তা

থাররোই চেঙগী হরাইগী জাং হৌজিক্তি
ঙ্গমিং নীনিতগা তাখিশন্নু নোং
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
চংখিদরে ইম্ফালগী লম্বীদা
মপূক লাম্লবা হুই নত্তনা
হুরানবা নত্তনা
লাইববা নত্তনা
যুঙাওবা নত্তনা
শব্দক তবা হেনখরে অহীংগী অমম্বা
ধ্যান্দা লুপখবে মহাজন
( হরি ওম্ হরি হরি )
অথাবা স্যুয়েটর লীংশিন্দুনা
থুবাম চাউনা ধুপ হাপই
চাক্লবা কম্বীদা
গণেশ লক্ষ্মী শিব পার্বতী
ধুপকী মৈখুনা য়োমখরে
থুংলরে লাই কোটি কুন্থ্রাক্লমদোই
পরেং পরেং লাক্লে মমাংদা
পুরি গয়া কাশীদগী
ঋষিকেশ হরিদ্বারদগী
সিন্দুর লাইবক্তা পাক্কা নমই
শেমজিল্লি কক্ষোটি
মনীংথোঙদা থোম্বকই—
য়েংউ বাহাদুর নীংথিনা লোম্লু থোঙচু
নোং চুবা অহীংনি

খঙঙ্‌ হুরানবা ঙাক্তনি লম অসি
মথুং য়েংনা শো লোল্লি
ওযনা অমুক চিংহ্না য়েংই
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি
লেপ্পা লৈত্রবা ঈঙাগী নোং।
মীগী খোঙ্গেন তাবকই খঙহৌদনা
মহৈ মহৈ লাউনরকই
ঈশিং নমথায়রে
তুরেল নমথায়রে কেক্রুপাং কায়রে—
মাযকৈ খঙদনা চেন্নরকই—
ইনক নক্না ঈশিং য়োরক্লে
মহাজনগী গুদাম মন্নুংদা
ঈশিংনা লংথরে খ্বাইবন্দ বাজার
ঈচেন নাইনা চেনথরে
বাজারগী লম্বী গলী খঙথিদরে
অচোবা ঈপাক ওইথরে
তাউথরক্লে বোরা বোরা ময়োম ময়োম
তাউথরক্লে লাইরবগী ফদী ফরা
তাউথরক্লে মতুম মতুম অমোংপা অমাংবা,
মহাজনগী ধুপকী কন্নীসু মচুগী মরক্তা
লেপ্পা লৈতনা হৈথরক্লি অমুকসু
লেপ্পা হৈত্রবা ঈঙাগী নোং।

—লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

# মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে

মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা
সনা লৈবাক মণিপুর
ওস্থোকপা লৈবাক ওইথরে
থবক পায়থরে মৈতৈ লক্ষতরুক
চাক চানবা তোক্তুনা
মচাগী মনা হুৎপগী
মাইক খোংবা লেপ্তুনা
কারখানাগী য়াক্লবা খোঞ্জেন্দা
চৌংলাই কিন্তুনা চেনথরে
ওস্থোকপা লৈবাক ওইথরে
ওস্থোকপা মৈতৈ ওইথরে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।

ফমখিদরে মৈতৈ ওফিসকী কেরানীগী মনাক্তা
চুরুট পাল্লা লৈখিদরে
কাম্নদরে থল্লে কেরানী
অথুবা ফাইল ফাকুবা
মীগী মচাগী স্কোলারসিপকী
ওস্থোকপা মৈতৈ ওইথরে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।
কোয়চেন চেনবা তোক্নথরে

অয়ুক্তা মুংখিন্দা অহীংদা
ওরং ওরং ওংদরে
মমাঙথোঙদা মনীংথোঙদা-মথাংথোঙদা
ওইরোইদৌরে টি-টি-রোড
কুনশুবা শতাব্দীগী মমুংদা
মপূক ওল্লক্লে ঠিকাদার
মাঙবা তারে থোং অসে
ঐনা হাপ্লিবা বিলাটিমাটিসিদি
মপূক ওল্লক্লে এঞ্জিনিয়ার
ওঃ মাঙবা তারে লৈবাক অসি
ঐনা শারিবা য়ুমসিদি
ওস্থোকপা মৈতৈ ওইখরে
ওস্থোকপা লৈবাক ওইখরে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।

মমাগী শেঙ্গাউ লাকখিবগুম
শাউখরে পুলিস ইন্সপেক্তর
মীগী মুপীগী ইজ্জৎ মাঙহনবা
লৈবাকপু সমাজবু উশিত্তবা
মাতদি ফারগে খনখরে
ওস্থোকপা মৈতৈ ওইখরে
ওস্থোকপা লৈবাক ওইখরে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।
থবকী মৈচ্রাং পাইবদা

অমনা অমত্তু উনজরে
চীংলৈবাক্কী লমদমদে,
কারখানাশী খোঞ্জেলসে
চীংলোন মাপল লানথরে
অঙকপা মৈতৈ ওইখরে
অঙকপা লৈবাক ওইখরে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।

য়েংউ মৈতৈ ডাক্তর অসে
নোকফেৎ তৌবা মায়থোঙসে
মৈচাক খাঙবা ঙমদ্রবা
শোল্লবা অনাবা অসিনা
লাউবা খোংবা তোক্তুনা
নৌত্থনা থেমত্থনা হংলিবসে
পাতালগী ডাক্তরনি হায়রিবরা
ঐখোয়গী হাসপাতালগী ডাক্তরসিবু
ওন্থোকপা মৈতৈ ওইরবনি
ওন্থোকপা লৈবাক ওইরবনি
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।

চঙঙু চঙঙুবা মফমদা
মৈতৈ পূমহোং হোংলম্লে
পূমশিন শিল্লমলে কো-ওপরেটিব
লৈরমদরে অমত্তম্ভু হাম্নগী মীশিংদো
মশক মশা খঙদবা

অঁনৌবা ভাক্তা ওইরমলে
লোন শিংবা ওম্মদবা
অমাওবা কো-ওপরেটিব লৈখিদরে
ওম্বোকপা মৈতৈ ওইখরে
ওম্বোকপা লৈবাক ওইখরে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।

মপূক হোংখরে খ্বাইরম্বন্দ হুকান্দার য়ারক্তরে
খঙলে মৈতৈ লিংজেল মান্নখরে ম্নারমোই
ফিক্সদ প্রাইস তোক্লসি
অচুম্বা মমল লৌরশি থম্নখরে
তো কিতনা অচ্ছু হুৱা হায়
কৈথেল কাকুবা পুম্নমক
হরাও হরাও হম্নরে
অঙকপা লৈবাক ওইখরে
ওম্বোকপা লৈবাক ওইখরে
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোয়রাবা।

ওঝানা লাইরিক তম্বীরে
ছাত্রনা নোট তৌদরে
ওঝা মকোক কায়দরে
পরীক্ষা পরীক্ষা থুদিংদা
অহম্না অঙাং কিদরে
লম্বী চৎপা হঙ্গোইদরে
অনৌবা মৈতৈ ওইখরে

অনৌবা লৈবাক ঙইথরে
মমাঙ লৈকাই থম্মাল শাংলে
খোইমুনবু ইল্লেন্দেহে খোয়রাবা।

াইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

## চীং কাশি ঙসিদি

### কাশি তোশো

অহাওবতা চাশি ঙসিদি ফজবতা শেংশি।
ফজনা ফিরোর্ল শেংলগা
চীং কাশি ঙসিদি।
কোম্মীরৈ শেংকেরা
শনারৈ ইনগেরা
থরো শেংকেরা
থম্বাল ইনগেরা
আঃ ইঙেল্লৈহুম মাল্লে নহাক্তি।
খোরকও।— খোরকও।
ফজবা ফিরোল শেংলগা
চীং কাশি ঙসিদি
বোকুল বীরেন হো কুলো।
বিনোদিনী থম্বালশংবী ঙম্মোক্লা ফজখরে ফজখরে।
খোরকও। খোরকও।
ঙঃ চেঙ তাঙবা কাঙবু ফি তাঙবা কাঙবু
চিনি লোংপা থুম লোংপা আলু লোংপা
লোইনা খোরকউ নখোয়স্থু ঙসিদি
ফজবা ফিরোল শেংলগা

চীং কাশি ঙসিদি
অরাংবা চীংদোন্দা
লাইরৈবাক্কা শম্নক্নমদা
শান্নশি ঙসিদি লাইনী মচাশিংগুম্না
ফজবতা শেংশি ঙসিদি ফজবতা চাশি
ফজবতা খনশি
ফজবতা নীংশি ঙসিদি
ঙসিদবু ফজনা শেংলবদি
চহী অমা ফজগদৌরিবনি
ঙসিদবু ফজনা চারবদি
চহী অমা ফজনা চাগদৌরিবনি।
ঙসিদবু ফজনা খল্লবদি
চহী অমা ফজনা খনগদৌরিবনি।
অহুনা লোইনা খোরকউ ইচিন ইনাওশা।
অরাংবদা কারিবা হো ইচিন ইনাও।
হো খুরা! হো তাদা!
ওস্থোক্লা ফজখরেদা নখোয়'সে।
চীংদোন্দগী য়েংথরকপদাদি
হে ভগবান!
অসুপ ফজবরনে লৈবাক অসিবো
অসুপ ফজবরনে তম্পাক অসিবো
অসুপ নানবরনে খ্বাইরম্বন্দ অসিবো
অসুপ লিংজেল মায়বরনে মৈতৈ 'সিবো
ওঃ লিংজেল মায়হোরো মৈতৈ পুয়মক ঙসিদং
চহীচুম্না লিংজেল মাদনবা
অথাপ্পদা লৈবা অনকপদা লৈবা

চীংদা লৈবা তমদা লৈবা
ফিরেহৌরো ওসিদি চহী চুপ্পা ফিরনবা
পূকচেল শেংহৌরো ওসিদি
চহীচুপ্পা পূকচেঁল শেংনবা
চৈরাওবা মুমিৎ অসিদা ওসিদি
ফজবতা শেংহৌরো !
ফজবতা চাহৌরো !

—লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ

## লৈ-লাংবা

কৈদনো অতুক থঞ্জানরিবা ?
লৈনম্না লৈকাই শাংলবদা
খোইমু খোইরেন ইল্লবদা
অমুক কৈদনো !
উদবরা শকহেনবী
য়াহৌথেওবী লৈরাংবী !
ওসি ঈস্মুং লৈকোনসে
য়েংওলাও উদরনে শাংলিসে—
চীংয়া ওাম্মা ইঙেল্লে,
পাংয়া থম্মা থম্বানলে,
থম্না থমচেৎ থয়ো থারীবে

৬। থানীংবগী থাজবনি, ঐগী কবি হতীক লৈ;
সনারৈ কুম্দোলৈ পেক্লৈ
লৈরেং পরেং চুম্বরৈ,

অথৈব্রে চিগোংলৈ গুনা লৈ
লৈপুন পৈরে চেৎনব্রে,
নাচোম লৈচন লৈচা ঙাক
খিশি লাউ, য়েংশি লাউ, মনশি লাউ,
লৈহাউ লৈরেন হেকশি লাউ—
কাঞ্চি লৈকোল। আঃ কাঞ্চি লৈকোল য়েংশি লাউ,
লৈকোল অসি কুইদরি।
খোম্লৌ নহা খোইনিং অমা
খোংজরমই মখৌ পোঙনা
চেক্লা মদোম ঙায়জখি
নীংঙমখিদে মহাকথক—কুইদরি।
তাও চেক্লা অমসু
হীক্লা তেংথা-নাওইগুম
ইনক নক্লা তারো-লাও
শোক্লবা খোঞ্জেলসে;
নহাক লাক্লে উবদা
ঙাইঙমত্রবা খোম্বাঙনা
—লৈমা নিংথৌ হাক্কর.
থাইনগী লৈরাং লৈম্নুংশি
শিম্মরমগে মতাগুম—
শাৎলিবদাই,
য়ারল পাংকী তোমখিনলৈ
মুরা পুক্লিং তাজনা
মাইমু মানা থারম্বদাই
লাইঙ্গী মচা কোম্বীরৈ
লক্ষেল নাম্বা হায়নবদাই

অছুগা—

পাম্বুবী কাউরবরা অছুইঙে
কেগে মেহিরাং হরাউইঙে
চীংখুবগী মমোম্মোই
অমত্তা পোকপী থাদোইনা
শাবী মেলৈ লাংবগা
লাংমিম্নবা লৈরাংদো
লৈরাং লৈকম কায়দরি
—শাৎলিদো।

অমনা,

নুরা ঙাম্বরৈমনা
চিম্নরম্বা লৈরাংবু
চরৈ নমথাং মরক্তা
কুমজা কয়া নম্ববু
অমুদোন নোংয়াই হাক্তকক্কাও
শীঙেল লৈপোপ কায়রমদে—লৈরিদো।
লৈরিদো নঙনা ঐনা থঙদনা
লমগী লৈরাং তাহুনা
নারক্তা কয়া শাৎলিদো
কয়া অমা লোৎলিদো—
মখন মথেন লৈকোম্নি
ঐনা থাবা ঙম্বরা?
মপূ মাগী পূক্লিংদি
থরান মৈরা লীশীংনি,
খোঙলৈ চাবী মুজাগী
থোকউ থোকত্তবা থুংথেক্নি,

# অমর কবিতা

মমাঙৈঙদা অহুঙৈ অমম-অঙান শিন্নঙৈ
পেন্না খোংখি থম্মোয়গী বীণা
মমীৎ তাঙবা অহল অমা
কোয়না চৎপা শৈশকপা।
চীং তুরেন লান্নবু চোয়ফোন পাম্বী মরক্তা
চৈত্তু খুত্তা পায়হ্নুনা
ঈশৈ শকপা ফজবা মূর্ত্তি
ফজখ্রেদা ওম্বোক্লা!
থাপ্না লৈবা দৃশ্যনা
লৈচিন নোংফাই লোয়ননা
থোইনা পুক্লিং হুবগুম,
হোৎখ্রবা নঙগী কবিতা
পুক্লিং হুখ্রেদা ওম্বোক্সু!
হোৎখরে কয়া কয়া শতাব্দী
মুৎখরেনে কয়া কয়া সাম্রাজ্য
নাম্বোকপা ঙমদ্রি মীওইবগী পুক্লিংদি
নঙগী কবিতা লাংদগী।
নাম্বোক্লরোই ঐখোয়গী পুক্লিংসে
লৈরিবা মথৈ পুক্লিংনা,
নাম্বোকপসু পামদরে, হে শৈশকপা অথোইবা
নহাক্কী ফজবা লাংদগী।

থরগী মতম লৈরগা
অমসু লাকখি মুপা অমা

লোরেললগী লুহুপ উপ্তুর্না।
আলপস চীংগী নাপোম্বদা
শাংলিবা লৈরাং ডাফোডিল
চিন্নদনা কেনবদি কল্লকইদা কবিনা।
খাইনা মৈচাক থাওহনা ইরম্বা সুংশি কবিতা
মতমগী ঈপাক লাম্বু
ঙসি ফাওবসু সুংশিরি।

নিংথৌ কয়া নবাব কয়া
কয়া কয়া নিংথৌরেল
লাক্লম্মগা মূংথরে মঙদা উবা মূর্তিগুম।
তৌইগুম্বসুং নহাক্কী কবিতা
কায়নবা থুংনা ইরম্বা
মৃৎকনি কৈদৌঙৈ নীংশিংবগী লামায়দগী?

মমাঙৈঙদা নোংমসু ঈঙাগী অহানবা সুমিত্তা
কনাগুম্বা 'যক্ষ' অমা উজ্জয়িনী কোম্মুংগী
থাথি মাগী মেঘদূত পুক্লিং হুন্নবা স্নাহৈনা।
চৎখ্রে ঙসিদি কদাইদা মালবিকাগী 'যক্ষ'
সুংশিগী মৈচাক্কা ডাওরবা?
চৎখ্রে ঙসি কদাইদা
মমীক্তা উরম্বা নোংঙ্গী মপৈ?
অহুবু মাঙগনি কদাইদা
মহাক্কা থারম্বা মেঘদূত?

লৈখ্রে কদাইদা কবিতা
হৌজিক্কী নিন-থোংবা মরক্তা?

মমখরে অতিয়া কারখানাগী মৈখুনা
লুপখরে সহর
ট্রাম বসকী অনিনবা মরক্তা
মতুং ইন্না মতমগী তোৱৈ
তাউথরক্লি হাপু মপৈ মপৈ
মতমগী ঈচেল মথক্তা।
থনগ্রে অতিয়া অমোংপা মনম্না
থনগ্রে দৃশ্য অমোংপা মপৈনা।
অহুবু, অমোংপা পৃত্থি ময়ায়দা
শাংপগুম থম্বালনা
থোইনা হেন্না পুক্লিং হুনা,
শাংলি অমর কবিতা, শিফত্রবা কবিতা
অতংপা লৈতনা মীওইবগী পুক্লিংদা

—রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ

## নাইতোম তাবা যাত্রী

মন্নবদি লম্বীনি; চংমিন্নশি হৌরক্নু
কনানসু য়ারক্লোই
উমং ফাওনা চংপনি; হন্না য়েংনা কৌরক্নু
কনানসু খুম্মক্লোই।
তাল্লিবদি মৈরাদো, ভাল্লি'নি মূংলি মূংলি
উমংদা ফাওনা তনিক্লা।
চংলো চংলো যাত্রী চংলো, মৈরা তানগে লাকপদি
চংলো চংলো নতোমতা।
মন্নবদি লম্বীসি অকুৎ-অতোঙ মরক্তা
তিন্থং মপৈ লৈবনি।

তিঙ্খাংগীদি ময়ক্তা কল্লক-য়েংথী মন্নায়া
নঙবু চীকে লুম্বনি।
চাম্নবনা পিশূম শূক চরৈ ফিদি কৌনা শেং
নঙবু চৈগে লৈবনি।
মুংশিবনা মখা চীক খুংলাই চেংনা পায়
হাংকে হাম্বনা লুম্বনি।
কল্লকপনা নতুংইন য়েংথীবনা লাঙ্গোয় চন
চংলো চংলো নতোমতা।
মৈরা মঙান মতুংইন অকুং-অতোঙ লম্বীদা
চংলো যাত্রী নতোমতা।
অরাপ্পদা ঙংবদি নোংনা ঙংবা নত্তেকো
য়েক্লবনা চৈবনি।
ঈরাউখোনগুম তাবদি ঈরাউখোন্দি নত্তেদো
নোক্লবগী মখোল্লি।
খরগী লমদম চঙ্ললপা নঙবু হাংপা লাক্ল'দি
থোনা ফবা নীংশিংঙু।
বুদ্ধ, যীশু, মহাত্মা লম্বী'ছুদা চংপগী
শিখিবনি মখোয়সু।
মণি ওইনা ঙাম্নবনি নঙগী শক্ক ময়ায়া
অমম্বগী ময়ক্তা
লম্বী তাকপা ওইরনি তুংদা লাকপা কনাদা
অকুং-অতোঙ লম্বীদা।

—রাজকুমার ঝলজিৎ সিংহ

# কৈদনো পন্থৌ

কৈদনো পন্থৌ অপোকপা নপাগী নমোম শেংলম্ববো ?
ঙসি নঙগী কায়না মৈশা লাংবদা মপী কায়নরবা যম্মাউগুম
নৌনা হৌরক্লিবা মৈতৈপারী চম্নুশিংনা খুদাং পিফম তৈরি,
হীক্না হীক্না কপখিবনা থম্মোয় লাইয়ুম কায়নরি।

কল্পতরুগুম মৈতৈ পোইরৈ লমদময়ায়দা লেপ্লুনা
লম্মুক্লবা নচাশিংগী লম্বী তাকপিরম্বা,
আঃ পন্থৌ থৌদাং লোইরে থনবরা,
খুংশেম নঙগী চারশিং শিন্নরম্বগে কনাদা ?

মরীকচুম্বা হৈপাল-উপালনা লৈমায় লৈশি লৈথোনগুম
লুরুক্লবা নঙগী তাঙজ মায়থোঙনা লৈতেংলম্বা
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোনগী লৈরাংনা খুজোক ফাজরি।
অপোকপা নঙদি উরিনি, লৌবিয়ুগবা অঞ্জলি।

নঙ নক্রনে অপোকপা নোংমা অয়ুক য়েন্দা অঙনবদা
খোর্জেল লাঙ্গোল পায়তুনা, রাখল কাওরেল মাঙদা থা
উবিদ্রবা মৈতৈ সাহিত্য লৌফম লৌফাৎ লো-নীল্লম্ব'দো।
হায়য়ুগবা শিন্নরম্মী কনাদা মৈতৈগী লৌরী য়ুম্ফমদো ?

"থাইনগী লৈরাং" চায়োক্লে মল্ল মল্ল লৈম্নুংশি নাপ্প-খুদিং থেংপিখিবা,
"মধু-মালতী" মুংশি লৈপুন্না মৈতৈ থম্মোয়বু পুনবিখিবা,
"ফিদম" ফীজিন্নুংদা য়োমহুনা ছাত্রশিংবু য়োকপিখিবা
হায়য়ুগবা পন্থৌ অপোকপা, করম্নবু লমনশিংশিবা ?

কুমসিদি পাকচাউরবা মৈতৈ মাহিক্ত্য লৌকমগী কুমগাংদবা
লৌয়াকসিমন্নু শীংলেদো, য়েংউদো মৈতৈ পাখী চমুশিংনা
চয়াম চদংননা, মশম মনা ম্মানা, মমায় মায়থোঙ লাংশিন্না
লৌরী লৌরীদা চজ্জ্বনা পম্মৌ নঙগী খুনাম তাত্রা য়েংঙিনা।

কপ্লিঙৈদা অমুক মীংকপ মপুং ফাহল্লশি মতাগুম
তেংথারিঙৈদা তেংথাগুরম শুইল্লসি শরীনগুম
মক্কে লোয়শংগী বত্তি অমা মূংগ্রে হায়না সেবকশিংনা,
নাউরাগী শোক্লবা সুরনা হৌনা হৌনা কপ্লিনা।

"আঃ হরি হয়া মিথ্যেরেন চুম্নহুমক শোল্লুনা,
প্রেমগী লৈরাং খুজোক পিয়োয়না কৎপগে ?"
পিহৌরি কবি "লৈত্রে নচা চাউবা, কপ্প্ ইমা য়াইথীবী ?
থঙদবরা, তেংথারোল খোঞ্জেন তাবদা থম্মোয় ফীবুক কায়নরেনা,

নম্ভে, চুম্মি, কপ্প্—কপ্পতনা ভাইবঙ মীগী লৈতেংনি,
মীংলু ঈরানা, থম্মোয়লকা শেংনীংঙাইনি, কদাই মৈতৈ লৈমা,
পারি-লক্তগী অহেনবা নচা চাউবা রত্ন শেংনববু করিগী কপ্তবনো
কপ্প্ তৎপা নাইদনা শীষ্ণরকপা ঈরানা পোইরৈ লমদম থৃম্বৎলু।

কদাই লাঙ্গোল লাইরেম্মা হেৌজিকফাও নীংঙাইদনা লৈথোক্লি।
নঙ নত্রা তম্খিখিবা অহুইঙে নচা চাউবদা মুংদয়োন,
কদাই লম্ফেল লাইরেম্বী, নথাদগী নচা শংখিবা করিগী উহৌদবনো?
থঙদবরা নপারী চাউবগী য়ারা খোঞ্জেন অমুক তাবা ফংলরোই।

নোংমহুইঙে লম্ফেল ন।উরা কোম্বীরৈগী রারী নাতৈ কাঙলবদা,
নমা নচানা চেজেৎ কোম্লনা নাপ্প-চীক্লা রারী শাখিবা।
থঙগু অমুক হন্না লাক্লরোই, অমুক রাথপ কাঙলরোই,
অহুদি কপ্প্ লাইবকথীবী, মচা কায়নরবী যশবীগুম মায়কৈ শীল্লা
তেংথারো।

কদাই সেবকী ভঙাংলবা চীনবাক্সনী হরিনাম মিখৈ অবদা
তিঙক তিঙক্লা; লুকক্না, মুমা মুম্না য়েংখিসি কনানো ?
মানি, ইমা নচাসি—মচাশিংগী মতুং ইন্নিবনি,
তাকপিব্রি জ্ঞানগী পন্থুংকম চংল-চংলগা লাম্ননি।

চুপ্নি ইমা কপকন্নু, নচাগী মিরেন হৌজিকফাও লৈরি,
তাকপিন্নুগবা নচানা করি ব্রাকন্নু চিথহৌবনো ?
লাউ মৈতৈ মচাশা, মাঙদা সাহিত্য লৌফম তাত্নুনা লৈরি,
চিংজিল মতম লাকপদা লাঙ্গোল পান্নথুনা শিন্দমশি।

য়েংউ ইমা ঐখোয় কপ্লে ; পম্হৌ পোকপী নঙগু কপকন্নু,
কপগম্নু লম্ফেল লৈমা নমোম কোম্বীরৈ মঙলান কায়গনি
নিকুঞ্জদা খোংবা বীণাগী মেজরাপ নচাশিংনা ফংজরে
পম্হৌ খুনাম তুংইন্না কোম্বীরৈ লৈরাং হৌদোকচরগে।

—খুমন্থেম গৌরকিশোর সিংহ

## লমতাগী নুংশিৎ

লমদম কৈদগী লাকপনো লমতা থাগী মালংবা
খোল্লাউ নঙগী তাবদা নীক্লরে হন্নু-হনা অপুম্বা,
নঙগী শউম্না হুম্বদা হাইরে ফেৎ ফেৎ উ-ৱা পুম্বা,
করিগীদমক্তা হুম্বনো লমতা থাগী মালংবা।
মখোক লোয়রবা হৈরাং লৈরাং ; মতু জাংশনবা উনা ৱানা,
তীন চঙলবা উ-ৱা পুম্বা, য়েংউ নঙগী শউম তাবদা
কেল্লি পোপ পোপ লৈমায়দা মাঙল্লি খাই খাই শুনজরংদা
তেক্লি প্রোক প্রোক শাফুদা, ফুরি দম দম লৈমায়দা।

ঝেংউ নঙগী শউম তাবদা য়াঙংলবী লোক্তাক ঙাওরক্লে,
য়াংবী থক্কী উকুন মরীক নোংয়োন তম্না পাইখৎখ্রে,
মখোঙ য়াওদবা শক্লোই-লুক্লোই নঙগী শউমদা হাইথুখ্রে ;
য়াই-য়াই প্রোক-প্রোক, দম-দম, থল্লে প্রলয় ধ্বনিনা।
প্রলয় নত্তে জয় ধ্বনিনি, খঙলে, লমতা থাগী মালংবা,
নঙদি মপুগী পাউবু পুবনি শজিবুগী মমি তম্বনি ;
মিরাং থুরবা তাইবংপান নঙগী শউম্না শেংদোক্লে,
মল্লবা নমথীবা কুরাংবান নঙগী শাফুনা খোক্তোক্লে।
অকিবা ফংবা নঙগী স্বরসে অনৌবা য়েন্নিংগী লুংশাম্বরনি।
থুগায়বগী অকিবা খোল্লাউসে শাগৎপগী অহানবা খুৎথানি।
অরিবা উনা নোংদোন তম্বনা অনৌবা উনাগী লম্বী শেম্বনি।
য়াঙংবী লোক্তাক্না ঙাওজবনা ইঙেনগী জগোয় শাবনি।
অহুদি হে ঙাওরবা মালংবা, ননীং তম্না হাই হুন্ম্,
নঙগী শউমদা তাবদা তাইবঙ ভুতপ্রেত মাঙথ্রসনু,
অমনবা অরিবা নমথীবা হংঙাই নঙনা কোকথোক চামথোক্লশনু,
অহুদি হে মালংবা, য়েন্নিংতম্বা, ননীং তম্না হাই হুন্ম্।

—খুমন্থেম গৌরকিশোর সিংহ

## ঙাইথোগবা চেক্লা-ও

মপুগী অশংবা অভিয়াগী নোংদোনকোন্দা,
শজিবুগী অনৌবা নোংগী মরক্তা,
ননীং তম্না তুকাং থম্না পাইরিবী,
লমদম কৈদা পাইবনো, ঙাইথোগবা চেক্লা-ও।

কোম্বীরৈদি লৈম্নুংশি লৈরাং শক্তমজরক্লে
পাংকী থরো থম্বালম্না ঋতু মায়থুম হাংদোক্লে।
সঞ্জীবনী মলয়া হুংশিংনা হুম্বদা
হৈরাং লৈরাং পুম্বা য়াকায়রক্লে।

হা চেক্লা ভাইখোগবা অমুক্তম্না পাইথরকখো,
সনা লৈবাক্কী অনৌ-অপেন অমুক্তম্না য়েংলখো।
মতম নক্ত্রি পম্মদ্রিবা শাবী শানৌ কয়াগী
অনৌবা চহী লাকপগী মুংশি রারী তারখো।

মনা পুংবা পামেলথক্তা আঃ চেক্লা তোংলখো,
হৈরাংনা হৈজীং ফাদ্রিফাও, লৈরাংনা লৈকা ফদ্রিফাও,
সনা লৈবাক্কী লৌবুক্তা ফৌ চরোংনা চুমদ্রিফাও,
হাঃ চেক্লা ভাইখোগবা, অমুক্তদি পাইথরকখো।

করিনো চেক্লা তাদবরা অহোইনহুম লাপথোকখি।
হায়য়ু করি নীংবা থুংদবা, করিগী নপুক রারোবা!
ইমা মৈতৈ লৈমগী লনগৈ শোবু হাংহুনা,
ননীং তম্না শেৎ-চারগা ইমাগী গুণবু শকশি লাউ।

নত্তে নত্তে চেক্লা! কল্লক-কঞ্জাও য়েংথীনবা,
য়াক্লবা মীকপ মীরাওখোম্না তৎপা নাইদ্রবা,
পীক্লবা সমাজ আসদি চেক্লা নঙনা পাম্ফম থোক্তে।
পাইয়ু চেক্লা ননীং তম্না রাংনা পাইয়ু।

আঃ চেক্লা নঙগীদি মফম পুম্বদা য়ারেকফম্নি,
তাইবঙপানগী মহৈ মরোংনা নঙবুতা খোরাংলিবনি।
যুগ যুগ খুদিংদা কুম্বী কালেন থায়দনা,
পাইয়ু রাংনা চেক্লা তপ্পা ঈংনা পাইয়ু।

থওলে চেক্লা নহাক্তি স্বাধীনতা ফংবীনি,
তাইবঙগী পীক্লবা দেশভক্তিনা নওবু পুনবা ম্বাবা নক্তে;
চৎখি চৎখিবা মফম্না নয়ুম নরুপ নপিজা ওইরি,
পলেম্না চঙগী প্রকৃতিনি পন্থৌনা নওগী মপূনি।

লূপানা মহী চেল্লবা মেরাগী নীংথিবা থাবন্দা,
শজিবুগী অনৌবা নোংগী মরক মরক্তা,
নক্ত্রগা ঈঙাগী কূংলবা লৈচিন মরক্তা,
ঈশ্বরগী মগুণ শকশোনবনা নওগীদি ধর্ম্ম কর্ম্মনি।

হাঃ চেক্লা তম্মগবা, নওদি খওঙনি,
অমরকবি কালিদাসকী উজ্জয়িণী অযোধ্যা
নক্ত্রগা নোংচুপকী গ্রীস, রোম, অলবিয়ন
হায়য়ুগবা কদাইনা হেল্লি মৈতৈ সনা লৈবাক্তা।

চেক্লা করি মতৌনো অহোইনহুম লাপথোকখি।
চুম্মি, রাংনা পাইথৎলু, অপঙবা রাহং খুম্ফদে।
ঐগী মীগী নাইরগা ঐনা চোয় চাং ওন্দুনা,
তাইবঙলাং থাক্লবা নঙোন্দদি তাশোম্মি।

অহুদি ঐহাক রাশক্কে, ঙাইখোগবা চেক্লা-ও;
চেক্লা নহাক্লম্না ইনীং ইখা তমজহুনা;
অশেংবা মুংশিৎ মরক্তা তাইবঙকোঞ্জন লাংহুনা;
জগৎ শীনবা থুংনা পাইজগে নতুং ইন্দুনা।

তম্বিযু চেক্লা পুম্নবৈ বিশ্বপ্রেমগী মন্ত্রদো,
পুঞ্জগে তাইবংপূম্ববু প্রেমগী অশেংবা লংহীনা
মালেমগী মফম খুদিংদা ইয়ুম ইশাইগোন ওইজগে,
তাইবঙ জীব পূম্বগা মুংশিনা রারী শাজগে।

অহুবু থম্মোয়গী রাখনসে থম্মোয়দা অহুম্মক লৈরেদো।
আঃ চেক্লা নহাক্ ম্না ঐগীসু ইশা পাল্লম্নবদি
শিনশঙদা মপু খঙদনা মখেলাংলিবা তাইবঙসে
শান্তিগী মহামন্ত্রনা কনবা ঙমদোবোই নীংঙিদো।

হেঃ মুংঙাইবা য়াইফবী, মপুগী থুংশেম চান্নবী,
নঙনা 'মুম পাইরকপদা মহাকবি মিলটনগী
স্বর্গলোকী অমৃতধারা, হোমরগী মহাকাব্যরস,
নোংপোক ঙমখৈদগী বৌদ্ধ মহামন্ত্র পুরকউ।

লোক্তাক্তা অহীং অমা চেক্লা য়ারেকচরম্মু।
হেঃ তীর্থ যাত্রিক স্নান তৌরগা পুক্লিং হরাওনা
থম্ব থোইবীগী অমরগীত তারগা পুক্রমখো
লৈচন অমা, থানবা বিশ্ব-সাহিত্য লৈকোন্দা।

বসন্ত রাসকী জগোইদা চেক্লা নঙসু য়াওরখো।
ঈশৈ শক্লা জগোই শানা অমুক তম্না পাইজখো।
পাকচাউরবা ভারতবর্ষ য়োরগা অরাংবা দর্শন পুহুনা,
শৈরোন্দা শান্তি হাপ্লগা নোংচুপ পাংনা পাইজখো।

উগনি, মণি মুক্তাগী মীৎ থক্লবা অরাংবা দলাল,
ঙক্কনি, লাঙতক্লরবা উবদা মমুংদা মরাম,
নঙগী ঈংনা থুম্নবা খোঞ্জেলনা খীক্লম্মু শান্তি-ঈরা,
তাকপিরম্মু শন্দোক্লবা থরাম্মিচাক্ ম অতিয়াদা।

ঙসি নঙবু য়েংলুবদা পুক্লিংগী অমম্বা কোক্লরে।
হেঃ বিশ্বপ্রেমগী অগ্রদূত, তাইবংগী শান্তি প্রচারক,
খঙলুদে অম্মুক কুইবদি ঐদি নহাক্কী নপাউদো,
লাউ চেক্লা পাইথরকখো, তম্বিরখো মত্রদো।

চেক্লা নতুং ইঙ্গনীংবা পাইওমজ্রেদকো।
পঞ্চভূতনা লৈহৌরবস্থু চওজরিবা ঐগী আশ্বাসে,
চেক্লা নওনা পুবিয়ু; উহনবিয়ু বিশ্ব জগৎ অসে
অনৌবা নওগী মীৎফমদা ওাইখোগবা চেক্লা-ও।

—খুমন্থেম গৌরকিশোর সিংহ

## বসন্তগী হৈনৌ-মপান

বসন্তগী হৈনৌ-মপান তম্নরোনে নওগী নপাউ—
কোকিল লাবগী মুংশিখোম্না মুংওল্লবী মুজাশিংগী
থম্মোয় থম্বাল-লৈয়োল ফাওনা
তপ্না তপ্না থিনগাইহুনা
নোকমি নোকমি পোম্বোম পোম্বোম
শাংকায়হল্লো লাওতরুনা

হয়িংখোইনা ওংনা ওংনা হঙ্গাম-মপান মায়কৈ পাংলি—
কোয়ওাওনরি কুরাকশিংনা তনিক তনিক পাইরহুনা,
ঈখৌ লাংলি পোম্বীশিংনা
চেক্লাশস্থু পাইরকপদা,
পাম্তা ওওবী করোকওনা
শকয়েংনরি চীংস্বা লৈগা।

নোংওাল্লমদাই শজীক থৱান মিতাজরি মীশাইগোন্দা—
মীহুৎথোওমু হাওলহুনা মুংশি লৈপুন-য়াতাফমদা
চেওহী মনম চুম্ববা
শল্লাং চৌইনা চাইরহুনা

সুংশি-ঈচীক হুঞ্জরিবী
মুজাশিংবু য়েংলহুনা।

বসন্তগী হৈনৌ-মপান তম্নরোনে নঙগী নপাউ—
শক্লায়দবা শিন্নীগী ঈহৌরবা খোঞ্জেন্দা
হৈথহুনা নঙগী লৈহী
থ্ম্মায়রো মালেম অসে
তিম্নবগী ঋতুসিদা
ফজববু ফংজনবা।

তেনরাশঙ্গু পরেংনা লাক্লগনি হৈকোনসিদা
খাকচহৌনে নঙগী লৈহা য়াম্ননবা উহৈ ওই,
তমখিনবা নঙগী খুদোন
নশাইগোন্দা লাকপশিংদা,
লৈহীচেনবী লৈরাংপূম্বা
তাহনখোনে নাপ্লচীক্লা।

মতম মহাকবিনা লেংজরিবা তেংবানবা
শক্লাইদবা মহাক্কী খোঞ্জেল্লিদো শক্লাইবা—
ঋতুগী শৈনৌ মপাউবু
তাইবঙ-লৈকোন্দা করিগী
পুরকপগে নহাক্লা
তম্নরোনে নপাউদো।

বসন্তগী হৈনৌ মপান চাইথরক্লোনে লৈহীদো—
হরাইথরাক-মপান মরক্তা চীংথ্রাও পামেল মপান্দা
ঋতুগী লৈরাং পূম্বদা

নওগী শৈহৌ তম্বিরো,
তিম্নবগী পাউজেল্ল
নিলহল্লোনে তাইবঙসে ।

হম্বিংখোই মাস্নু তাশন্নু পোম্বী চেক্লাস্নু খঙশন্নু—
চীংয়া তময়া য়োশন্নু মীশাইগোনস্নু তাশন্নু—
শরাশন্না চাইশন্নু
নওগী পাউজেনমক্তুনা,
কবোকওস্নু খঙশন্নু
তিম্নবগী খোরাংবা ।

লুংশিবগী শৈহৌদা লৈহীগী ঈথক হৌশন্নু,
তিম্নবগী লৈহীনা খোয়থুম্লশন্নু মালেমসে—
তম্লরোনে নপাউদো
করিগী নওনা মালেমদা
লৈহী অথেম্নত্নুনা
তিম্নবগী পাউজেল্লি

—রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

## নত্তে শন্দ্রেম্বীদুদি

অচাইবা চোইরোল ময়ামগী
লৈচন নাইদবা নাচোমসে
নত্তে নত্তে মহাক অদো,
গাইত্রং শত্রংগী পোথম্নি—
লাল্লোঙ অমগী পোশীন,

লংলা য়াওদনা চোইরেং লেংবা
নিংদোন পোম্বা রাখলগী
চোইথোঙ পরেং
সমাজগী অকায়-অতোয়
পুন্সিগী অথীবা শরূক
পূম্নমকসিগী মমি তাবা
মতমগী খুৎশেম।
নত্তে নত্তে
পূম্নমকসি অমত্তা নৎলমদরে,
অহুৈঙগী তয়াল অঙাঙবহুদি
রাজনীতিগী রারক্তা পাল্লমদরে।
হুইস্কি ব্রেণ্ডিগী হোটেলদা
হঙোই পোরোবী অতাউবা শায়হুনা
হীপ্পী-কটিং লময়োবা
পাখং শময়োকপশিংগা রারী শারিবী
লিপষ্টিক্লা চীনবান্দা থোম্লবী
শম্ব য়েকপী মুরা মহাকস্থু নৎলমদরে
ঐগী শন্ত্রেম্বীহুদি।
অহুবু পাখং চোচ্রোবশিংহুনদি হায়জরি
‘মানি অহুৈঙগী শন্ত্রেম্বীহুনি।’
সমাজদগী য়াম্না থাপ্না
তাইবঙগী অকনবা খুখেং কিহুনা
কল্পনাগী লমদমদা মঙ মঙলিবা
মুস্থরবশিংগী থোর্জৈদগী চেস্থরকপা
থবক্কী পুন্সিগা মরী লৈনত্রবা
রাখলগী ঈচেলহুস্থু নৎলমদরে

ঐগী শকহেনবীহুদি।
অহুবু খোর্জৈশিংহুনদি লাউজরি
'মানি অহুঙৈগী ফজবীহুনি।'
গ্রামাফোন্দগী মশা থগুনা পাইথোরকপা
মেছিনগী খোনাউনা শকপা
থরায়গী ইহুন য়াওদবা
ঈশৈ অহুসু নংলমদরে
অহুঙৈগী ফজবীহুদি।
অহুবু ঈশৈহুনদি তাকচরি
'মানি হায়নবী শন্দ্রেম্বীহুমক্কি।'
বিজ্ঞানগী অঙকপা পাম্বৈনা শেম্বা
সভ্যতাগী পুক্লিংহুরবা শক্তম কয়া
উরি মোস্কো নিউয়োর্ক
টোকিও লণ্ডন সহর কয়াদা।
অহুবু উখিদ্রে অহুঙৈগী ফজবীহুদি।
লাইরবনা লাকহত্তনা মুংশাম্বর ফুল্লবা
অতোনবশিংগীদমক অশাউবা ফুদোক্লুনা
য়ুঙাওবগী চোইরোলগুম্লবা
মীচৈগী নোং হৈথরিবা—
মহুদসু লৈরমদরে ঐগী ফজবীহুদি।
অহুবু কবি নত্তবা কবিশিংনদি লাউরি
'মানি শন্দ্রেম্বীহুনি
মতমগী ফিজেৎ হোংবতনি।'
অহুদি অমুক্তা য়েংশি
সভ্যতাগী নীংথিজরবা খুৎশেম রাংমদা
মহৌশাগী অহাঙবা অতিয়া মথাদা

অশংবা তিংথৌ মথক্তা লেপ্তুনা
অকোয়বদা অমুক্তা য়েংশি
স্নো পাউদয় বোয়োলিন
চন্দন থাউ মনম্না য়ৌদবা
অশেংবা মুংশিং মরক্তা
মতম পুন্নমক্কী সাবিত্রী সীতা
মক্তুবা সনাগী সাবিত্রী সীতা
অনৌবা যুগকী ইথিলনা
সমুদ্র চাম্মগী ঈচাও হৌরক্তুনস্থু
লুপহনবা ঙম্লরোইদবা,
প্রলয় চাম্মনা য়োমহুনস্থু
চাকথেকপা ঙম্লরোইদবা
মতম পুন্নমক্কী অযোধ্যাগী রাম
মতম পুন্নমক্কী ভারতকী লাইনীংকোন
জাতিগী পূক্লিং থম্মোয়দা তিনগ্রবা
লৈরি ঙসিস্থু মতমগা ঈরোম্বনহুনা।
মতমগী ঈথক মথক্তা
মীৎকুপ খুদিঙ মুৎলিবা কোঙ্গোন মপৈগুম
মশীং নাইত্রবা পুন্সিগী
মমল য়াঙত্রবা থোদোক কয়া
মাঙগ্রি মতমগী ঈরোম্নুংদা
ময়ি তাদনা মফম খঙদনা।
অহুঙৈগী ঐগী শল্লেশ্বীহুদি
লৈরি ঙসিস্থু শকফম হোংদনা
রামরাজ্যগী কোম্মুংদা
ঋষিগী লাইনীংকোন মম্নুংদা

চৎলি ঙসিস্থু স্বর্গ পাংনা
লফুগী পোঙ মথক্তা
মপুরোইবগী অশিবা হুকচাং পুন্থনা,
অনৌবা যুগকী লায়থুংনা,
পুমথরবা সমাজবু
শোয়দনা হিঙৎহনখিনি
হিদিঙ্গী ললোনবগী মচাঙুম।
সমাজগী মথক মথক্তা তাউবা
কাং-খোং চাইবা শক্তস্থু
কবিতা মিংথোল পীরিবা
কবি নত্তবা কবিশিংনা
ফনা কবিতানি হায়ত্নুনস্থু
নত্তে ঐগী শন্দ্রেম্বীত্নুদি।

—রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

## ঙাইনচীংদা

"পাখং চাম্মা শিরগা মুরা চাম্মগী ঙাইনচীং
মুরা চাম্মা শিরগা পাখং চাম্মগী ঙাইনচীং"
ঐদি বসন্তনি
লোইদবগী বাঁশী খোংলিবা
অকঙবা উনাগী ফুইনা হোল্লবা মুংশামপীনা
ঈচীকখোনবা অঙৗংবগী মালঙদা তিন্দুনা
মালেমগী মৈচাকপু পাউদমজরিবা
নোংচুপ তোর্বানগী
অরোইবা মুথল মরুমদা—

নীংবকায়রবশিংগী অনীংবা কয়াবু
থম্মোয়দা পুহনা
হাওলবা পুন্সি কয়াগী চাংজৌ পাথোক্লা
শকখিত্রবা ঈশৈ কয়াবু ঈহৌহল্লিবা।
খোংলিদো ঐদি
তুমখুন তানগ্রবা মুংশি থম্মোয়গী
নাকোঙ নাকোঙদা
অপামমুংশি থুংনখিত্রবা শাবী শানৌ কয়াগী পিরাংনা
কুমজা কয়াগী মুংশি ৱারী নৌনা নীংশিংহন্দুনা
নীংথায়গ্রবা মঙলানবু
তেক্ক-কায়দনা অমুক শাগৎচরগা
'মুংশি' মাতবু
কাউওমত্রবা থম্মোয়না ভাইতুনা লৈরিবা
মুরা পাখংগী ভাইনচীংদা
খোংলিদো ঐদি পোত্থাবা-নাইদনা।
ঈহৌরিদো ঐদি
মম্বা নাইত্রবা যৌবনগী
ঈথক ইরৈগা লোয়ননা
মপান্নাইত্রবা থৱায়গী ঈপাক অমদা
ওমখৈ নাইবা পুন্সিগী লমখৈ ৱাংমদা
চাংজৌ ফংত্রবা ফজবা অমগী
শিবা নাইদবা লমদম অমদা
পম্বুং য়ৌদবা ঈচেল থকগ্রবা
থৱায় কয়ানা য়াতারিবা
তাইবঙ-মৈশা ৱাংমদা
ঈহৌরি ঐদি তুকথবা নাইদনা।

অমৃতনি ঐদি

অশিবগী থৱায় য়েল্লিবা
যুগ অমদগী মুপ অমা লায়া
মনবা নাইত্রবা যৌবনগী ঈশৈ শক্তুনা—
অশিববু জয় তৌরবা
মপাঙ্গাইদবা শক্তি পুরিবা
মনবা নাইত্রবা ময়েং তাত্রবা।

শকখিগনিদো ঐদি

ঋতু পূম্নমক্কী ঈশৈনা লেপত্রবসু
নীংবকায়বশিংগী অনীংবা থুংত্রবসু
অশিবগী লমদম পাংবা
অনৌবা যাত্রীশিংগীদমক্তা
অনৌবা স্নুর চিংথোক্তুনা
লেপ্পা লৈতনা লোইবা নাইদনা।

মঙাম্নি ঐদি

নীংব-কায়রবা মীওইবগী
অভিসারগী মন্নবা লম্বীদা লমজিং পীরিবা—
"পাখং চাম্মা শিরগা স্নুরা চাম্মগী ঙাইনচীং
স্নুরা চাম্মা শিরগা পাখং চাম্মগী ঙাইনচীং"
কারন-ঈখৌ লাংলবা কয়াগী থৱায়না
লাঙতক্না ঙাইজরিবা
ঈচীকখোনবা লমদমস্তুদা
সুংশি মৈরা ওইদুনা
ঙানখিগনিদো ঐদি
মৃৎপা নাইদনা।
খোংখিগনিদো ঐদি

অশিবগী ঈপাক্তগী হৌরকপা
অকনবা নোংলৈ-মুংশিংকা ঈমৈনবা
অমম্বগী থম্মোয় চিংথায়রবা
বজ্রগী খোঞ্জেল নমহত্তুনা।
নোংদোন পাতাল নিঙ্গা
অশিবা পুম্বা মাকায়রক্তি ফাওবা
কৌখিগনিদো লাঙতক্কনা
শকখিগনিদো পোখাবা নাইদনা
মুংশি-থম্মোয়গী নাকোঙ নাকোঙদা
অরোইবা তুমখুন তানগ্রবা
অরোইবা মুখল মরুমদা
'মুংশি' মাতবু ঙাইতুনা।
অতুবু পেনবা ঙমদ্রি ঐদি
য়াকায়নবা ঈশৈ শকপসিতনা
অশিবগী থরায় য়েনবসিতনা—
মালেম-মৈচাক ফংলবা মশীংনাইদ্রবা থরায়বু
অঈংবগী তম্পাক্তা তুমখুন তালহল্লিবা
মুরা পাখংগী ঙাইনচীং
ঈখোলাংবগী মুৎনচীং।
তম্বিয়ু ঐঙোন্দসু অমুক্তা নঙগী যাতুশৈরোলতু
অচাকপা থম্মোয়বু ঈংহল্লবা।
ঙমদরি ঐদি পেনবা
মপানগী লমদমদা খোংবসিতনা
উমংদা রামংদা নুংথক্তা উথক্তা,
হাংদোক্লো নঙগী
মমুংগী লমদমদা লৈরোল চন্দুনা থম্মিবা

ঈংলবা পাক্লবা থম্মোয়দো
মশীংনাইত্রবা মপাল্লাইত্রবা
থবায় কল্লাগী পোত্থাকম পীরিবা।
তম্বিয়্ ঐগোন্দা অমুক্তদি
মম্নুংগী লমদমদা চাংজো থেংনা চঙহুনা
মৈচাক পূম্বা মৃৎপা নঙগী বাঁশীগী শৈরেংলহু
থবায় শেন্না শকচবা
য়াকায়-তূমখুন অনী তিম্নবা
তূফাং খল্লিুফাওবা মমুং মপান ফাওনা
ঐগী বাঁশীগী সুর।

—রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# সভ্যতাগী ফূম

লৈশেমগী লূরবা লাইজথক্তা তাউথরিবা
মপানগী মীৎলমদা ফজনা উরবা সভ্যতাগী ফূম অসিদা
হুমিৎচূপ্পা তারিবা নৈহৎপগী নাহেখোল অসিনা—
মালেমমৈহৌবোলগী অহানবা অয়ুক্কগী
কূম্লোল মরোল মরোল ফাওনা লৈরক্লবা
তমথীবা থম্মোয়গী মশক—
তাক্লি ফজরবা তাইবঙসিদা,
য়েক্লি মীওইবগী ফজদবা মায়কৈ অমা
সভ্যতাগী ওল্লতৈনবা শক্তম।
করামচাউরবা বিজ্ঞানগী শক্তিনা
থারৈবাক্তা পজেঙফীরাল ফনা যূংলুরবসু,
শুম্মৎহৈরবা শিল্লীগী শিল্লনা

অশিবগী মশাদগী
রাগিণী চিংথোকপা ঙম্নবস্নু,
রাজনীতিগী থাঙশাংনা
পৃথী পূম্বা জয় তৌহনস্নু
মীওইবগী থম্মোয়দা লৈরিবা
তমথীবগী রাথলসিমদি
ঙমদ্রি মূত্থৎপা ঙসিফাওবা,—
অহনা বিজ্ঞানগী ফজরবা খুৎশেম্না থল্লবা
সভ্যতাগী ফুম অসিদা
অমোৎপগী মপৈনা হার ওইহনা
পূক্নিংহুরবা হূপাম্বীগী লৈকোল
শেম্মি মীওইবগী পূক্নিংনা।

থম্মোয়গী থুপ্পনা কাচিন্দা
মশাগী মিংচৎ পাম্বা রাথলবু
শাস্ত্রগী মরৈনা য়োমহনা লোৎলিবা
মায়চৌ পণ্ডিত কয়ানা
ফজববু নমথনবগী নমথাক তৌবা লাল্লোঙ
শীল্লি সভ্যতাগী মায়োক্তা
সভ্যতাগী মায়োকরা শোন্দুনা।
মরৈবাক্কী চাক্লিববু মুংশিবা হৈতবা
মরৈবাকনীংবা কয়ানা
দেশভক্তিগী মচু শঙলবা ফীজোল শেত্তুনা
হোৎনরি সভ্যতা শেমগৎপা
সভ্যতাগী ওন্নতৈনবা রাথল থম্মোয়দা কোন্দুনা।
ঋষিগী থম্মোয়দগী চেম্থরকপা

লূরবা ভক্তিগী ঈচেনস্থু শেংহনবা ঙমজ্রবা
ওক্তবীগী শাইগোন্দা চাক্তারিবা
ওক্তবশিংগী হস্থরবা লমচৎনা
চাইরি অপূম-অশাগী মনম
সভ্যতাগী পুক্নিংহুরবা হুপাম্বী মরক্তা।

অহুবু অমোৎপা অরূবা কয়া পুহুনা
তাউরি পম্থুং নাইদনা সভ্যতাগী ফুম
মীওইবগী পুক্নিং থম্মোয়গী
অঙকপা শকফম—
মতমগী শৈথাঙ শৈরোল কয়ানা শেমগ্রবা,
মৈহৌরোনগী রারী শীংবুন
পুন্সি-শক্লোন কয়ানা তিনগ্রবা
তাইবঙ-শক্তম।

অহুনা বসন্ত ঐগী বাঁশীনা
লাঙতক্নরি মুমিৎচুপ্পা ঈশৈগী তুফাং খপ্তুনা—
তমথীবা অমোৎপা লৌনম্বা থম্মোয়না শেম্বা
সভ্যতাগী ফুম অসিনা
অশেংবা ফজবগী শক্লোন মরক্তা
অথুম্বা থম্মোয়তনা হৈজিন্দুনা শেম্বা
সভ্যতাগী হিদেন য়ৌখিনবা
অরূবা অশেংবা তোর্ব্বান অমদা।

—রাজকুমার সুরেন্দ্রজিৎ সিংহ

# ঙরাং অহীং লৈকোন্দা

ঙরাং অহীং লৈকোন্দা
ঐনা নিখি নঙোন্দা
ঐনা পীখি যৌবনগী অমৃত।
নঙনা থকখি পেম্মা থকখি
নখুৎমক্তা লৌখি ঐনা পীখি
নিংঙোলগী শাইনোন লক্তা থেৎলম্বা
নাচোম—'মুংশি নাচোম'
ঐনা লৌখি নঙনা নোকখি।

নঙগী চরৈ মায়খুম হাংদোক্লুবদা
নঙনা নোকখি নঙনা নোকখি
ঐনা য়েংখি পেম্মা য়েংখি
নিংঙোল মায়থোঙ 'মুংশি চেংলৌ'
থম্বাল্লকা মাঙ্গবী মীম্না অনীমক
উইশিনখি ঐনা য়েংখি।

হৈনম লৈনম্মা চুরবা শম্লাং
'মুরবা শম্লাং'
মুরাগী থরায়গুম থমজবা
নিংঙোলগী শমজী
ঐনা থোকখি ঐনা থোকখি
নঙনা নোকখি ঐনা চুপখি।
থাজ মানা সাক্ষী ওইখি
ঐনা পীখি নঙনা লৌখি
নঙনা পীখি ঐনা লৌখি।

অঙনবা অযুক্তা ঙসিদি
লৈরাংনা শাংপা উবদা
লীক্লানা পি শীঙ্খরে।
নিংঙোম্না চেঙহী শম্বাক্লাং
অশেংবা ফিঙৌ শেং
মন্দির তম্না লাকপদি
কৈদগী লৈরাংনো য়েন্দায় থম্না হেক্লককপদি ?

মন্দিরগী নাকন্দা
হৌরিবা পামেল মখোঙদা,
লেপ্তুনা য়েংখি ঐনা য়েংখি
নঙনা কংখি লৈরাং খুজোক
ঐনা কংখি ভক্তি লৈরাং।

—শঞ্জেনবম বেদজিৎ সিংহ

## নঙতনি ইমা মালেমদা

কয়া অমা লোইখ্রে কয়া অমা লৈরি
কয়া অমা চংখ্রে কয়া অমা লাক্লি
মীৎকুপ পুংজা কোরৌ নোংজা—
লোইদাম থাজ কুমগুল কুমজা—
ঙসি ঙরাং হয়েং হংচীং মশেম মরৌ মরোল মরোল
চেম্থরে মরী মরী, মতমগী ঈচেল মথং মথং—
শক্লোল কয়া থোদোক কধা তাউথখরে লৈনা লৈনা
পুন্সি পনবান লান্দুনা অকাউবগী ঈথক ইরৈনা
মম্নবা মহাবিদায়গী লোম্নাইন্দ্রবা লোক্লুংদা।

কদাই উজ্জয়িনীগী হৈকোল লৈকোল
কদাই বিক্রমাদিত্যগী রাজসিংহাসন
কদাই যক্ষ প্রজাপতিগী অলকাপুর কুবেরগী কোম্মং।
সনা লনগৈ লুপা লনগৈ।
সনাগী লৈহাউ সনাগী থম্বাল সনাগী থরো থারীকথা ?
কদাই কংসগী কারাগার কুবলাপীর চানুর মুষ্টিক ?
কদাই রাবণ লঙ্কেশ্বর লাইয়াম লোইনা লাকঙম্বা
কদাই নন্দগ্রাম কদাই যাবটগ্রাম বংশীবট কদম তলা।
শ্রীদাম সুদাম বসুদাম রাখালবেশ নটবরবেশ ?
কদাই কপিলগী অভিশাপ কদাই সৌমী দূর্ব্বাসা।
জ্ঞান যোগী ধর্ম্ম যোগী কর্ম্ম যোগী সন্ন্যাসী।
কদাই ভীষ্ম কর্ণ দ্রোণ ভীম অর্জ্জুন সাত্যকি ?
অতিরথী বীররথী মহারথী সারথী ?
অথোৎ অনৌ অকল-অথৌ অক্ষ-মুঙাই অতোনবা
মালেমদগী তাম্না তাম্না তয়াং তশোয় তাউখরে।
করম্বা মতীক ময়াইনা থিংবা ঙমগনি কনানা ?
থম্মোয় লাইয়ুমদা তত্তনা মমি তাহৌবা ?
মুংশি মুংওল মুংওলনা নীংশিংবতনি লৈহৌবা
খণ্ডপ্রলয় য়াওরক্লবী মহাপ্রলয় নংলক্লবী
যুগ যুগ কয়া শতাব্দী কয়া ধ্যান ব্রত কৎলক্লবী
বেদ ঋষি তপস্যা স্তোত্র মন্ত্র লোয়ননা
হোম জপ যাগ যজ্ঞ পূর্ণাহুতি পীরক্লবী।
অশ্বমেধ গো-মেধ নরমেধ যজ্ঞ নংলক্লবী।
রাজসূয় যজ্ঞ কয়াগী মঙ্গল অভিষেক তৌরক্লবী
সতী-দাহ যজ্ঞ কত্তুনা সতী সম্মান ঙাকখরবী।
হে পূণ্য চেল্লবী ইমা ইবেম্মা ভারত।—

নওদি লেঙদনা লৈহৌরি চেংলৌ শককম হোংদরি—
বসন্ত শরৎনা লুচিংবা ঋতু তরুক্কা থৌগল্লি
মচু মমেন ময়াম্না মফুং মপাল লৈতেংলি
স্থর ছন্দগী ইপোম্না থম্মোয় য়োনা শৈনিল্লি।
কায়ত্রি নওগী কাব্যগী লৈকোল
তেক্তি, নওগী সংস্কৃতিগী হৈকোল
সখ্য দাস্য বাৎসল্য অদ্ভুত করুণ ভয়ানক
শান্ত হাস্য রৌদ্র বীর মধুর শৃঙ্গার রসনা
চোল্লবা হৈরাঙ লৈরাং ঙাক শাৎলি পাল্লি চরোং চরোং
তদেক তদেক তনৌনা।
সঙ্গীত-কলা নৃত্য-কলা শিল্প-কলা কয়ানা
ভারত-নওগী থম্মোয় থম্বাল লৈহী লৈনম লাংজবনা
মালেম মৈশা লাংনা লাংনা মায়থোঙ মকা লামজরি।
স্বার্থত্যাগকী নীশিং খুদোল মালেম থুংনা য়েন্দুনা
সত্য শান্তি ভক্তি মুক্তি প্রেম্নু পীনবিরিবী।
নওগী থৌজাল ঈচেলনি গয়া গঙ্গা যমুনা
গোদাবরী ত্রিবেণী ইরাবতী কাবেরী—
তীর্থ লীশীং লীশীংনা নপাউ তম্না তাইবঙদা
নতীক নয়াই তুংশিল্লি ভারত মহাসাগরদা
অহিংসা সত্য প্রেমগী লাইজ ঈরাং হৌদুনা
অহীং মুংথিল অনীদা নিল্লি নওগী পাউনিলথোল।
সাগর বংশ লান্নবা স্বর্গদগী লৌরুবা
মন্দাকিনী গঙ্গাবু মর্ত্তলোক্তা চেলহনবা
পাতাল তান্না পুঙম্বা পূণ্য চেল্লবা ভগীরথ
ভারত নওগী নচানি ভাগীরথীনা সাক্ষীনি।
ভক্ত সাধু সন্ন্যাসী যোগী ঋষি মুনিগী

মতীক চাবী মমানি মরোল অহুমগী মঙ্গুংদা।
যা চন্দনবু তঙ্ক তঙ্কগা মনমত্তা ঙুংশিবা হেনবগুম
নীংশিং নীংশিংলুরগা নগুণনা নঙগী নঙ্কাংলে
জগংনা পূজা তৌনরিবা ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর
রাম কৃষ্ণ নারদ ভারত নঙগী নচানি—
দূর্গা লক্ষ্মী সরস্বতী সীতা শয্যা সাবিত্রী
কুন্তী সতী গন্ধারী ইমা নঙগী নমোম্নি
ভাগবত গীতা উপনিষদ বেদ শাস্ত্র বেদান্ত
কাব্য কলা সাহিত্য পলেমগী পূক্লিং পাউরোলনি।
সমাজ লীশীং লীশীংগী ধর্ম্ম লীশীং লীশীংবু
সত্য প্রেমগী লীচিংনা চোইহন্দুনা চিংলিবী।
অরানবা কয়া মাঙথিনি লৌনম কোঙ্গায় লোইথিনি
মীনম শোরি মুৎথিনি
কল্লক মিহৌ য়েক্লবা হাৎন-থিম্না খৎনবা
মরু ফংনা মাঙথিনি।
লৈহৌগনি লেঙদনা অচুম্বদি শোয়দনা
তরু-তনাল তশেংনা তরং তরং তাহৌনি
মসিনি ইমাগী অহৌবা মসিনি ইমাগী অরোইবা
পান্দমফম পলেপফম পম্থুংফম।
নঙগী নতীক নগুণবু করম্না শীংথাবা ঙমগনি
তেল্লবা তাইবঙ পুন্সিগী তাহৌরবা কাচিন্দা
পীক্লবা পূক্লিংদবুদি নীংশীং নীংশীং ঙুংওঞ্জে।
বাল্মীকি কালিদাস জয়দেব চণ্ডীদাস
তুলসী খোনা লীলাবতী ভব-ভূতি বেদ-ব্যাস
নচা জ্ঞানী কবিশিংনা ঙুংশি কোলোয় নপাউখোল
থম্মোয় খম্বাল লৈকা হাইদোক হাইদোক থিজনা।

পুন্সি পৌরোল পম্লুং পনবান হাংনা হাংনা লেংজবা
লোম্মাইদনা লৈরম্মে লোইরমদনা লোমথরে।
থাহৈ অহুম অসিতনি ময়েক্লানা য়েক্লম্মে
"সত্যম শিবম সুন্দরম"
কল্লক য়েংথী ঈপাক-ঈয়ায়দা চান্নহিরেল হোল্লিবী।
লাঙলবা মালেম মীয়াম মরক্তা শান্তিগী হীরী কোল্লিবী।
নপারী নমোম কয়া কয়াগী বলিদানগী ঈখেং ঈয়ায়দা
ফুগায়না শাৎলিবী মায়থোঙ থম্বাল লকাগী
মুংশি লৈনম লাংলকপা মালেম শীন্নবা থুংথরে।
মালেম মীয়াম মপৈগী পায়মা পূক্লিং খোইমুনা
ভারত থম্মোয় থম্বাল লৈহী সত্য শান্তিগী রসপু
চূপ্পগী ঈখৌ লাংবনা খোয়রাঙননা পাইনরি
অখাঙকনবী লান্দবী পূক্লিং চাকচা ফজবী
অচাল-মীরায় নাইদবী খোয়খা-লিনখা থাদবী
পূকচেল খোয়জেল চঙখোনবী মন্নুং মপান নাইদবী
যুগকী ধর্ম্ম ঙাকপদি ইমা নঙতনি মালেমদা।

—শঞ্জেনবম নদীয়া সিংহ

# কোম্বীরৈ

ফজদরা!
লম্ফেল কৌবী লমদমসে
মালং ইপোম লাংদুনা হানৌনা লেঙ লেঙ চৎপনা
মালং ঙমদাই ঙমদ্রবী শকহেনবী কনাগী ফীজিনা
লৈনা লানা খাঙবদা অউবা কনা য়াওরগা
কঙাওননি থনবনা তাশিন লোইশিন লৈবগুম

পূময়ান য়েংলে ফজবী চোইনা য়েংলে মুঙোল্লম
লাঙ্গোন ওঙবী লম্ফেল্লা মমোম শম্লাং কায়দ-ননা ফৈরাথক্কা
পমজরি ॥

তাওদা
লোক্তাক ওঙবী নম্বুলসে
লোংনা য়াতাবী মুরাদা নৌমনখিবা মশুংলাংগী
চরৈনা ঙমদাই ঙমদ্রবী উরগা কল্লকখিনি খল্লবী
পূময়ান থোংবা ঙমদনা ইকায়বগী কোমগোম লৈরবী
চরৈ কোঙ্গোম্লবী থাবোম্লা নিংশা অহোন খুদিংগী—
কাইদ নাশোন পীক্লা চরৈমুংদা তপ্পা লেঙবগুম
ঈচেল নাশোল পীকথনা লৈরাংগী অরা' পাউজেলবু মৈত্রবাক্কা।
তম্লিয়ে ॥

য়েংঙূদা
লম্ফেল নাউরা লৈরাংসে
পলেম পম্থৌ কয়াগী পাইমা থাবা মহাকথং
ওইন-চাউবী কয়াগী লৈরৎনবা মশুংলাং
অপাম মুংশি মকাদা খোঙহারুবা মহাকথং
মদোম থম্মোয় কায়বনা নৌনা পুন্সি কেম্লবা
পাম্মূ-মুংশি তেংথালম মঙারক কানবী লমদমদা
লৈরাং চিংনা য়েং মায়থোঙ খুম্না অহীক্লববু শীঙেল করি মুংগীনো ॥

মুংশিদরা
লৈরাং মাগী মতৌসে
রাবনা ফের লাউবা থম্মাংচীং খুমু' মীৎস্লা তাবা লুক্লকচীং
তাইবঙ চেঙজেল থম্লচীং থম্নূং লম্বী চৎনচীং
থম্নূং কিকোই লৌওনবী হৈনা ফীজি পায়নচীং
অপাম মুংশি থুংদ্রবী শাবী শানৌ রাশক্লম

পাম্মুই মুংশি তেংথালম মকোই মুংঙোল খোম্মরাঙলম
পীরোইননা-মুংশি রাশরুবা মশানৌ থম্মুং হৈনা ইল্লকপরা খুবাক
লাইখল য়েংলিবোই ॥

তেংথারিম্মো
শীঙেল লাইবক চাউবীসে—
ফারবা শম্মাংনা কুপ্পবী ঈরা থাংলবী মীৎম্মানা
কুমগী লাকয়েক লাকপদা মীৎলু লাইজ তৈথোক্কুনা
শীঙেল মাগী মশানৌ লৈনা লাকপরা য়েংলমদাই
মুংশি চৈথেং খঙত্রিবী শাবী শানৌনা হেক্লমদাই
অপাম-মুংশি থুংজত্রি লৈরাং ঐবু হেকপিম্মু
হেক্লরনি কিবনা মরামখোম্না শীঙেন হীক্না তেংথাবা শাবী-শানৌ
তাত্রবোই ॥

আঃ—হেকপিম্মুদা
কায়না মৈশা লাংবীসে
অপাম মুংশি থুংদবনা থম্মোয় মৈবা চিংনবঙে
তাইবঙ ঈশৌ লাংজরোই রাশক কোঙোই হুক্লকবঙে
অমন কায়দি পীরোইনা মঙারক কানবী য়োনবঙে
লৈরাং ওইনা থুংজগে মুংশি ঙাইনা শাৎবঙদা
শীঙেল অতম হেকপদি করি পূকচেম্মো হায়গমদা
লৈরাংগুম অপাম-মুংশি থুংদনা শীঙেল লাংঙোন ওইনা ঙাইমিন্নশি
পাউথংনরি ॥

শাৎলম্মুদা
লৈরাং তেংথাখোন তাঙমদরে
কুম্মাং চুপ্পা কপ্পগা মুংশি থুংপাৎ শাৎচবা
মুংশি থোঙাঙ য়োত্রিবা অপাম্মা মুংশি শারিবা

হুংশি চৈথেং খঙজিবা মুয়া পাখং অঙাওবা
হুংশি খুদোন তম্নবা লৈরাং চিংথৈ হেকপদা
থম্মোয় শোক্না হেকপিন্নু থামজবা মুয়া পাখং তাবিদে
লৈরাং নওস্নু শাংলম্নু শাবী শানৌস্নু হেক্লরোই শীঙেল তেংথাস্নু
তাররোই শাংলম্নু ॥

—খুমন্থেম ইবোহল সিংহ

## অভিসারিকা

কৌরে ঙসি অথেঙবা অহীংদা
অথাপ্পদা খোংবা বাঁশীগী খোঞ্জেলনা
তপথবা য়াম্রে মফম অসিদা
তত্তনা কাইহৌরে মালং পাউখোল্লোই
থুনা লোল্লো শমগী বেণী
থেংলোনে ইতা নাপ্পগী লৈরাং
নমজরগে চান্নবী লাইবক্কী সিন্দুর
হোংলগে ঙসি অনৌবা চরৈ।
পুনবিরম্নু অমুক খোঙদা নুপুর
শিবিরম্নু ইতা খুত্তা খুজী
কায়রগনি ঐগী অচীকপা খোঙচৎ
তাখি উথিনি লম্নানবা কনানা।
থাউমৈ পায়রক্নু মৈরা য়াওরক্নু
খোঞ্জেল থোক্নু তৃমিন্না লৈয়ু
লৈহৌরো ইতা মফমসিদা
ইথম্বা চৎচগে অমম্বা অহীংদা।
অহীংগী মমৈ ওইরে ইতা

শজীক থবানা ঙাল্লে অতিয়া
খোংলনি হৌমা তাউবা হুইনা
নিল খোংলনি পোম্বী টেল্লানা।
খোঙগী পৌয়োল চেৎনা লোল্লো
য়েংলম্মু অমুক ঐগী লম্বীদা
পোথাবা লৈত্রবা অয়োইবা খোঙচৎনি
তিজ্ঝংগী লম্বীনি ঈপাক্লা থল্লবা।
থাম্লম্মু অমুক পাম্বরম্মু ফিজী
মীৎকী পিনা থীকপিরম্মু ঐঙোন্দা
সনাগী জিঙ্জু্রনা মখোঙদা পুল্লবী
পোম্বীগুম লৈনিংত্রে নহাক্কী ননাক্তা।
অকনবা নোংলৈ মুংশিংকী মরক্তা
ফাওতুনা অচাকপা লম্মৈগী মরক্তা
চৎচগে ইথন্তা মফমন্থ য়ৌনবা
কচ্চগে থন্নায় থম্মোয়গী মপূদা।
শূক্লা মম্লবা অথেঙবা অহীংদা
নোংথাঙনা ঙাল্লি মুংশিগী লম্বীদা
নোংগী ঈশিংনা চায়বা লম্বীনি
মীৎকী পিনা চোৎলবা হকচাংনি।

—শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা

# থিজবা

লমদুম কৈদা লৈবগে
    শকথঙদবা নহাকপু
পম্থুংফমস্থু খঙদনা
    চংলি নঙগী লম্বীদা
মালংনা ঐবু কৌরম্মী
    থাজনা নপাউ তম্লম্মী ।
লৈরাং নঙবু য়েংহৌই
    পোম্বীনা নগুণ শকহৌই ।
উনীংবনা নহাকপু
    কপ্লি ঐগী থরায়না ।
মফম কৈদা লৈগ্রবা
    শকথঙদবা নহাকপু ।
খোঙচৎ য়াঙবী ভুরেলনা
    নঙগী মায়কৈ তম্নরি ।
থরাম্মিচাক পরেংনা
    মীৎকুপ্তনা য়েংনরি ।
হৈনৌ মপাল খৌবুমথন
    খৌবোঙননা খোংলিবা ।
বসন্ত কোকিল নহাসে
    মানি নঙবু কৌরিবা ।
যুগ যুগান্তর ফাওহনা
    লৈচিল খেৎপা চীংজাউনা
নঙগী লম্বী য়েংজরি
    নোংজু মুংশা খাঙহনা ।

কূমগী নোংখোং অহানবা
মানি নঙগী নপাউনি
তাইবঙ মালং নখুংশেম
নঙগী শাস্তি পাউজেম্মি।
পিরোয়নবা মীংয়েংনা
উদবা নঙবু য়েংজরি
শক্লাইদবা নহাকপু
থম্মোয়না তোয়না কৌজরি।
নঙবু খৌরাংজরবা
ঐগী পূক্নিং শজিনা
তাইবঙ লৈকঙলাসিদা
থিরি ককঙাওনহুনা
লমফাং য়াম্বা তাইবঙদা
শুক্রা মম্বা মালংবা
য়োগে নঙগী নরমদম
নঙগী থৌজাল মৈরিদা

—শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্ম্মা

## লম্বীগী উফূল

লম্বীগী উফূলনি ঐদি
যুগ যুগ খুদিং খোঙনেৎনরবা
মপোক লাংলোল কয়াগী
তমথীবা মীচৈ তারবা
লম্বীগী উফূলনি ঐদি।
অচৌবা আঙাঙ্গা য়োয়ননা

কাগে খল্লি নোংদোন তম্মা
অকনবা মালং ইপোমদা
অম্বুবু তারকই অমুক হন্না
মালেম নৈমায় থক্তা
তমথীবা মীচৈগা লোয়নননা।
ঐনা নখোয়গা নক্বনীংই
নখোয়না ঐঙোন্দগী লাপথোকনীংই
লম্বীগী উফূলনি ঐদি।
যুগ কয়াগী অভিশাপ
লাংলোল কয়াগী মীচৈ
নখোয়গী তুংনফম শান্নফম
চাউরবা মালেম পৃথীসি
উফূলতনা শাবনি কাউগন্নু
মতম চুপ্পদা খোঙনেৎনরবা
লম্বীগী উফূলনি ঐদি।
পামজদে মুক্তি
নিজদে শান্তি ঐনা
হে মীওইবা নঙগী
খুয়াখাগী উফূল ওইজগে
নঙগী খোঙমেৎ খোঙগাওদা
ইথৌ পাঙবা ঙমজগে
হরাউ মোমোন_নোকচগে
যুগ খুদিং খোঙনেৎনরবা
লাংলোল কয়াগী মীচৈ তারবা
লম্বীগী উফূলনি ঐদি।

—শিজগুরুময়ুম নীলবীর শর্মা

# লীক্লা

লমজাউখোম্না চাক্লিবা, চীংমায় থম্না ভাল্লিবা
লমগী থাম্বী মৈশালাং, পোম্বী চেক্লা তেংথাবা,
নারক মোংশোং তনীকপা, চীংজাউ পামেল কপ্পকপা
নোংয়ায় ঈচীক লোনবদা, অহীং লীক্লা তারকপা।

চাংজৌ নাইগ্র' সমুদ্র ! থেক্ক খোয়বা তুরেলশিং !
পাক্লা লংবা পাংচাউ ! পীক্লা লুবা পুখ্রীশিং !
মালেম লৈদা যাহীপ্পা, নাপী থক্তা কায়দোংবা,
পীক্ল' জীব লৈরিদো, খৌয়াংবনা ৱারবা।

কুমগী নোংস্থু লাক্তিৗৈঙে, কালেন হুংশা মৈরক্তা,
হৈপাল লৈপাল কয়ানা, পংথ-খুইথ খাঙবদা,
পাঙ্গল শোনাী লীক্লানা, ঙমজ' ইতেং পীবনি,
নোক্ল-চাউবা শাইবঙদা, করম নীংহন্নগনি।

হুংশা মৈনা চাকপদা, থাম্বী মৈগী মৈশালাং,
অহীং লীক্লা কংখিনি, মালেম কনা তেংথারোই,
মপূই শিন্থা তুংইন্না, অহীং লীক্লা লাকপনি,
তাইবঙপান্দা লাকপসি, মপূই য়াথং কায়ফদে।

মণিমুক্তা থাম্নবা, ফুরা দলাল ফজবা,
লীক্লা ঐনা পামজদে, ইতীক ইগুণ লৈজদে,
হৈপাল লৈপাল মরক্তা, পীক্ল-নাপী মতোন্দা,
অহীং লীক্লা লৈজগে, হয়াঙ মোমোন নোকচগে।

—শিজগুরুময়ুম নীলবীর·শর্ম্মা

# ঐ লাইমিং লৌদে

ঐ লাইমিং লৌদে
ঐগী ধর্ম্ম লৈতে।
ঈশ্বর হায়বসি ভাবনা শাবনি,
মরমদি
কৈগুম্বা মানা তশেংবা ওইরবদি
মীচঙ মীখায় নাইদনা
মুংশিগদবনি মীওইববু
অদুবু
করিগীনো।
মরাল কৈস্মু লৈজদ্রবী
অদুক কন্না শূ নোম্বী
মুপী অদুনা
ইচুম চুম্বা মানা তৌরুবা য়াফমদুগীদমক
মুংঙাইবা শরূক ফংদনা মাঙখ্রিবদু
মীনম শোরিবতা তৌরবা
মীমুংশি খণ্ডদ্রবা
মশাগীতা ওইজবা থিবা মুপাদুনা
ইচুম চুম্বী মুপী অদুবু
ঙমখ্রিবদু করিগীনো।
মুপা অদুগী চাওখৎপা ওইখ্রিবদু করিগীনো।
মাগী মীচঙ অদুক য়াম্না লৈখ্রিবদু করিগীনো।
মুপাদুনা পুন্সি তোঙ্গোইনা মুংঙাইনা হিংহৌরগা,
মুপী অদুনা শিঙম-নাঙমদনা ঙস্তা শিখ্রিবনা করিগীনো।
ঙহান মপোক

হন্দক মপোক
হয়েং মপোক
ঈশ্বর লৈত্তে হায়বসি
খুমজিন্নবা চলাক্কী খুৎলাইনি
অশোনবশিংগী ;
ভাবনা শাবনি। ভাবনা শাবনি।
ঙহান মপোক্কা করি তৌখিস্সু খঙদনা
হন্দক মপোক্কা ফল ফংলগা কৈদৌদৌরিবা
কৈদৌদৌরিবা
ওইবা য়াবা নত্তে। ওইবা য়াবা নত্তে।

ঈশ্বরগী মতৌংদি ঐ খঙদে
মীগী মতৌংদি ঐ খঙি।
মীগী মতৌংদি
হিটলরনা মরাল লৈত্রবা
মী বশ্নাবু মাগী কনশেন্ত্রেসন কেম্পতা
শা ঙা হাৎপগুম তুম্না হাৎখি ;
মতুদা ঈশ্বর মানা করি তৌবা ঙমখিবগে ?
কৈস্সু তৌবা ঙমখিদে। কৈস্সু তৌবা ঙমখিদে।
অতুগা
ভিয়েৎনামগী লালদা
লাল য়াওজদবা মুপী অঙাং কয়াবু
মকক মকক ককথৎতুনা হাৎপদা
ঈশ্বর মানা করি তৌবা ঙম্মী ?
য়াবু ভাবনা শাবা নত্ত্রবদি,
পাপ চেন্ত্রিবা পোকপতা ঙায়রিবা
ঈ মতুমগী অঙাং অতুবু

লৈশাবী মমা অচুনা
হাৎপদা কৈগী মানা য়াওক্লরিবনো ?
মসিবু মাগী মথৌরা ?
লৈশাবী অচুনা মশাগী খন্দুনা
মপুক্তে তাবা মচাবু—পোকপতা ভায়রিবচুবু
ফদী ফরানা য়োমশিনলগা
লমফেল পাৎকী মচী অমদা চুন্দোকপদা
মানা করিগী তুমিন্না লৈথোকখ্রিবনো ?
করিগী লৈশাবী অচুবু হৌজিকফাওবা
মুংঙাই য়াইফনা পানহল্লিবনো
মন্না মপুরোইবগা, মচা মশূ পোক্তুনা ?
কৈগুম্বা মসিনা মাগী মথৌ ওইরবদি অল্লগা।
অস্থুক তমথীখ্রবা লমচৎ চেনবসিবু
ভাবনা শাবা নত্তে, অশেংবনি হায়রবদি
মহাক কনাস্থু নত্তে
মীওইবগী তমথীরবা য়েক্লবনি।
অচু ওইরবদি
ঈশ্বর মীওইবগী শাথীনা য়েক্লবনি।

ঐ লাইমিং লৌদে
ঐগী ধর্ম্ম লৈতে।
ঈশ্বর হায়বসি ভাবনা শাবনি,
ঈশ্বরগী ৱারী পুন্নমক
মুংঙাইরবা উপন্যাসকী ৱারীনি।
পুন্সিগী ফিদম ভাবনা শাবা ফিদম্মি

ফিদমগী অকক্লবা মণ্ডপ লৈতে।
ঐদি
ঈ-তোংগী পুন্সি অসিবু পূজা তৌজবতনি।
মীওইবসি লৈত্রগা
ঈশ্বর হায়বসি লৈবা য়াগদ্রা ?
মীওইবা ঐখোয় লৈবদগী
ঈশ্বর লৈ হায়না খনবা ঙম্বা নত্রা ?
ঈশ্বর লৈ হায়না ভাবনা শাবা ঙম্বা নত্রা ?
অশেংবা অওইবদি
মীওইবতনি, মীওইবতনি।
হৌজিক্কী মীৎকূপ অসিতনা
অশেংবা অকক্লবনি।
ঐ মীবু পূজা তৌজগে
ঐ ঈশ্বরবু পূজা তৌনীংদে।
থরায়গী মনীংতম্বা
মীওইবগী মনীংতম্বা
মীওইবা, মীওইবা
মসিতনি, মসিতনি, মসিতনি
ঈশ্বরদি ভাবনা শাবনি।

—শ্রীবীরেন

## তাংখুল হুই

অনৌবা লম্বী শেম্বা লাকই
নুংজাউ নুংজাউ হৈথরকই
কংক্লক কিলা কিলা পৈরৈ ;
থোৎনা শাংপী কোম্বীরৈ অমা
নুংজাউ ময়াম্না ননশিনখি।
লম্বী শেম্বনা হন্না ফাওবা যেংবিদে
রোলর লাক্লগা মথক্তহুম তকখি।
হাওরেক কারবা ড্রাইভরনা
মোৎলবা মম্বা উৎতুনা
অশিবা মীনোক্তা
খাক্লা খাক্লা নোকখি।
মনাক্তা কূনলম্বা
তাংখুল হুইজাউ অমনা
হোৌনা হোৌনা তেংথাখি
থম্মোয় শোক্লা।

—শ্রীবীরেন

## কৈরাক

ফীরাল খুংলুরবা তম্বহুনা
লাউরকই—
য়েংঙু ইতিহাসকী লম্বীনি
য়েংঙু

মীওইবগী চাওখৎপা য়োবা কৈরাক্কি,
নঙস্মু কায়কউ মসিদা
মীওইবগী মতীক মগুণগী
পজেঙ ফীরাল য়ুংলম্মু নঙস্মু।

ঐনা য়েংলুই
মতুদা ঐনা উই—
মী ময়াম অমা লৈবা
মী ময়াম অমা
মরাল লৈত্রবা গতি লৈত্রবা মী ময়াম
মকোকশিংতু লুকথৈ লোইনা
মফি মরোল নানবা কাঙবু অমনা
হোৎনরি কাগদবগী মীশিংতুগী মথক্তা
মরেংবান অমদগী মরেংবান অমদা
মরেংবান অমদগী মরেংবান অমদা
অতুগা মচীন্দা শোল্লি—
অস্মুম্না কাখিবা ঙাক্লি
মীগী থাক থাকসি নেৎ নেত্তুনা
মায় পাকখিবশিংতু ;
মসিদি মহৌশাদগী তৌরকপনি।
মীয়াম অতু মরু লুকথতুনা লৈরি
মীয়াম অমনা হোৎনরি কাগদবগী
মীয়ামতুগী মকোক্তা নেৎ নেত্তুনা।
মীয়ামশিংতুনা কাহনথি
মখোয়গী মথক্তা নেত্তুনা
মঙালগী লৈবাক য়োনবা

কান্দ্রিভৈদা ম্রাশক্লম্মী মখোয়দা
ঐখোয় পুম্না চৎমিন্নরিবনি
মঙালগী লৈবাক ভন্না
মঙালহুনা ভানগনি নখোয়স্ম ঐস্ম।
অতুবু
মখোয়গীদি অমম্বা কোক্তি, ভসিফাওবা
ভসিফাওবা লূকথরি মকোক মখোয়গী
চৎহল্লি ভসিফাওবা মখোয়গী মকোক্তা নেৎ নেত্তুনা
ভসিফাওবা
মী ময়াম অমা লৈরি মকোক লূকথহুনা
মী ময়াম অমনা হোৎনরি কাগদবগী
মীয়ামতুগী মকোক্তা নেৎ নেত্তুনা।

—শ্রীবীরেন

# অনৌবা থুংলবা জীব

সমুদ্র তরেংকী জ্ঞান খোমজিন্নগা
থন্নায় পানবা পূম্নমক্কী
নশানা নিংথৌ শেম্নজবা
হে মীওইবা
হৌজিক্তি কমদৌরে থৌরী ম্রান্দুনা শিজরেদো।

ফজবা ফজবা ওঃ মমীৎ তাঙগ্রে উবা ঙমদ্রে
মুংশিবা অচুম্বা
চাকথেকখ্রে শক্ল ময়ামগী মৈরিদা
ময়াইকাবগী লানফমদা।

পুম্নমক কৈস্নু য়াওগ্রবা
কৈস্নু য়াওগ্রবা মপূক হোজ্রোং হোরবা হান্নবা।

মীওইবা—লৈত্রে মিংসে তাইবঙসিদা
শিগ্রে মথরায় মখোয়গী।
উরিবসি কনানো অতুদি?
শাদগীস্নু হেন্না শাথীবা জীবনি
হন্দক্তা নৌনা থুংলবা।
মখোয়গী মমিং থোল্লক্তে।

—থাংজম ইবোপিশক

## ফুট-পাঠ

হন্দক্তা শেম্বা ফুট-পাঠ অমা
বোকুল পাম্বী শরী অমগী
চহীগী দাগফম চারবা
চেংখায়রবা খোঙ অতু ননশিনবিরমই
থম্মোয় পান্দবা
চাওখৎপা পাম্বা নুংশূবশিংনা।
তাওলৈনরবা সুমিদাংবাইদা
অতিয়াগী চীনবান্না
খোয়কম মীনোক নোক্লক্লবদা
বোকুল পাম্বী শরীগী
বোকুল লৈরাং
চোইজাইননা কেন্নমই

ফুট-পাঠতুগী মথক্তা।
ইভিনিং ৱাকিং লাকপা
ঈৱাং থাংবা শাবী শানৌশিংনা
মতুগী মথক্তা নেং নেত্তুনা চৎখি
নান থাবা শউন খোঙগুপ্না
মুংশি হৈত্তনা।
নুং হৈবা ফুট-পাঠ
মাগী থবাক্তা পৎলিবা
মহী তারবা বোকুল লৈরাংশিংদা
মূনা য়েংশিল্লি
অতুগা হকাম ফুইনা চল্লকই
হৈনীংদবা মুংশাম্বরদা।

—থাংজম ইবোপিশক

## কংলাগী শা

[ ১ ]

ইথা থাজদনা নোংমা মুমিৎমুংবা মতমদা
য়াহৌরক্লমই
মল্লবা কংলাগী তেক্লবা মপৈগী মরক্তগী
অতুঙৈগী কংলাগী শা অতু।
ৱাং-চাউনা শাগৎলবা নুং অমদি য়োৎকী দলানগী মখুংদা
থাক্লা লাউনা চঙলকই।
লংলবা মীৎফম্মা মঙাঙগী মৈবুন পুরক্লুনা
নুং চনবা লৈমায়দা নৈথেক্তুনা

মচী অচুনা থিনগায়রমই
মুংশায়র মপী হোল্লহনা।
অহুবু ঈচেলচু লাক্কে
কাম্লত্রবা ওইত্রবা মঙনি
মচী লেঙহনবা ঙমখিদে
চেৎনা চনশিনত্রবা লৈমায়চু:
লৈমায় অসিগী থম্মুংদা
থাইনগী লাইশিংগী নীংথিরবা মায়থোঙ ময়ামদা
অনৌবা লাইশিংগী অমোৎপা খুনাম্না কাওশিল্লম্বা
অচুম্বা খোঙ্গুল পরেংনা
শাগৎলবা অনৌবশিংতগী মীৎফমদা
লোইবা নাইত্রবা সভ্যতাগী লম্বী।

[ ২ ]

মুরবা লৈচিনগী মম্লবা মপূক মন্নুংদা
মশা নারবা মুমিৎনা লুপশিনখি
ক্লাম্বহনা
লৈশেমঙৈগী অযুক্কগী
ঙসিগী মুংথিল ফাওবদা
কু অমা শকখঙদবা অশিবা অমগী
লেপ্পুনা পুরক্লি কনানো শকখঙদবা খুরনা,
হিংলম্বনি মহাক্কু যাম্না কুইনা
খোঙফম চেৎনা লেপ্লম্বনি মশাগী থুবমদা
অথোইবা মঙালগা লোয়ননা।
ঙসিদি থাংলক্লে কু অচু
অচুম্বা খোঙ্গুল পরেংগী
লোইবা নাইত্রবা লম্বীচুদা।

## চেৎনাম মচেৎ খরগা

### নুংত্তেক অমসুং উকক ৱাকক খরগা ২৫

লংলবা পুখমদা হাপ্পুনা পুথোরকই
মতমসিগী মী খরনা ; অত্থগা কৌরকই :
'হল্লকখো হল্লকখো, হল্লকখো হল্লকখো
নৈরি খরদংদি হৌজিকসু !'
তারিগদ্রা অশিবত্থুগী নাপ্লত্থনা ?
শাগৎকে অনৌবা সুমিৎ অমা
শিরবা কোরৌহনবগী হাঙলবা তাঙ্গবলদা।
ৱাংলবনি লৌশিং অমদি থৌনা
মথোন কোতিগী দলান্দা।
ঙসিদি ইতিহাস
নত্তে, শোল্লবা হম্বুরবা মীওইবগী
মপাল নাইদ্রবা মতীক অমসুং মঙালগী
মানি, অনৌবা লাইশিংগী ৱারী !
অত্থবু কু অত্থদি লেপ্পুনা থাংলক্লি অসুম্মক
লোইবা নাইদ্রবা লম্বীত্থদা।

অনৌবা মঙালগী ৱারীত্থনা
হৌদোকপা ঙমখিগদ্রা হৌজিকপু
শিরবা মহাকপু ?

[ ৩ ]

নৈওল্লি
নৈথেরকই শাউরবা কংলাগী শা অত্থনা ;
অত্থবু মচী লেঙহনবা ঙমখিদে অমুক্তসু
চেৎনা চনশিনগ্রবা নৈমায়ত্থ !

—থাংজম ইবোপিশক

# অরোইবা রা

তূম্লশি মকুপ তূম্লশি
ঙসিদি ঐখোয
হুংঙাইনা তূমখূন তাল্লশি,
হংলক্লগম্নু অমুক
“পুন্সি হায়ববু কবিনো ?”

চৎলক্লে ঐখোয় লম্বেলসিদা হিংবগী
হুমিৎনা হেক মীৎকপ থোরকপদগী,
ঙসিদি অমুক লৈত্রে থব্রায়গী পাঙ্গল
খোঙ অসি অমুক থাংহনবগী।
তূম্লশি মরুপ মঙ মঙলশি
পুন্সি হায়ববু মঙনি
নত্তে লাল, নত্তে তাইবঙপান
লোইবা নাইদ্রবা মথোন চাম্ম চাম্মগী দলান্দা
লোইবা নাইদনা কাখৎখিবনি
নত্রগা
নাংখায়গ্রবা যুম্ফমদা নৌনা যাত্রা হুনবনি
লোইবা নাইদ্রবা অমগী

হ্লাহংশিং আসদি লোৎশিন্দুনা থম্মু
“করি কাম্লরিবা হিংলগা
করি কাম্লরিবা শিবগনা”
পাউতাক অসি অচূম্বনি
“ঘু থকউ

গঙ্গা থকউ

কানি চাও"

করি কান্নরিবা
ৱারগা নত্রগা মুংঙাইরগা
মুংঙাইবা হায়ববু কদাইনো
মুংঙাইবা হায়ববু কবিনো
খুং অমা
উক্ক উক্ক উংলি
হংগনু—
"মসিগী কান্নবা কবিনো
মসিগী কান্নদবনা কাবনো"
কান্নবা অমসুং কান্নদবা
কবি খেন্নবিবগে
হো পুন্সি
যু থকউ
গঙ্গা থকউ
কানি চাও
কাউথোকউ তাইবঙপুম্বা
মঙ মঙঙ, মুংঙাইনা তুম্মু,
হংগনু—
"কবিগী পোক্লক্লিবা ঐখোযনা
কবিগী হিংগদোরিবা ঐখোযনা"
হিংবা হাযবগা
শিবা হায়বগা
করিদা খেন্নবিবগে
হো পুন্সি

য়ু থকউ

গঙ্গা থকউ

কানি চাও

কাউথোকউ তাইবঙপুম্বা

মুংঙাইনা তুম্মু মঙ মঙঙু

মঙ হায়বগা

তাইবঙ হায়বগা

করিদা থেন্নরিবগে

হো পুন্সি

য়ু থকউ

গঙ্গা থকউ

কানি চাও।

—য়ুমলেম্বম্ ইবোমচা

## জগোই জগোই

করিবু কান্নরিবগে

হৌজিকপু অমুক কপ্পুবগী

করিবু কান্নখিগদগে

নোকুবা হোৎনবগীসু

করি থেবৈ

কম্মা অহুগা কপ্পবা

নত্ত্রগা নোকপা

মসিদা করি য়াওরিবগে

ঙসিদি

ওইরে পৃথিবীসে

পীক্লবা বিন্দু অমথক
চোকথরবা খোঙচৎসিদা
নুমিৎ থা থরাম্নিচাকশিংগী
চহী কয়া যুগ কয়াগী
হোংবা নাইত্রবা জগোইগী পুংলোনসিদা
করম্বা অনৌবা খুৎথেকী নত্রগা খোঙথাংগী জগোইনো
ঐখোয়না ঙসি শাগদবা
ঙসিদি ঐখোয় গোপীনি
মল্লবা থাশি অহীংগী
লৈতে কৃষ্ণ য়াওদে রাধারাণী
লাকখিগদ্রা কৃষ্ণদো অমুক
যোৎশিনগ্রবদা বকাস্মুরনা
মায়থীগ্রবনি কংসগী মথুত্তা

খঙদে
করম্বা কৃষ্ণগী আশাদনো
ঐখোয়না ঙাইরিবা
তল্লবা জগোইসি শার শারহুনা

ঙসিদি লৈত্রে কৃষ্ণ
লৈত্রে রাধারাণীস্মু
অতুগা
থাংলি খোঙথাংসিদি
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচৎসিদা
পম্মুংফম
পম্মুংফমগী রাদি হংলগস্মু

## ঐখোয়গী খোঙচৎসিদা য়াল-ক্লোক্কী মমায়দা

য়াল-ক্লোক্কী মমায়দা
খুং অমনা লৈ লৈত্তুনা উঙলি
অতুদি কয়ম্না হায়গনি অরোইবা য়া অমা
মীৎ উইশিনবা অহীংগুম মমশিনগ্রবদা
কদোমদা য়েংলুগনি
পম্থুংফম
অহুবু
ঐখোয়দি গোপীনি অনৌবা ইফি হোংলবা
জগোই শারি তান চাব-চাদবা
থুজিল্লবা পুংলোনসিদা
( পুংলোন্দি হোংদে )
কৃষ্ণ লৈতে
রাধা যাওদে
লাঙতক্ক্রে ঐখোয় কৃষ্ণগীদমক
থাংলি
থাংখিবা খোঙথাংদুদি তুরোই ঙাম্লোইননা
থেক্লি
থেকখিবা খুথেক্কু তন্দে মান্দেননা
লৈত্রে ঐখোয়গী কৃষ্ণ
লৈত্রে ঐখোয়গী রাধা
খণ্ডদে করিগী শারিবনো ঐখোয়না, জগোই অসি
করিবু কান্নরিবা মসিনা
য়াহং কয়া

পাউখুম ফংদ্রবা ৱাহং কয়া
ৱাকৎ কয়া
তাবিনবা লৈত্রবা ৱাকৎ কয়া
অসিগুম্বা ৱাহং কয়া ৱাকৎ কয়ানা
ওইরে ঐখোয়গী পুন্সি
খঙদে কনাদবু ৱাকৎফম থোকপনো

ৱাহং ৱাহং
অতুগা কদাই পাউখুমদি
পাউখুমগীদমক
চোংথদ্রা ঐখোয়না যমুনাদা

চোংথদে ঐখোয় যমুনাদা
শারি
করিগীনো খঙদনা জগোই
হোংবা নাইদ্রবা থাইনগী পুংলোনসিদা
চহী কয়া যুগ কয়াগী খোঙচৎসিদা।

—যুমলেম্বম ইবোমচা

## মঙলাক্লরিবা অশিবা

উচেক্‌ম
পাইনিংই ঐ ইনীং তম্বা
নত্তে
উচেক্‌ম পাইনিংব্রা ঐবু
ইবুবোক্কী ৱারীদা য়াওবা উচেক্‌ম

ইখঙ খঙহৌদনা
ঐবু ফুংখি ঈয়াইফুনা
ঐনা ফিজ্রিং ফিজ্রিং চোংজখি
পীক্লবা ঈয়াইফুত্তুগী মমুংদা
অত্তুদগী
থর্মোমিটরগী মচৈনা
১০০ ২০০ লীশিং

থোঙ্গৎপিরম্মী ইকোকথক্তা
ঐগী অশিবা হকচাংত্তু
অত্তুদগী
শক্লত্তুনা কাইনা ঈশৈ
পুত্তুনা চৎচৈ কূ অত্তু ইকোকথক্তা
অত্তুগা থাঙ্গৎচৈ
শীংগী মরোল মরোলথক্তা
অত্তুদগী মৈরি চাম্মা চাম্মা
মৈরি চাম্মা চাম্মনা
য়োমশিল্লকই ঐবু .
ক্রুং ক্রুং শৌরি ঈয়াইফু
শন্দ্রেম্বীনদি কপচৈ
হো ইমা নচাদি খ্বাঙ য়োরেদো
শত্তোকপিদে মৈত্তুদি
হো ইমা নচাদি লুতোন য়োরেদো

লুতোন য়োরে
করিনো তৌগদবা
ফনা চোংজত্তুনস্তু
শীংগী মরোল মরোল

হৌ
ঐ লেঙবা ওমত্রে
শ্বয় অসি কুনজিল্লক্লে
হো কনানো
উপু অসিগী মন্নুংদা
ঐবু শো লোনশিন্দুনা থম্বিরম্লিবা

থঞ্জখিবনি ঐনদি
তেনব্রা ওন্দুনা পাইরগা
অমরাবতীগী হৈকোন্দা
অমৃতফল চারুগে
( ইবুবোক্লা লীবিখিবা ব্রারীগী
অমরাবতীগী হৈকোন্দু
ঐনা কল্লকচখি। )
থুগ্রব্রা ঐবু
হৈকোলশঙবগী লাংদা
নত্তেনে
মসিদি কূনি ঐগী কূত্থনি
কূ অসিগী মন্নুংদা
ঐনা লোংনা তারি
লেঙবা হাইবা করিমত্তা ওমদনা
ঐবু শিবা তারব্রা
চাননা শিবা তারব্রা
ঐ...
ঐ
অমুক্তদি লাউগেবা

ঐ অমুক্তদি লাউগে

৩। খোঞ্জেল

খোঞ্জেলগী পাঙ্গল লৈত্রব্রা

হো ঐ অমুক্তা লাউগেবা
ঐ অমুক্তদি লাউগে .

—যমলেম্বম ইবোমচা

# পরীক্ষিৎ সর্পযজ্ঞগী মতাঙ অমা

তক্ষা চাঁদনী লাইরেম্মা
সনা মখোঙখাগী
মপল ব্যাস মুনিনা
মপারীগী তাঙজা খোঙখুন লীনা
অনৌবা ব্রাহমখিএ।
পারী নাব্রা অপিশা-ও
নঙনা খোয়মা নারক চৎকে
হায়বা অসিবু নত্তে
পন্থৌ মপা মমা অপোকপীবু
হুল্লানবা অসিবু
নমু মী পোং লৈলোম্বগী মচৎনে।
নপল ঐবু হুল্লাল্লবদি
তাইবং কনাগুম্বনা
ফৈএ হায়ঙমলোইএ।
চৈরৈ ফিশেত্ত
শব্রা তুশাং শম্লাং ফাফেম্লনা।
ঙাওনৈ শকপা অসিবু
বামন লমচৎ নত্তে
বামন মপোক ওইরবদা
আচার লমচৎ থাবা
উত্তম মহাজন লেংবদি
থোইখোইনা তুক্কচ্চনিংঙাইনে।

পারী নওদি মিত্র লোয়ন-চান্না
কনা লৈতে, তরা কনানা
ভূগ চাক পিজগবনো।
তাইবং নমু পোংবু ওইবদি
অমরক অমন থমলৈ কুমএ
হায়ববু খওনা গৃহস্থি
য়িম্নাইবগী চাকচা নুংঙাইবা
দুর্লভ অতাংববু চান্ন য়াঙ্গোইরবগা
খোয়মা নারোন্নংদা
খোইয়ম লাইবু নিঙলুও হায়বগা
শুকদেব মুনিরেন্না পাউখুমখিএ।
হে মুনি জ্ঞানবন্ত লৌশিংব-ও!
উনবী পূক্সিং কৌনা
কদোবা রাহমবনো ?
পারী নুংচানবা
তানলোয় অপাম্বী
ইষ্টমিত্র লোয়ন-চান্না
কুতুম্বা ঙাইরি পুম্নমাদি
মায়া শিক্ষা লাংনি।
ঐদি অবধূত তঙাইরি
মায়া লৈত চিত্ত পূক্সিং থোকপগুম
গুরু লাইওইনৈএ!
উনবী পূক্সিং চেৎপনা
ইশাবী ইশানৌ ওইবসুং
ইচেম পলেম পিমাচানে।
উনবী পূক্সিং চেৎপগী

সত্য ৱাচুম অরেপ্পনা
পম্থৌ পোকমাবনে।
ক্ষমা অঙাকপনা,
পলেম ইমা পোকমাবীনে।
দয়া থৌজাল তৌবনা
ইচেম পম্থৌ পামাচানে।
দিক মায়কৈ মরিমানা
চৈরৈ ইয়িনফিনে।
শান্তি উনবী পূক্নিং তপ্পনা
তানলোয় ঐগী ইলুমবীনি।
কৌবা ধর্ম্ম থোইখোইবদি
শেলোই ঐগী ইপাত্তাউনে।
পুন্য মথোই তোংবদি
পাৱী লেংনা তিনবনে।
অসিত্থুম সংসার ৱাংমা লান্ন-ৱানে।
গুরু সনা ময়াথং খিজিক্তুংনা
পূক্নিং উপাল ওই
মালেম লয়মায়োন্না
ইফি ফমজাউ ওই
পামেল শান্তি উয়াম হৌববু
সহায় পাঙ্গল ওই
ইশা লমশা পুন্নমাবু
সঙ্গ লমলোই ওইনা য়াঙ্গোইরবদা
ত্রিভূবন মরোল অহুম্মাদা
করম্বনা হুয়েল লান্দাগদবনো
ৱাহমথোনবু তারবগা

ব্যাস মুনি পুক্লিং ওকখিয়ে।
মতৌ অসুম তৌরিঙৈ
শুক মহা মুনিরেন্দি
চৈত্ত খুত্তা পালোয়ননা
যুবি খুজাই খুত্তা শুনা
মাযকৈ মরিনা ফিজেৎনা
মৌন রাহায়না
হরি পূজা নিঙনা
খোযমা নারোম্নুবু ইন্দানখিয়ে।
পথ লম্ম খাঙদা
অপ্সরী জগোই শাবী
থাজ শক্কোয় হেনবীশিংনা
চৈ'র মকা ফোংনা
নোয়না ঙমদম হৌ
নে'য়না ঙমদম হৌ
মীৎমৈ হাইমা য়েংদনা
তুরেল লাইজা ইরোম্নখিয়ে।
ব্যাস মুনিবেনসুং
লম্বরাই মুংবি কানা রাহমখিএ।
শুক মহামুনিবুদি
তাঙজা ঈকাইনৈএ।
মুনি ঐবুদি তাঙজা মখোয়গী
হুইয়াই শেনকোই নীক্তে
অপ্সরা লেংনা তিনবীশিংনা
পাউখুমখিএ শুক মহামুনিদি
কাম ক্রোধ লোভ মোহ

হিংসা পূক্সিং লাকপা ওমদববু
নমদা হুনবা মতিক্লববু
নমু কনা য়াওদে।
অবধুত পূন্ন হকচাং ওইনবা
খোমলেন মঙলানচানমক্তস্থং
স্ত্রী মুপী শকহেনবীবু
পূক্সিং পাম্না নিঙদবা
তরা চাকচাবা
মুজা চয়রোনবা
মীৎয়েং নাউশুম্বা
পূক্সিং শোঙকি চঙবা
উনবী ফংমাঙনবা পূম্ববু
ইয়োং লাইচি কক্কুম ককএ।
ব্যাস মুনিরেন নঙদি
কাম আশা চয়রোইনবনে
অস্থুম পাউথুমখোনগী
তাঙজা ঈকাইখিএ।
অরাং নোংনিংথৌগী
রম্ভা জগোইশাবীদা
ইপারী শুক নারা অথুববু
মুনি ফৈরাতান্দা থোংনা য়োয়নগে
চেংলৌ নখোয়গী নশক য়েংনা
হলরাইহল্লো হায়জরম্বা
নর্ত্তকী জগোই শাবীনা
পথ লম্বী থিংনা
চেংলৌ মশক শেম্না রাহমখিয়ে।

মুনি চৈরৈ ফিশেত্তবা নঙবু কনানো।
ৱারম করিথৌগীদমক্তা
অঙাং নাৱা ওইনা খোঙশাল্লকপনো।
কোলোয় নমিংথোংস্নুং করি কৌবনো
পাউতাক্লকও হায়রবদা
শুক মহামুনিদা পাউখুমখিয়ে।
ব্রাহ্মণ কোন্দা পোকপা
ব্যাস মুনি মপাৱীনে
কোলোয় ইমিংথোংদি
শুকদেব কোলোয় ইমিংথোংনে।
ধর্ম কর্ম ইমা ইপা
শাগৈ ঙাইবি লোয়না-চান্না পুম্ববু
নমদা হুন্না খোয়না [illegible]রোন্নুংদা
তপস্যা লাইবু নিজগে
কোরৌ লনশাগে ইন্তাল্লকয়ে।
য়াংলৌ লম্বা থোঙথিংগুনো
হায়না পাউহল্লবদা
নর্ত্তকী ভগোইশাবীনা ৱাহর্মখিয়ে।
মুনি নঙদি বুদ্ধি লৌশিং লৈতে
লিল্লাং কনা মপাউতাক্তা
নাৱা খোয়বি কোন্দা
লুত্তুং চকা কোক্তা
লাইজ শান্দোংদনা
করিগী পনম চৎথোক্লকপনো
মর্ত্তলোক মালেম তাইবংপানসিদা
নমু মীবু ওইনা পোক্লবদি

শৱা লুমথাংথৌ শিনৌ কুরাংউজ
তৱা চামন-থি লাইজা ঈমন য়াওনা
শমু হকচাংলেন্দা পকপীনে।
হরি হরি শোয়া নিজোও।
সংসার অমম্বা অসিদগী
অৱা হুইরাং শোন্দা লায়ঙৈনে।
হরি নারায়ন থোইখোইবদি
চীংঙু ব্রহ্মা মচিন মরি পানবনস্থুং
হায়ঙমলোইয়ে হায়না রাকনবগী
শুকদেব মুনিরেনগী মচিল থম্বাল লৈদগী
হরি কথামৃত শিম্বরকপবু
কর্ণ নাকোং থোঙদা নাতারবগী
পরীক্ষিৎ মহারাজনা শৱা তুথোং চুংনা
প্রেম লাইজা ঈথক হৌনা
হরি নারায়ন শোয়া মুনি সনা মথোঙখাদা
দণ্ডবৎ লৈদ-পরু পুরুমথিয়ে।

সম্পাদকশিং :
ঙ, ভোগেশ্বর সিংহ; পি, কোকঙাং সিংহ
( "অরিবা শৈরেং" দগী লৌথোকপা )

## হিজন হিরাউ

চীংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌ
খোঈয়ম য়াইবী এলহৌগী
অমম লৈশা হায়কপা
য়াইবী ওংথি হুমওইনা

খেন্নে মুংগোন তকুপহৌ
পুইদিং নোংথাঙ তরঙলেন
তরঙ লাইজা ঈপোকপা
( চীংঙু ) লিন্মাউ তাউবী ইরোয়নাই
( তুবী ) লাইরেন তাউরোইনাই
নূঙঙু শিদবা নূঙ্গাঙমহারাবা
য়াইবী নুংঙৌ পীমাবা
চীংঙু কোরৌ অয়েংবা
রাংবা নিংথৌ পাঞ্জুম্বা
হুপলা মপান থাবগী
হারা মঙ লিংবগী
মিসেক মোংগাই মহুমমুং
পরিং লাংশং কুন
উকাক মায়থোং য়াননা
মালেম নৈশেমলকপা
কোরৌ নোংহৌরকপা ইবুংঙো
কোরৌ নোংমদোন নুংনাং কাউখংকোন্দা
মালং মুংশিৎ শিদবনা
তোংলেন তপ্পা শীৎপদা
চীংঙু য়ারা নখোঞ্জেন
লাংবন খোইমু খোন্দানবা
খোঞ্জেন উৎ ময়েকথোকনা
নপোম খোইরা য়াল্লকপা
চীংঙু ইবুংঙো নঙ্গী
নশানৌ খোইমোম লাইরেম্মা
য়োইবু থুনলৈমা লনগুচাউবীগা

মানবী লৈপুং কোইঞ্জাউবনা
কাওরেন শনজ্রাইতম্বু ফংলকলবসিদা
মৈদিংঙু লোইনাই থুম্বী
লমদাং অচৌবনা মুংলক্লবসিদা
হয়ি খুম্নুং লাংবচকঙৈগী
ঔগ্রী রাকমা খোল্লোনশৈ
কোরৌনোংনা কায়রবম্বু নোংদাইশৈ
মালেমলৈনা কায়রবম্বু লৈতাইশৈ
ঔগ্রী খোল্লোনথোক খেঞ্জো
পাউসারাইবু মতোল্লোমলক্লবা অসিদা
চীংঙু খোইয়ম নতৈননাউনা
রাকয়ৈ অনী খাচীক্লা
তোংচেৎ অনী থাবাংননা
রাকয়ৈ হিদাম্নগে হায়রকলে।
চীংঙু খোইয়ম লাইমিংথৌগী
রাকয়ৈমখুনেৎ তোংচেমম্নুংচঙ অসিবু
রাকয়ৈ হিজগাংম্নুংগী
শেন্দাং য়েন্থী মরিনতেং,
কুরাক শিতং মহুম
লৈনা শীংনা রাকয়ৈ
হি চিংথোক্কে হায়বগী
চীংঙু খোইয়ম লাইয়িংথৌগী মদাইরেম
পাখং লাংজেংমথোকলকপা নখোয়বু
নয়ু খোইয়ম লাইমিংথৌগী
রাকয়ৈমখুনেৎ তোংজেংমম্নুংচঙ অসিবু
রাকয়ৈ হিজগাং মুংদগী

খোইয়ুম কংলৈ মশূমাং
অসিতঙা য়ৌনবা হয়মশা চীংথোকসে
হি হি হি।
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মগী মদাইরেম
মুজা লাংজেংমথোকলকপীশিং নখোয়বু
নবেন খোইমোম লাইরেম্মগী
ব্রাকয়েমথুনেং তোংচেংমন্নুংচঙ অসিবু
ব্রাকয়ে হিজিগাং মুংদগী
শেন্দাং য়েন্থী মরিনতেং
কুরাক শিতং মহুম
লৈনা শীংনা ব্রাকয়ে
হি চিংথোকসে হায়বগী
য়োইবু নদাইরেম মুজা
লাংজেংমথোকলকপীশিংবু লেংনা তিল্লক্লে।
খোইয়ুম কংলৈ মশূমাং
অসিতঙা য়ৌনবা হয়মশা চিংথোকসে
হি হি হি।
চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
নবিংঙাগী ব্রাকয়ে নখূচেং
তোংচেং থমনৌ নন্নুংচঙসিবু কনানা
হিদোং হাল্লকপনৌ হায়রবদি
লহান নোংগীবু লৈএ।
লহান্নোং ইয়ু মুংবান
হোঙনেম লুব্রাংনিংথৌ পুন্সিবনা
মোমন্নু তালোয় মরুন্থৌ

ঈরেম তাইতল লৈমা
মোইচচম্নবু হোইথিঙৈদা
মপল থরৈ চমোইবনা
মমোমগীদমকপু লনউল্লকপা
নেম্বী অরায়বদি মুংদচন
চরৈ ফি খুৎশা
মাল্লৌঅচানবদি পান্দথোংনা লনউল্লকএ।
নেম্বী অতুনা মতোম
মখোক লোযগে হায়রকলে।
মোমম্নু তালোয় মরুম্বীগীদমকপু
হযেং পে।ইরৈ চাদোন্না কাউদনবা
রাংঙম শূদোন্না নিন্দনববু
নেম্বী মতোম মপাফুক্কা
শীং থারমগে হায়না
থাঙলেন নাপন হাহ
কচেং য়োৎহকচন্না শীংথারম্মে
অতু নোংগীবু শীংথা
খন্দোমঈও তৌনা কৌএ।
শাংথাথোনমরক্তি অতুসুঙ মদোমদে।
লহান্নোং কোরৌ খোংজোমনুবী
য়োইরুমলোন মুংবান চম্নু
খোয়নৌ মতা তরুকমক্কা
মশাবি মমানমচা হাঙকু লোইনাই
অতাম সোয়সেনবা চহুইওকরানবা তরুবমক্কা
কোরৌ নোঙ্গামিম্নসে হায়না
নেম্বী শীংনাং তাংতনববু

নোংয়াই শীংবী মকু খোক
শীংনাং তাংগা খেকনা
কোয়ৌ নোংবুম মঙানি
শীংথানরম্মে অহু নোংগীবু
লমলেন লোল্লোই শীংমিৎথা
শীংথা খন্দোমঙ্গীও তৌনা কৌএ।
শীংথা খন্দোমঙ্গীনা লাইজা মথিনাই
ইমু মঙাও হৌরকলবদা
শাবন য়াংবী মনমচাই
য়াংবন লাউথরকপা খোংবনি
লোইথোং মরীল থন্না
লিল্লি কোন্না তাউ
ককচেং তৌদোন খোম
তাংজা কৈনা লান্না
লাইজা ইরেন পুংলকলবদা
নমু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
শাবন লম থোকপা
কোংলৌ লম য়েংবদা
লাইজা ইরেনপুংববু মীৎয়েং শানখৈরিঙৈদা
লাংবন কৌজেং চোংবিচানা
চানা য়াদা চীক্লা
লাইজা ঈরাল্লকপবু নমু
মুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবনা মীৎয়েং শানখৈখিয়ে।
কোয়ৌ মুমিৎ মাদি

লৌরাই য়ুপুংকোই য়ুনারেক
চিবা পাউনাইদবা মৈশাংবনস্তু
খিকলোয় তাংমা য়াদচীকনা
চিবা মশৈ তোন্না
খুমু নৌগা ওইনা
লাইজা ঈরাল্লকপবু মীংয়েং শানথৈরা
চেংলৌ মীংথিংলা মীংয়েংতেনপাল্লবগী
নয়ু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
পায়মা পিবুকমুংদা নীংখনখিয়ে।
মুংবান হোঙনেম লুরাং
নিংথৌ পুন্সিবা ঐস্তুঙ
তল্লা চাউথোইবা পামেন
রাংথোইববু হোই থিরুরবগা
মরাং উকু হন্না
রাকয়ৈ হি ওইরবদি
লাইজা ঈরান ঙমঙৈনে
হায়না অস্নুম নীঙথল্লবগা
থিংলৌনীংনাত্তেনা মোংবা মরানয়ায়
মুংবান ময়ুমনাক্তা হলরাইরকলবগা
হে ইদাইরেম তনবা
মুংবান রামিংথু খুংহৈবা
লুরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
নবিঙঙাবু লাউও।
নয়ু ঐগী রাকয়ৈ ইথুংনেং
তোংচেং ইমুংচঙবু ওইনবা

কৌবা ইঙেনচৗংদা কানা
তল্লা অঙনববু হোইথিল্লও,
হায়না পাওমেন রাগী
ময়ু কোলোয় ময়াথংবু
কোয়ৌ নোংদা কাফদা
মালেম নৈদা তাফদমগী
তাঙজা লূদা থোংনা
মুংবান পাচা হুপ
লূরাং শল্লাই তিল্লা
তরা চেঙজেন তম,
নোইমু থুমজেন লাঙ
লেমলৈ ঙাচেন তম
থাঙজৌ খুৎতা শূ
শীংজঙ লেংদা থোংনা
কৌবা চৗংদা কানা
তলা অঙনবা চাউথোইবা
পামেল অয়েম্ববু হোইথিরকপবু
কৌবা হিংলেন চৗংগী
চৗংশা নাপোম অরাংবগী
হুইথরকপা ইয়োক অস্থুপ্পা
তময়া লোকমায় হেনবদা
তলা রাংমু নমজাঙথোইবা
খয়োই লূরাংবনা কাঙমদা
য়োংনাউ শাথিবনা তনঙমদবা
পামেন অয়েম্ববু লমওক্লবগী
পামেন উখোং ফান

মুংবান ৱাংমিংথু খুংহৈবা
লুৱাং ৱাংমনাউ শিলহৈবা
অনীমক্তা পাওমেল্লকএ।
লুৱাংইমাইবা খোইয়ুম মরম্বু-ও
নখোয়বু তলা মায়থঙবী
পামেল পাউ থেম্বিয়রো
হায়বগী লুৱাং মাইবনা
থাঙলেন নাপন হাই
কাচেং য়োংহক চম্না
চামলৌ লাগা থানা
শীংলেন লৈহুন তৈ
ক্তরা চেঙেঙী ফাহাপ্না
কাইরৈ য়েরুম কাংথিল্লা
তাউজিং অশং য়েন
হৈরাঙ অমূন থম্না মায়থঙবিরবগা
সনা য়াইগা শুন
লুপা কোনগা থানা
কোরৌ লন শারবগা
কাইরৈ য়েলহিং থানা
পামেল মমন তমলবগা
লুৱাং মমাইবনা পাওমেল্লকএ
মুংবান ৱাংমিংথু খুংহৈব-ও
তলা উরাই থানা
পামেল মতীক হায়রো
হায়না পাউতাকলবগী
লুৱাং ৱাংমিংথু খুংহৈবনা

তজা নঙবু ননিঙনববু নীংফরোই
পামেল নপাম পামনববু পামফরোইএ
হায়না পামেল উরাই
হকনা অস্থুম পাওমেল্লবগা
মুংবান ৱাংমিংথু থুংহৈবা
লূৱাং ৱাংমনাউ শিনহৈবা
তনবা হাওশিঙমগচিংবা অনীমনা
মুংবান ইপাচা
লূৱাং ইযেল্লুশিংও
য়োয়ময়ায় লাইরেন তাউরোইনাই
মুমিং মতাং তেনখরে।
হয়েং কৌবী চীংলেন নোংগশোয়রবদা
শীংজঙ লৈতোই চন
পামেল উরু তূপসে
লূৱাং ইথোয়বু তময়া
লোকমায় অহেনবা অসিদা
ইনলু থাংপোক লৈনা
শানা কৌবা য়ায়রেকলসে
চীংমুং নোংগা ফাইখিসে
হায়না লূৱাং মখোয়গী
থাংপোক ঈয়া শঙদা
থিংলৌনীংনাতেনা হনৱাইতুনা য়ায়রেকখিঙে
কৌবা চীংমুং নোংফাইরিঙৈদা
অবিঙ ইমুং শোয়য়ায়মদা
পলেম মমা শাংমাবী
উপী উরেন পোকপী

মালেম তমপাক লৈরেনহনবী
চীংশাং নাপোম লৈমা
মালেম কাপতু হুইরেন
য়াইমরু খোইরালেমফু মপানগী
হুইরেন মপান য়াইমরুবু ওইনা
মালেম মপুং ফারকপী
চীংমুং নোংথাঙ কুপ্পদা
চেংলৌ শকথোং ওইরকপী
ঈরোক লাইচম লৈমা
শাম্বা থাঙথোং পোকপী
কৈজা কৈঙৌ পোকপী
মপন পলেম মমানা
পামেল রাংমু নমথোইবা
তলা অরেম্ববু থীকলেন
থাদা কোম্না পাওমেল্লকএ।
পারি তলা চাউথোইবা
পামেল রাংথোইবা নঙবু
পলেম নমা ঐনা
নহাম্নোং তলা নাউরানখুঙে
পামেল হৈরাঙ চারি
নাতম হৌরকউদা শাম্বা
ওইয়ো থাঙথোং ওইও
তনমু তলহাউ ওইগমু।
শয়ি কুহি ওইয়ু
উপন লেংতা ওইয়ু
কৈজা কৈঙৌ ওইয়ু

মিশি থাওয়ান ওইয়ু
হায়না পাওমেনববু ইবুংঙো
পলেম থৌতিক থোনবু
মাই ৱাচানদবগী মরমনা
তনমু তলহাউ ওই
তলা ৱাংমু নমজাউথোইবা
খরোয় লুৱাংবনা কাওমদা
য়োংনাউ শাথিবনা তনওমদবা
তলা উনিংথৌ নাচুম্ববু
নৈনা শানলোল্লক্লবা নিগিনা
অসি নোংলেন নোংজাদা
মুংবান ৱাংমিংথু খুৎহৈবা
লুৱাং ৱাংমনাউ শিনহৈবা
মুংবান উ থিবা
লুৱাং উ য়েংবনা
চেংলৌ মীৎথিৎলা মীৎয়েংতেনপাল্লহুনা
কোয়ৌ নোংলুপান অঙৌবনা
লুপা কোনগা চন
মালেম নৈস্না অঙাওবনা
সনা য়াইগা চন
চংবী লাগা থা
চেঙেঙৌ ফা হাপ্না
য়েরুম কাং খিন্না
হৈরাং অশং য়েন
তাউজীং অমুন খল্লহুনা
পারি ইবুংঙো নওগী

তলা নমন হল্লমলে।
পামেল উরাই হক্লবগী
তলা ননিংনববু নীংঙ্কদরে
হয়েং কৌবা ঈমুংশোয়রক
চীংলেন নোংগা ঙাল্লকলবদি
শীংজঙ লৈত্তোই চন
পামেল উরু তুপ
তোংজেং নাউমৈ ককনা
লাইরেনশাংবা ম্নাতাগে হায়রঙৈনে
পলেম ইমানা কৌবা
ঈরোক লাইচম খুদিংদা
কোয়না মীৎয়েং শানথৈববু
তলা নঙ্গুম্ববু শাৎতরিয়ে
ইমাদি তলা নমাম্নবা
কনা য়েংনা পালহৌরসিবনো।
পারি ইবুংঙো নঙবু
ইমানা অরাং খাবা
ভক্লেন হীবু চঙহন্দা
মাল, নোংশীৎ য়ৈহন্দা
থাম্বী মৈশা লাংহন্দনা
তলা চাউথোইবা নঙবু
নাউয়োকপদি শীংঙেল অরেম্বা।
লৈরাং অতিংঙাবু ওইরেদো।
ইবুংঙো নঙবু ইমানা
তলা নত্তৌ করম্না
য়েংশিবনো হাম্না পলেম

উপী উরেন পোকপী
মালেম তমপাক লৈরেনহনবী
পলেম মমাদো মীৎস্না
থম্বান মানবা অনীমক্তা
তরঙ্গ লাইজা মরাঙহৌ
পিরেম থকমা তা
মীৎকোই লাইজা ঈফমতাউ
চীংজুম লাইজা ইফুৎথোক্কুম
কৌবা ঈ হৈথবগুম
কোরৌ নোংখোংবগুম মিকপথিয়ে।
মপন পম্হৌ নিংথৌ
কোরৌ নোং ওইবা
মালেম তমপাক লয়ওইবা
ঈরোক নিংথৌ নীংথিবা
চীংশাং নিংথৌ অরেম্বা
তলা চাউথোইবা পামেল
অরেম্বা পোকপা মপানা
পারি তলা অঙনবা
পামেল অরেম্বা নঙবু
নপন পলেম থৌতিক খোনবু
মাই রা চানদবগী
তলা ননিংনববু নঙনা
পামেন রাংম্নুনম্বা শানওল্লবগী
মুংবান রাংমিৎখু খুৎহৈবা
লূরাং রাংমনাউ শিনহৈবা
অনীমনা হাওসি ঙমগচিংনা

মুংবান পাচা হুপনা
পামেলউকতুপকেহায়রে।
ইপম্না পারি নমাম্নববু
কনা য়েংনা পালহৌরসিবনো
হায়না কোয়ৌ নোংলাউখোনগুম
মালেম লয়রাই খোনগুম্না
মীংকোই লাইজা ঈতমতাউনা
কৌবা ঈরোক লাইচম
নিম্না মপম্না মিকপলবগা
তলা চিংনা য়েংনা
মপম্না লনকু হৌরকলে।
পারি নঙবু হয়েং
মুংবান ময়ুম নাক
লুরাং মশাইকোনবু য়ৌরবদা
নকোক খোইয়ুম লাইকোক্তা
নমৈ খোইমোম লাইমৈতা
নখা শেনগা তোপ,
নমুং খেবান লুপনা
মুংবান তীঞ্জা হৈর্নহি
লুরাং লাইজা তান্নহি
লোইদাম হিয়াঙ্গৈ কুমশা
হিবু ওইরুও হায়না
লনকুরমলবগা মপন অনীমনা
ইমুং কৌবা চীংলেননোংগা
ঙাল্লকলবগী থিংলৌনীংনাতেনা হলরাইখিরবদা
লাইরেন ইমুং ঙাল্লবদা

খাংপোক ঈয়া শঙদগী
মুংবান মপাচা পূম্নহুপ
লূৱাং শল্লাই তিম্না
পামেল উখোঙপায়না লেপ
তলা উরু তূপ
পামেল উমৈ কক
মরাং উকূ হন
উনৌ খোংজা শম
হিরি খোংজি নারেং
লোনগে তৌগুম লকলবদা
লুৱাং মাইবনা মালেম
থিংলৌ কাওনা লমওক্লৱবগা
পামেল লুগা নাউগা
অনীমদা সনা য়াইগহুন
লুপা কোনগা থানা
হিরি খোংজি নারেংলোন
ঔৱি লীয়াই নোপ্না
হোই শোম্বৱকপবু তলা
চাউথোইবনিাগিনা পামেল চিংঙমদৱবগী
লুৱাং ৱাংমিৎখু খুৎহৈবনা
পামেল লুদা তোং
তলা হোইথেম চৈ
পামেল উরাউ চৈবু
শমু খুৎতা শূনা
পামেল নঙবু ননিংফরোই
তলা নপামনববু পামফরোইএ।

নপন পলেম নম্মা
ঈরোক লাইচম নৈমা
মালেম কাপতূ ছইরেন
ম্নাই মক্কবু ওইরিবীগা
নপন পম্থৌ নিংথৌ
কোরৌ নোং ওইবা
মালেম তমপাক লয়ওইবা
ঈরোক নিংথৌ নীংথিবা
নপম্না মিকপ্পবু তারগনো
ইম্মু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
পামেল নঙবু মরাং
উকূ হম্না মোংবা
মুমলেন শাইগং থাদা
কোরৌ নোংম্না হিবু
ম্নানগে হায়দে পামেল
উপাক তংখায় ওইনা
তুরেন মোংবা ঈবু
কৈনা থিংনা নমূপোংবু
চৎনগে হায়দে হায়না
পামেল মতিক থা
তলা মঙন হায়রবদা
পামেল মিংথা লাউনা
কোবা ঈরোক লাইচমলান
চীংশা নাপোম শম্না
মুংবান ময়ূমনাক্তা রাইথুংলরবদা

ইয়ু মুংবান হোঙনেম
লূরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
হাওশি ঙমগা চিংনা
হাঙমৈ ফানফক লৌ,
ফেন্দিন নাকলৌ থিন
হিংঙোন লাকলৌ শিন,
জমেন চিদাই খোম
মমুং খেবান লূপনা
ৱাকয়ৈ হিশা লোইরবদা
নয়ু মুংবান হোঙনেম
লূরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
ৱাকয়ৈ লুবু পায়
তোংচেং নাউবু নাম্না
পায়মা মুংদা নৌংখনখিয়ে
ৱাকয়ৈ ইখুনেৎ তোংচেং
ইমুংচঙ অসিবু ৱাকয়ৈ
কনাবু হাম্না হিদোং
হানহনসিবনো হায়না নৌংখল্লবগী
লহান নোংগীবু লৈযে
ইশাবি লূরাং পুদাংকোইখুৎকোইবনা
লোইরেন খুনবী লোক্তা
মরান থৌ চৎপদা
নোংথি ঈলুম হোববু
খোয়মা মায় ওক্লরবগী
কোরৌ অচু য়াঙমদা
ৱাঙবন অশা খাঙঙমদরবগী

ঐদি কোয়ৌনোংনায়েংবা শা
মালেম লৈনানীংবা শাবু
ওইরগে হায়না শন্থু
মান্দে লৈনা ফোয়না
য়াওরৌ মতু ওইখিশা
লোংখুম নামৈ য়েপ্পনা
শারেন মনা ওইখিশা
পাখং শংগাই য়াইনম
মখুৎশূনা চীরেন তোম্পোকপয়ু
ওইখি শাবু লৈএ।
য়াওরৌ শানিগীস্মুং ইশাবিনে,
ইশাবিনা মুমিৎ হান্নখঙেঙ
থবি হান্না উইএ।
ইশাবিবু রাকয়েলুদা তোংহল্লো
ইশাবিবু লাইজা ঈফাইচনগনে
খুদোপ ঙাইজা য়েল্লীও
লৈকুয়ুশিনবিও লৈরাইখমথাংবিও তুরেললাতাউবিও
হায়না পাওমেন রাগী
লুরাং মমাইবনা লৈকুয়ুশিনবি
লৈরাইখাম্বী তুরেল লাতাউবিরবদা
নয়ু মুংবান হোঙনেম
লুরাং নিংথৌ পুন্সিবনা
মুংবান ইপা চা
লুরাং ইয়েল্লু শিংও
লাইজা ঈনা রাংবরা
হায়ববু কম্বোংনানা রাংথোইএ

কবোংনানা ব্বাংবরা হায়বব্

ব্বাকয়ৈ লুনা ব্বাংথোইএ

হায়না পাউমেল্লবগা নয়্

ম্নুংবান হোঙনেম লুব্বাং

নিংথৌ পুন্সিবনা লমলেন

মদাইমা চেংলৈ লুব্বাংয়ি

তাকনা লৈরোং ঈ

থাউখুবা খুদম ঈ

ম্যাওহনবা খাইদম ঈদা

কোরৌ মচি শোয়শনব্বি

ব্বাংবন মনাউ ঙাইরোংয়ি

মমোম লাইপাউ তাউবী

লাইত্রি লাইশন থানবী

থাকলেন খোম্মুক হাংবীনা

মপারী লমবোং ঙাথিবা

ঈনফু তোনগা লং

ঈল্লেন থাকুপ হৌবা

লেমলৈ ঙাহা তানবব্

লাক্তরে হায়না মীৎকোয়

লাইজা ঈফম তাউনা

ম্নুংশি খোং লমলেন

চেংলৈ লুব্বাং ঈদা

নয়্ ম্নুংবান হোঙনেম

লুব্বাং নিংথৌ পুন্সিবনা

মণিহৈবা পোংফম নৌ

ঈব্বাং শংশং থাইফবা

ফনাম্বদি নৌচিন ভুমহৈবা
নৌদি পোংকম নৌ
কেগে মোইরাং শোংকিনৌবু
নৌরেন থাঙতপ লাকনা
তনমু নাকন ফু
ইমু মমদা হুন্না,
হিয়াং কংদং যৈনা
পুম্নুং লোইদাম কুমশাববু
চীংঙু খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মা
চীংঙু নতৈ ননাউম্নুঙ
লোইদাম নকুমশাবু ফংলকলবগী
ঙ্গাকয়ৈ অনী থাজকনা
তোংজেং অনী খবাংননা
ঙ্গাকয়ৈ হিদাম্নগে হায়রকলেদা
চীংঙু ও দা
হে খোইযম লাইয়ংথৌ ও।
চীংঙু খোইয়ম লাইয়ংথৌ
য়োয়বু খোইমোম লাইরেম্মগী
মদাইরেম শিংও নখোয়বু
তনবা অকনবা নরাঙহৌ
ম্নুজা অশোনবী মথিনাইনা
চীংঙু মতৈ মনাউগী
ঙ্গাকয়ৈ মখুনেৎ তোংজেং
মম্নুংচঙ অসিবু লাইরেন
ঙাংঙোই যোইমোংবা তুশাকোন

ইমোইস্থু অহোংবী তুতেংকোন
তুরেল লাইজা ঈপাকথক্তা
হয়মশা চিংথোকসে
হি হি হি।
হা হিও হিও
হি নঙবু হোন্দেদা
খোয়ম লাইয়িংথৌবু হোনবনে
হিও শমজেৎ করেংঙা
হা হিও হিও
হি নঙবু হোন্দেদা
য়োয়বু লাইবেম্মবু হোনবনি
হিও শমজেৎ করেংঙা।

সম্পাদক: এন, খেলচন্দ্র সিংহ,
( "থাইনগী শৈরেং" দগী
লৌথোকপা )

## কোন্থৌজম লাইরেম্বী নোঙ্গারোল

কোরৌ নুমিৎ-মাদি
লমলেন ন্নাংবা লমদা
য়াওরৌ শাদানববু
য়াংলৌ খুমন পুগে পুঙমদে।
য়াংদৌ শারম লীগে লীঙমদে।
খোয়মা নারোম্নুংদা চঙ্গে চঙঙমদে।
চীংঙু নোংথৌ সরারেননা
লনকুবিবা মহুইচা

য়াংলেলৈ তাউবা মীরোল খঙবা
তাইবং মীয়োল থোকপা
লম্বাই ঈগা পাউগা হম্নবা
কোয়ৌ থৌশী হূইবু
ৱাংপল পাউহন হূইবু
অৱাং মুঙকোন সেরনমৈদা
লিলা শোক্ক থীবা
চৈরৈ ফিহাই ভমদবা লিম্না
কোয়না কোয়না তাললে
অহুনোংগী হূইতাল-ও থোম্মৈএ।
য়াংলৈ তাউবা মহূইচাবু
লিলা য়াথোঙ পীনা
থবৈ কুমলে লেমলৈ তারে
য়াংলৈ থৱায় মাঙলে
হূইমাঙ-ও তৌনা কৌএ।
হাওরোক কোন্থৌ লেম্বা
পথ্‌প নোংলোন মনিম্নাইবদি
য়াঙয়ৌ শাপোৎ লোন্দা
থিংলৌ থরোন লোনপুদনা
য়াংলৈ তাউবা মহূইচা
কোয়ৌ থৌশী-হূই
ৱাংপল ঈকাহল
লফাই পাউকাহনবা
শোঙবু মনূংচঙ অহুবু
অমন শিথিনগে হায়বশী
মরান লোনয়িময়ায়দা হলৱাইরকলে।

পথুপ নোংলোনভানা ভাবনা
য়াংলৈ তাউবা ইহুইচা
শোঙবু ইমুংচঙ অসিবু
য়াঙশা হুইথোবা
কোরৌ খৌশীহুই
রাংপল ঈকাহল
লরাই পাউকাহনবা হুই
চীংঙ্ নোংথৌ সরারেম্না
লনকুপিবা হুইনে।
য়াংলৈ তাউবা মীরোন থোকপা নঙবু
তাউবা মীরোল খঙবা নঙবু পাম্মুইএ।
তাঙজা লিলা থী
লিলা অথোবনা ঙমপল্লে।
থাংঙা কময়পোং থানশেমলা
নঙখোয়না থানশেমলো হায়রবগী
পাখং য়োমলোই হৌ
মুরা য়োমদাং শাংনা শানশেমখিএ।
হাওরোক চমুরাশিংনা
চানা লাংপান ফোয়
লৈথিন মুরা নোংমোইলা
কেগে শীংচা নোং
মোইরাং শীংলেন পৈ
মনাতাবু য়েংবাদ
পেতুক লমশং মানবা ইয়ু
চানা শংফোয় লয়না কুপ
হাউনা মায়থানানা

পুইতিং মনা য়াননা
ফিরাল য়িনচম খল
চুইমু য়ুমতৈদা
তাইরেল নাহাইদনা
অমন শিথিনবিগে হায়বগী
খুন্নুং পাউতাকলে।
য়াইথোং শীংহুললে
অমন শিখোম্নলে
খোইচি মুংচাললে
পুরোই মৈকোয়রে
মথৌ য়াংগেললে
ৱাংলেন পুংহৌরে।
হাউসি মংথিললে ;
তরেৎ শেনফাং য়ৈহুনা
খাম্বী মৈৱাই লৌববু
মৈখু নোংলোন কাববু
অৱাং কোরৌ নোংনাংপান্দা
খোইয়ম লাইরৈবাক্তা য়াঙ্গোইথ্রবী
মমোম চিনফুরোল কোম্থৌশূনা
ৱাংবল লৈমা নাহুইম্নুনা
মপাম হাওরোক মীকপখোল
খুন্নুং পাউতাকখোনবু
নাকোং তেনবাল থোইরবগী
খোইমোম মীৎয়েং সানখৈরে
চেংলৌ শংনা মীৎথিৎলে।
খোইমোম লৈমা নাহুইম্নুদি

ৱাংবল নৈমা লাইরৈমাদি
মতৌ কমবু লৈতরে।
চীংঙু নোংথৌ সৱারেন
থবা নোংনিংথৌও।
লহাননোং খোইমোম কোলোয় নতিনমেন
কোঙকোই নৱারেপপু লৈবনে।
ইপল হাওরোক শিহললোই
ইতু কোন্থৌ নাহললোই
হায়ববু নত্তবরা।
কদোবা ইপল হাওরোক কেমলবা
ইতু কোন্থৌ মললপা অসিবু
ইপল ইতু কনা নারিগবনো
মালেম লয়দা তানা
মীৎয়েং শানখৈগে হায়না ৱাহন্নবু,
খোইমোম লাইয়িংথৌ
থংবা য়োইথংলেননা
হোইদা ইশানৌ চিনফরোল কোন্থৌশূ-ও
চীংঙু নসাপী ঐদি
মীৎয়েং তাংচুমবা নাকোংনা নচূম্বনে।
নপল কদোবা কেমগবনো
নতু পূমনা মনদে।
নপল কেমএ হায়ববু
খোইমোম ঐনা থৌদারিএ।
নতু মলও হায়বসুং
চীংঙু ইৱায়েনপু লৈতরিএ
নপল করিগী কেমগবনো

নহু পুমনা মনফৰোই।
হাওৰোক মনিননাই
কোম্মৌ তানা তাবনা
লমলেন ৱাংদৈৰেখাতা
য়াংলৈ তাউবা মহুইচা য়াংলা শৱাইথৌ
য়াংলৈ মীৰোন শংশং থোকপা হুইবু
তাঙচা লিলাথিনা ঙমপল্লে
অহুগীবু নপল সুমাই য়াংদেবা
যাংলৌ থাংথোংপানে হায়না পাউখুম্ববু
হোইদা খোইমোম চীংঙুৱা—ও
ইপল কেমদবা ইহু মন্দবনিগীদি
য়া লৈ তাউবা মহুইচাগীদমকপু
কদোবা ৱাংলেন পুংহৌবনো।
ইপল কনা কেমলিগবনো।
মীৎয়েং শানখৈজকুগে হায়না
অনৌবা তিমেনজখিএ।

সম্পাদকশিং : ও, ভোগেশ্বৰ সিংহ, পি, কোকঙাং সিংহ
("অৰিবা শৈৰেং" দগী লৌথোকপা)

## লংমাই পিতংঙানা য়ুমজাউ লৈমদা তিনবা

কংলা সনা য়োইকোন্নুং সঙ্গায়মুংদৈ লাইৰেম্মা
নোংবান মীক্লু পিতংঙা মীৎয়েং শানখৈৰকদা
মুংশি ইথক হৌবগী মাঙগী ৱাৰম নৌহৌনা

পাউকৌজেনে মশানৌ লাইরেল পায়মা মুংহীক্কা।
শানৌ লংমাই পিতংঙা মুংশি থোকাউ ঙমদবী
পলেম শিন্না নাউয়োকপী থরায় মিরেল অচেৎপী।
শানৌ নঙ্গী ননেমচা শারেন ঐগী য়েংলমদা
ফম্নরোনে ইমিরেল! লৈঙাকমিন্নসি নহাক্কা।
শানৌ নঙ্গী লমনবু লোইরে থনত্রা অসিনা?
নিংথৌ য়াবা তাবদা লংমাই চম্নু পিতংঙা
পায়মা মাগী মুংঙন্না পাউহোমজখি লীক্লুনা।
লাইরেল ইনেম্মচা-ও! শেলোয় ইয়িম নুয়িনবা!
তুবি করি থোয়জেম্মো মুংশি থোকাউ য়াঙলবা।
লহাল তুবি নমিরেল শেলোই লংমাই পল্লিৎনোং
ইচু চীংশাং খোকলোয়-হৌ ইপল তাউবা কাঙদেম্নোং
মোমম্নু শংলৌ ইথৌরাং লাইরেল থরায় হিংথিনোং
পোইরৈ করম থোকাউবা। য়েনলাং ইঙম অরোম্নোং
মোমম্নু লাইবক থিরবী য়ামচেং কাশা চাউজবী
লৈরাং থাপ্পা লৈকা-শেং হঙ্গেল শাশং কেম্নবী
শেলোই খুৎচা লংবচীং মণ্ডল তরং রাংবচীং
করম্নসু বলরাইবা ইচু শেলোই লংমাই চীং
ইচু লেংনা ফাংবশিং লংমাই পাখং অতেংবা
ইপল লেংনা তিনব-লক হলরাইসিগে করম্না?
ইচু নাক্কা ওন্দেরোই তাঙজা হুইয়াই সেনকোইয়ে।
ইপল কাদা হল্লরোই চেংলৌসিবু ইকাইয়ে।
মোমম্নু নঙ্গী নশানৌ নোংবাল লীক্লু ঐহাক্কা
নমু তাইবং ওইতুনা পানঙম্নরোই থনবনা
চীংও, নাক্কা থুংলগে রাংবল পাংনা য়েংলগে।
য়াবা অসুম শোনমোইনা য়াইবি মালং’ তিনগোইনা

মালেম লয়দা তাতুনা খমঙ্গুং মথোঙ হাংবরম
মিরেন হাম্বোইনখিরে ৱাংবল থোঙজিল হাংবরম।
অসাইহৈগী মালংবা তলা খাঙয়েৎ লৈরাংশিং
পামেল শোইনাউ খাক্তনা মশীংপুবা হৈরাঙশিং
মুজা মতৌ উবগা খাঙঙমদরে য়েংজবা,
হাইনা হুম্না য়েংলকপা খমকোন মালং খোঙয়াঙবা
নাপ্প চীক্পা তাক্লু বোই! মালং মথোঙ হাংবনা
কংলৈসিবু হুমদোক্কে পূংময়োলবু ঈনথুগে
থৌরাংলকপা মতৌরা! লীক্লু তেংবাং ওইনগে।
মতৌ অস্থুম তৌরিবৈ লিক্লাই ৱাঙ্গোল খমংচা,
লাইরেন-চাদি-মৈদিংঙু নাউথিংখোংদি নিংথৌনা
মশানৌগী মতৌ য়েং মুংশি ঈথক হৌজনা
হেকওাই মুংয়েং চেংজনা নূংওল খোয়বু হোত্তুনা
লপয়ান কাদৈ চেল্লক্লে, তকলৌ শিদং শোন্দুনা।
লীক্লু নাক্তা থুংলরে, নিংশা ফুয়না থিংকাম্না
মতেক ওইবা ৱাহায়না ইশানৌও নিঙথিবী!
পলেম শিননা নাউয়োকপী লংমাই চন্নু অহেনবী।
কারি মতো কৌবগে করি' অস্থুপ তম্বাংবা!
মুজা নঙ্গী নশকফম তুবি করম য়েংশিবা
হোঙনেম থরায় ওইরবা; শানৌ নঙবু তাবরা?
মোম্নু নঙনা অস্থুম্না মালেম লয়দা য়াহিপ্পা
শাংবা য়াহিপ তাবদি লাইরেন করম খাঙসিরা
মাঙগী থৌদোক খুদিংবু পাম্বমাম্নুংদা খললুবা
লমজাউ খোনগী খাম্বীগুম অহোই অহোই চাক্লকপা
মুজা করম য়েংলিবা! য়োউ য়েংউ পেপ্পনা।
মোমন্নু নস্থুং লাংগীবু তুবি ঐনা খাঙলিবা।

লংমাই লোকয়াই তাম্বলে। নঙগী লম্মন মশিংবু
অস্মুম্নবু শিংবরা? য়েংঙম্লিবরা ঐহাকপু।
নথংলেন্দি ঐহাকসে মিন্নাংদা থুবা কুরাক্ম
অস্পূপ তমথি লাক্লবা। শাগক্লবা চেক্লাঙম।
য়াব্রা অস্মুম পিন্নাংহৌ মশানৌবু চিংনা-য়েং
হীক-হীক্লবা মখোম্থাং মৈদিংঙ্চা নাউথিংখোং
উনবিম্লুংদা পুঙমদা, মুংশি থৌকাউ ঙমদবী।
পুন্সি খোঙহৌ ওইজবী। লোইরে ঙসি লৌথিবী।
মোমম্নু নঙনা কিরম্বা পুম্নুং কিশি শাংদিংসে
থোক্লগেকো ইমিরেন। চেংলৌ থিৎনা য়েংলোসে।
মোইকাই শংনা য়েংজরো। মালংলক্কী ইমিরেন।
নিংথৌ ঐগী লোয়নবী শিংলো নঙ্গী লমনলেন।
খোইমোম থাদা তিঞ্জবী লংমাই পিশিন পিতংঙা।
নিংথৌ ঐগী লৈমরেল লৈরেন হনবী' মফমদা
তিনথ্রে ঙসি ইশানৌ। তুবি ঐগী ইরান্দা।
শেলোই চম্নু মঙময়েং থৌরম করম উৎসিবা।
পায়মম্লুংদা থনবগা লাউথোক্লকথি পোইরৈদা।
তুবি ঐগী পিশিনবী; তিঞ্জবীনি য়ুমজাউদা
লমলেন শেলোই লৌথৈয়োং চুম্বা লোকচাউয়ি
লমহৌরকথি পিতংঙা। চীঙ্গোয় লংমাই নারনয়ি।
হম্বেং পোইরৈ চাদোম্না ৱাংঙম শূদোন তানবনা
লোইদাম মকুম খুদিংদা পোইরৈ পূম্না হুপ্পুনা
তাম্থোং চেন্না কুমশাবা লেমখোং চেন্না কুমওইবা
লংমাই পিশিন চীঙ্গোয়য়ি লৈহুন তমসি লৈরাংনা।
লোইদাম মকুম ওইরকপা কুমজা লাকয়েন তাইরকপা,
খোংফৈ য়াংদৌ লমগাচেল অম্নাং ঈরেল ঈরুপ্পা,

লোইবী কোয়রেং মরুগা তিংথৌ তোক্লোং য়াওজনা
লংমাই য়িদা ঈরূপসি লৈমরেন মাগী মফমদা।
য়ারা অসুম খোঙ্খোক্লা চারোল শূরোল তৎনদা
শেলোই চম্ভু পুনেমনৈ পোতৈরে নিংথৌ য়াথংনা।

সম্পাদকশিং ঃ ও ভোগেশ্বর সিংহ, পি, কোকঙাং সিংহ
("অরিবা শৈরেং" দগী লৌথোকপা)

## লঙ্কা কাঙ্গী মতাং অমা
### (বিভীষণনা নিংথৌ ওইবা)

রাবণ মসানৌ বিভীষণ লৌসিংবনা
থামবী মৈগা কোয়না
অমন পিগা খোমনা
কোয়ৌ নোংগাহনখিরবগা
লংকা লয়মায়োনগী
রাজা নিংথৌ ওইও হায়না
বিভীষণ শান্ত পূক্নিং তপ্পবু
রাবণ সনা মফমলেন কানা
রাজ অভিষেক সনা ফম্বাল্লাংদা
কাহল্লবগা চীংঙু রঘু নামুংবনা হাহমখিয়ে
থ্বা য়োংয়াম্নক্কগী লাংলেন
কোংয়াং রাচিন চাউগুম্বা
হনুমন্ত অকনব-ও
শানো সীতা লাইরৈমা
চীংঙু ঐগীদমকপু ওইনা

লৈরাং মচু থাউনা নোংথোইরিবীবু
শমু থাংচপ্পনা পাউকৌরু-ও
হায়রবগী পাউকৌরুববু
রাক্ষস হিংচাবীবু শোংকিরাগী
পাউয়া ঙমদরবগীবু
রাজা বিভীষণ কৌবা
সনা লঙ্কা লৈমাবনা
নিংথৌ পোৎলোই অপানববু য়াওনা
য়োইবু সীতা লাইরৈমবু পাউকৌরুরবগা
শ্রীরাম নামুংবনা
শানৌ সীতা লাইরৈমা অসিবু
লঙ্কা মপুংয়াই অসিদা
লোইদাম থাবুম য়াম্না নোংথোইরবীনে।
চকমোম খাম্বী মৈদা হিপ্না
সীতা রাচুম্নখিসে অসুম রাহম্লবগা
য়োইবু সীতা লাইরৈমদি
মশাবী চীংঙু রাম নামুংবগী
সনা য়াথং ইননা
খাম্বী মৈদা য়েৎ-ওই কোয়না
রাহমজখিয়ে। হে চকমোম
খাম্বী অরাব-ও!
স্বামী কোরৌ ইনোংথৌ
শ্রীরাম নামুংববু হেম্না সীতা
পূক্লিং চোইনা চৎলক্তবী
ঐবু উৎফুল নোংলৈ ওইনা
সাক্ষী রাচুম্বি-ও হায়না

চকমোম খাম্বী মৈরেনজুংদা
চঙশিনখিরববু অগ্নি খাম্বী
মৈরৈমনা চীংঙু, সীতা
লাইরৈমবু ফৈরাতান্দা থোংনা
য়োইচানবিখিয়ে হায়দবরা ?
খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবা
কৌসল্যা সনা লিনকোইগী
রামচন্দ্র অহেনবদি সীতা
চেংলৌ মশক উদরবগী
মালেম লয়দা ওনবা মিকপলিগৈ
য়োইবু সীতা লাইরৈমদি
তাঙজা লুবেম্বক্কী
চমনা লৈহাউ মানবীবু
শিংলেন মচু থাউদা
পুস্প্র খারোন লিকস্লুং
লৈরাং লৈরিক খুইদা
চকমোম খাম্বী মৈরৈমনা
সীতা ফৈরা তান্দা থোংনা
রাম মায়য়োক্লনা কৎলম্লবদা
য়োইবু সীতা লাইরৈমগী
সীতা লক্ষ্মী মরমচৎ
সতী লমচৎ অরেপপীবু
সাক্ষাৎ তাঙনা খঙলবগী
বিষ্ণু সীতাপতি রামচন্দ্র
অহেনবগা লাইজা ইনোৎ থোইগুম
য়োইচাম্লরে হায়দবরা ?

সনা লঙ্কা লৈরম্বাবা
রাজা বিভীষণ লৌশিংবা
শংলৌ মথৌরাংগী
রাম সীতা অনিমাস্তুং
সনা তুলাইতোং
লক্ষ্মণ বিভীষণ সুগ্রীব
অহুম্মাস্তুং তুলাই খোঙওইননা
মদাইরেম সেনাপতি অয়াম্বসুং
তুলাই লেংদম তোং
রাংলেন মরাঙ-হৌ
তবেৎ মনিল-নাই
মদাইরেম রাক্ষস হিংচাবনা
চীংঙ্, রাম নামুংবগী
শমু মাঙদা চৎনা
যোংমু লাম্মী অয়াম্বশিংনা
চীংঙ্ হৈনা মতুংইন
মুংঙাই মখৈ লৈতনা
লঙ্কা কোম্নুংলেন্দগী
সনা অযোধ্যা তানা
হুয়েল লানঙম্লক্লবদা
দেব নারায়ণ নিরঞ্জন নামুংবা
রাবণ য়েক্লববু প্রাণ থরাই মাঙনা
লঙ্কা লৈবাক থুংঙম্বা
সনা ময়াথংগী
লক্ষ্মণ লঙ্কা লানচাই থৌবনা
ধম্ম লীরুং খোংজিতোন্দা

সমত্রু পনজাউ খিংববু
লাইজা খিরম অহুম ওইনা
থিনখাইরম্লবগা য়াংলৌ
লম্মথাংমা ওইনা
নিংথৌরেনগী মরৈবাক য়ৌরবগা
খোইয়ম সীতাপতি লাইয়িংথৌনা
কোলোয় য়েংনা বাহল্লকয়ে।
নোংশিং নিংথৌ মপারি
হনুমন্ত অকনবা নওদি
শানৌ ভরত লৈবাক ভাকওম্বদা
লঙ্কা লানশোক খুনওম-বাবু
হান্না পাউদম্লু ও হায়না
খৌশী-খোনগী সনা অযোধ্যা
কোম্লুং লেন্দা চওনা
ভরত মাওদা লেপ্পা
রাম জয় য়াইফ-বাবু
বিনয় য়াথং অমেওবনা
পাউতাক্লবগা ভরত লৌশিংবা
খাবা উনলেন থাওম
পামেল উরৈ কংওম
মুংশি মখৈ লৈতনা
অযোধ্যা লৈবাক ভাকওম্বদি
হনুমন্ত তাওজা মরৈতোন্দা
শ্রীরাম মিংলেন পল্লিভৈদা
ভক্তি পূক্লিং ময়োন চোংনা
উনবী খোইনা হরাউরবগী

অযোধ্যা দ্বার থোঙজিন খুদিংদা
পুন্ন ঘট-খিন
তাউজিং নানৌ-থেং
প্রদীপ থাউমৈ-থান
মশাবী রাম নামুংববু
নম্র শম্মু থাংচন্না
মালেম লয়দা পক্কা
পুরুমজরে হায়দবরা।
চীংঙু রাম নামুংবদি
সনা মাগী সিংহাসন অরাংবদা
মশানৌ সীতা লাইরৈমগা
মুমৎ লিশিং থোকুম
অযোধ্যা লৈবাক ঙান্না
ফজন্নবদা রাজা সুগ্রীব
নিংথৌ পাঙ্গনবনচিংবা
রাজা বিভীষণ অনিমানচিংনা
বানর সেনা লান্মী অথৌবশুং
খোইয়ম সনা য়াথংলেন
রস অথুম্বনা রাহল্লবগা
স্থান মথোয়গী ফম্মারেন্দা
হলরাইখিয়ে হায়দবরা।
লাইরেন মৈদিংঙু
পোইরৈ মৈতৈ নিংথৌ
লাইরেন ভক্তি পুক্কিং মনগী
গুরু বৈষ্ণব থোইথোইবা
সনা খুয়ারেন্না

তুবি লুব্রাই কোয়ম্বেঙ্কা
খাম্নরিবা দয়া রস অথুম্ববু
লাইজা ঈনোৎ কাণ্ডম্ববু
ধারা লংসুং তৎতনা থোজা-হৈবা
খোইয়ম শ্রীরাম নামুংবগী
কোলোয় মিংথৈরেন
রাম তারক মন্ত্র মপুং ফাববু
উনবী পূক্কিং পীনা
ভক্তি কোরৌ লন শাজবা
লাইরেন মৈদিংগু শ্রীনরেন্দ্র
তাইবং সরারেনগা
য়োইবু তমপা মশানৌ
কেগে মোইরাংনিংথৌ চন্নু
থংদা ইব্রাংলোন শ্রীকমলাবতী
সতী পূক্কিং লেপ্পিগা
মদাইরেম প্রজা লৈবাক
কোইবা অযাম্ববু
রামচন্দ্র ধর্ম্ম অথোইবদা
উনবী পূক্কিং লেপ্পবা
রামায়ণ সপ্ত কাণ্ড কৌবা
মশা তরেৎমাবু
পোইরৈ মৈতৈলোন্দা ওন্থোকশৈনে।
লঙ্কা রারী মুংঙাইববু
সমাপ্ত লাইরিক মতোল লোমখিয়ে।
চীংগু শ্রীরাম মথোজানবু
লাইরেন মৈদিংগু নঙভোন্দা

পুংবুলেম থেনমাই লাংনা
কোনশিল্লমগে অম ৱাকম
ওইবদি পুক্সি ইৱাক্সৈ
অৱাং শরু লুত্তোংলৈ
হোঙনেম লৈপুনশি
চাৱোন মঙা লোনশিনলৈ
সূৱোন তরুক তানফংলৈ
ইমায় নোংনেম লায়না-পাং
থোঙলেন ইমান কৌবা
লায়না পাংবরমদা ওন্না
কোনশিল্লমগে হয়িচা হয়াহে।

সম্পাদক : ৱাঃ কুঃ সনাহল সিংহ
( "লঙ্কা কাণ্ড" দগী লৌথোকপা )

## অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল বাল্মীক মুনিগী বন্দা লবনা ফাবগী মতাঙ

কোৱৌ হুমিৎ অমদি
বাল্মীক মুনি মৱানয়াম্ববু
নাতৈননা শগোল চাক্তাখিববু
য়োম্ববু সীতা মপাৱি
মুনি মৱানয়াম্বদা নাউনৌবা
লব নাউৱা অপিশা
গৱ মতিক লৈবনা
খুল্লুং চংবী লাকোনলক্তা

চংবী লামাক থেংনা
লাংগোই মঙম শাজু
হুম্না কোজোই খুরুবগা
লাংগোই শামাঙ-তোং
মালং হুংশি চৈরোম্বনা
খুরুপ মানবন হৌ
ছমাং লোকখিচেম্না শামজম্বু
শত্রুঘন অথোকনা চেংলোমীংখিৎলবগী
কঙ্গাউ মথে লৈতনা
হুম্বেন লান শোক্লবু
লব নাউম্না অপিশানা
শত্রুঘন মায়য়োক য়ানা
য়াম্বা তেনম্বায় লোকপবু
তেনক্কাপ থোওইদনা শোক্লবু
শত্রুঘন শমু মহকসাংদা
তেনপান তুখোঙলোইনা পাল্লবগী
অঙাং নাউম্না মায়য়োকয়াঙমদনা
অম্বা মথে লৈতরবগী
উনবী পূক্লিং চঙনা
য়াম্বা তেঙ্গা লহান
মথরা য়ারুপ হিংচাববু
নোংময়বা তেনবী অথোববু
লীরি তেঙ্গা থোং
সন্ধান পান্দম য়েংনা
য়াম্বা তেন কাপলকপবু
লব মহকসাং নিংখিবদা

ফেনগান ফুখোঙ লোইহুরবগী 35
মালেম ফাঁয়দা ওয়া
ফুরিংঙেদা শক্রুঘন অথৌবন
অচেন খংলে য়াঙনা
শম্ন খুৎনা লাকন,
ফাৱবগা শম্ন ফুংপুগা 40
পরে লানগা শানা
শমলাংঙরৈননা শখোং পানখলাকনা
ফুলাই রথ মথক্তা
হাপনা পুখিয়ে হায়দবরা ?

সম্পাদক : এন, খেলচন্দ্র সিংহ
( "উত্তরা কাণ্ড" দগী লৌথোকপা )

# শ্রীরামবু নাগপাশনা পুন্নবদা সুগ্রীবনা তেংথাবা

রাজা সুগ্রীব নিংথৌনা
হে ইবুংঙ ! রামচন্দ্র থোইথোইবা-ও
থোইমোম সনা নম্বাথংবু
তখম লুদা থোংনা
নদাইরেম দিক মায়কৈ পুম্নমক্কী 5
খুা য়োংয়াম থোয়া
লঙ্কা লানশোক্কবা অমিদা
লানফম ঠৈনাই নংনা
লিল্লা থৌরি কোকচুমদবা

অমিরু করি য়ানো।
বানর য়োংনিংথৌ ঐশুক
খোয়ম লাইবক থীরে;
কিষ্কিন্ধ্যা রাজ্য ইরৈপাকপু
নিংথৌ চাকচা পুন্নমকপু
শমু নমদা হুন্না
খুল্লক ভরা চাকনিরগে
হায়না পিরেম থকমাতানা
মালেম লৈদা ওন;
মখুং লরাইনম্না মিকপলে।

সম্পাদক ঃ এন, খেলচন্দ্র সিংহ
( "উত্তরা কাণ্ড" দগী লৌথোকপা )

## ল্যারোল

চীংখোঙ পোইরৈতোম্না থুনথোক্লা
পোইনাউতোম্না থুম্লিং লা
তকুপ ভশেন লা
পোইরৈ তেরা লা
রাংজম পোংথৌ লা
খোইনাইজম খোইনাইওম্বা চম্বু
হাইন্নু তেরা লৌথিবী
শাইগং পোজিবী য়েন্নখাপাউতাবীনা
খোয়নৌ ইতা-ও

খোইনাইওম্বা চন্নু-ও
খোংনাং ময়াং চীং
ময়াং কপনীং চীং,
লিন্দু য়াঙতেক চীং,
কৈরাউ খাদা পানবা
চামলৌ লাবু লৈএ।
পুন্নুং ঈশম ফোয়না
চামলৌ লাচেন্নকশি হায়রবদা
হাইম্নু তেরা লৌখিবী
শাইগং পোলিবী য়েন্নখাপাউতাবীনা
খোইনৌ ইতা ও
খোইনাইওম্বা চন্নু ও
খোংনাং ময়াং চীং,
ময়াং কপনীং চীং,
লিন্দু য়াংতেক চীং,
কৈরাউ খাদা পানবা
চামলৌ লাবু কদৌনসিগে?
কেগে লিগী চুখবা
নোইয়াং নিগী লায়রবনা
অয়ুক য়াকি হৌনা
চামলৌ লা হেকপা
ঙমদরে হায়বগীদমক
কেগে মোইরাং খোয়ী
কৈখেনলেন্দা পানবা লা
ঙৌবী লা ঙৌকা লা
লা মুন লা

লা মাই লা
পুম্বং চংবী লাকৈখোকপা
চামলৌ লাবু লৈরে।

সম্পাদক : এন, খেলচন্দ্র সিংহ
("থাইনগী শৈরেং" দগী লৌখোকপা)

## মৈ

চকমোম থাম্বী মৈক্রেং'রাবা
মৈশূং মৈবা মৈ,
তেকতেক থৌদ্রু মৈ
কম্বী নাউরৈ শুনা
খোইজু তোলোং মৈ
লৈখাম মাইবা মৈ
শরাং মুফৌ মৈ
পোইরৈ খুঙ্গিং মৈ
থাঙস্থং মৈশেং মৈ
থৌত্থ নুংথং মৈ
পামেম অমাউরিংকোন খোম্নমৈ
তাইবং নমু পোংমোকমৈ
থাম্বী মৈবুন থাম্নমৈ
লমজাউ থাম্বী মায়নমৈ
থাঙভা লৈকাই পোইনমৈ
মৈরীক মৈজাউ মাইওইমৈ,
চৈংখোঙ পোইরৈতোম্না খুম্বোকভে
মতৌ লৈমা লৈনাউত্তাবীনা

তাইবং খুম্নিংগৈ
অম্বাংলৈমা লেমখোঙ মৈ
পুচেঙ কোকপা মৈ
লাংজেং থোম্বা মৈ
চকপম্লুবী ফুথি মৈ,
হেমচেংম্লুবী ফুথা মৈ
চেগায় কাকুপ মৈ
চন্দ্র তাংশোই মৈ
তোমু তোহো মৈ
শীংগন নোংফাই মৈ
লম্বু তুম্বু মৈ
তরেৎ লাইকম মৈ
হেম্বা পামচাক মৈ
শন্থু তেকচাক মৈ
থাঙ্গা উপীতোরান মৈ
লমলেন কাচকপু
থাম্বী মৈ পীনৌও
হায়না নদাইরেমনা
মৈশূৎ থক্কা থোং
শম্ভোঙ মৈরিয়াইদা চন্না
থাম্বী মৈ নিজবম্বু কুবিও
থাম্বী পায়মা পীবুকম্নুং
হয়াউ মথোই তোংবি-ও।

সম্পাদকঃ এন, খেলচন্দ্র সিংহ
( "থাইনমী শৈরেং" দগী লোথোকপা )

## লাইথেম ঈশৈ

লাইজা ইথৈ নিংথৌবা
কোন্দে নাকথং ম্যাইবনা—
লাইনিংথৌ দে।
লুপা কোলগা থাবকলে
সনা য়াইগা চল্লকলে
লাইনিংথৌ দে।
লাইজা ঈয়োল মুংদবু
লৈরাং খয়োম লাক্লক্লে
লাইনিংথৌ দে।
লৈরাই চাংদোন থকুদা
লফুৎ লৈগা থাহুনা
লাইনিংথৌ দে।
উতোং লৈগা মুংহুনা
তরা য়ামগা হৈহুনা
লাইনিংথৌ দে।
হৈকল লাকল থাহুনা
কপোক লৈগা চাইরক্লে
লাইনিংথৌ দে।
লাইফংথৌ মাপল তাইরে
লাইমুরা তরেং তাইরে
লাইনিংথৌ দে।
লৈকু মুথাং লকলেদা
লৈরাই মুরাং লকলেদা
লাইনিংথৌ দে।

অমাই লাইথোঙ কাঙবীনা
খাবী লৈরেন হুনবীনা
লাইনিংথৌ দে।
চরৈ ফিঙৌ শেন্তুনা
খুরক লৈগা য়েপ্তুনা
লাইনিংথৌ দে।
ঈহাইফু লৈয়োম পায়'না
শরীক লাইহুই খীংহুনা
লাইনিংথৌ দে।
লাইজা ঈরোন মুংদবু
লাইজা ঈমায় থক্কুদা
লাইনিংথৌ দে।
চামলৌ লাগা থাহুনা
লৈরাং লৈহুন তমহুনা
লাইনিংথৌ দে।
মায়কৈ মরী তাইরকলে
শুংদাই নিপাল তাইরকলে
লাইনিংথৌ দে।
লাইজা ঈমায় থক্কবু
শরীক চোমজাও খীংহুনা
লাইনিংথৌ দে।
ঈহাইফু লৈয়োম কৈ'না
লাইনিংথৌ লাইরেম্মা পাউথেমলে
লাইনিংথৌ দে।
লৈজুং থরুবা অশৈবা
পেনা থাদা পমহুনা

লাইনিংথৌ দে।
চৈজিং য়েংনা পান্নহুনা
লিরি লুক্ক থোংহুনা
য়াকৈরে দে।
নদাইরেম লাই থংবনা
চরৈ খাওই শাহুনা
লাইনিংথৌ দে।
লৈশেন তরেৎ খুনেংনা
নোংশেন তরেৎ খুদানা
ঙাইখমলে দে।
দোলাই লেংজাউ থেন্দুনা
চোঙলেন ইচম থান্দুনা
লাইনিংথৌ দে।
মুরা খমজেং শাবীনা
শেনপোং মাঙদা থাহুনা
ঙাইখমলে দে।
তরেৎ মনিন নাইরকলে
রাংলেন পুংদোক্ত থীল্লকলে
লাইনিংথৌ দে।
খাবী লৈরেন হনবীনা
লাইজা ঈরোন মুংদবু
লুপখরে দে।
লাইজা ঈরোন মুংদগী
খোইরম পাউ থেমলুববু
লাইনিংথৌ দে।
লাইনিংথৌ লাইরেম্মা অনীনা
লৈরাং লৈতোন তোংহুনা

ফাওরকলে দে।

থোরৈ মপু নিংথৌবা

লাইজা ঈরোন মুংদগী

কারসে দে।

দোলাই লেংজাউ থক্কু্দা

সনা কোন্দুম তাগুমনা

ফমফমসে দে।

সম্পাদক : এন, খেলচন্দ্র সিংহ

("লাইথেম ঈশৈ")

## মৈদিংঙু্ লোইয়ম্বনা

লৈহৌপুনা থারমপুনা

চরৈলোইবু ফিরালোইবু

ফিরাকলোইবু তোমশালোইবু

তাউবালোইবু হুইবানলোইবু

কাইরৈলোইবু মেনবানলোইবু

লোই হায়রুববু

তরা পীদবগী চানীঙমদবগী

রাংলৈ পীদবগী য়ু পীথকঙমদববু

*    *    *

মৈদিংঙু্না লোইয়ম্বনা

লাইরেন লাইনা

থিংকু নাইনা মথিনাইনা

তুবী ওংনা মৈবু ওংনা

লৈহৌয়াম্বদা মপুংয়ায়দা
খৌশাথবদি
লৈহৌচাইরে য়াগা চাইরে
লোইবী তাকলে মপুং তাকলে

*     *     *

হুয়েন মূংলে য়াইশীং মূংলে।
হুয়েনগীদি লাম্নগীদি
লৈহৌনিংথৌ হাওথংববু
হাওয়েনববু কাইনা হুম্লে।
মৈবীথক্তা তাঙোইথক্তা
হেম্বাথক্তা থেনবূংথক্তা
মদাইরেমদা
পোইরৈথোগা থুনফাংথোগা
তয়ুমথোগা নাইক্ষংথোগা
অথম্বগা মীপোকপগা
অথোবগা লাংচোনবগা
পামবগা কৈশকপগা
কৈরেনবগা তেংথাবগা
খুংগীশূনা কোয়োংশূনা
খুজেং লাকনা হংচি লাকনা
উক্ষুন হৌনা নোংলৈহৌনা
তিংথৌ তংনাময়া তংনা
কোম্নরম্মে।

সম্পাদক : এন, খেলচন্দ্র সিংহ
( মৈদিংঙু লোইয়ম্বগী হাক্তকী নিংথৌরোন শৈশক )

# য়াকৈবা

চীংঙু খোইমোম লাইনিংথৌ
ইন্নুং ঙালে য়াওল্লো,
হাওরৈ নোংপোক পাংবদা
সনা চীংদোম পোক্তগী
মশেক মঙান লোয়নননা
মঙাং গুরু চাকৱায়রে,
কোয়ৌ নোংদোন ঙাল্লকলো
সনা হংজৈ য়েৎনশং
লুপা হংজৈ ওয়নশং
ঙরাং লাইরেন নোংজাদা
সনা লুকথোং হাহুনা
ঈন্নুং মঙচঙ তমখিবা
মঙতম মতম ওইরকলে।
লাইরেন লাবা য়াওল্লে।
হুয়থো লাবা চীফেঙলে
সনা কাঙখলন্নুংদগী
থরাক নৈনা হাইদোকলে
সনা য়ুখল কাঙজরে।
ময়িম মোইরাং মায়গৈদা
য়াকৈবা পোম্বী 'চেক্তি
মোমন্নু তালোয় মরুম্বী
অতোম্বীনা ওইখি 'চেক
লোক্তাক উথুম খোম্নৌচা*

*খোম্নৌচা—খোম্নৌবীচা

ফুম্বী শোয়রেন য়াঙবীদা
চেকলানা ভূমভূম য়াকৈনৈ।
চেকলা খোঙ্জেন ভাবদা
মখিম কেগে মোইরাংনা
ঈনুং ঙাল্লে খঙনখি।
মখিম শেনবী ঔরাদা
য়াকৈবা চেকলা চাদি
শেনবীচা কবো শোংগ্রী
লৌঙাকপীনা ওইখি 'চেক
চেকলা চাদি তেম্বানা
ঈমুং শীঙখোঙ য়াকায়নৈ।
মৈতৈ পোইরৈ পুংসিদা
য়াকৈবা চেকলা চাদি
চয়োম্বনা তেতু খোংনৈ;
থিংবাই নিংথৌ পাউহনচেক
হেম্বা মুবা পাউহনচেক
ক্বাকনা লানবাউ চেনবদা
মখিম পোইরৈ মৈতৈনা
ঈমুং ঙাল্লে খঙনৈয়ে।
মরিংগী য়েনগোন মুংদা
কোকপ'চেক কাইরৈ চাদি
কাসা পাউতাক য়েনঙাঙবা
লোইমোম ফৌগৌ য়েনমুবা
মচেঙ কাইরৈ ময়েঙ্গা
তৌবোম মানবা ঈরোং য়েন
মুমিং সনা পুরুময়েন

কাইরৈ য়েন অঙৌবনা
হুম্মিং নওবু থোরকলো
থবী নওবু কারকলো
অঙান নওনা থোক্লগা
তরা চেঙখুন উদেদো
পুংজা থুদিং থোংবা 'চেক
ঈমুংবদা কেক্রেক কেক
ঈমুং ঙাম্লে থোংলকলে
চীংঙ্রু নওবু য়াহৌরো।

—সম্পাদক : এন, খেলচন্দ্র সিংহ

## অহৈবশিং

**ডাঃ লমাবম কমল সিংহ (ইং ১৮৯৯-১৯৩৫):** লাংথবান কুঞ্জ কোবা খুঙ্গংদা পোকই। এল, এম, পিনি। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী মণ্ডাল চাউরবা লমম্লানবা কবি অমনি। মণিপুরী লোনগী অহানবা উপন্যাস অমসুং ঝারীমচা (ব্রজেন্দ্রগী লুহোংবা) ইবনি। ইরম্বা অমসুং ফোঙলবা লাইরিক অছুম্নি— লৈ-পরেং, শৈরেং, ২৯; * মাধবী, উপন্যাস, ৩০; দেবযানী, নাটক (ফোঙবা, ৮৪)। মণিপুরী সাহিত্য পরিষদনা কবিরত্ন উপাধি (৪৮) ** কবিনা নোঙ্গাথ্রবা তুংদা পীখি।

**খ্বাইরাকপম চাউবা সিংহ (১৮৯৫-১৯৫০):** পোক-ফম উরীপোক, শোর্বোন থিঙেন, ইম্ফালদনি। শিনফম স্কুলগী ওঝা। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা অথোইবা কবি অমসুং সাহিত্যিকনি। মণিপুরীদা অহানবা ঐতিহাসিক উপন্যাস খুদোল তৌরমই। মতম অমদা ফোঙলম্বা চেফোঙশিং 'মিং-নাইদবী' অমসুং 'জ্যোতি' ঃ গী সম্পাদকশিং ওইখি। ফোঙলবা মরুওইবা লাইরিকশিং—ছাত্র মচা, ঝারেং-শৈরেংগী অপূনবা, ২৩; কান্নবা ঝা, ২৪; ফিদম, ২৫; ঝাথল, ২৬; ঝাথলগী ঈচেল, ৩০ (লাইরিক মরিসি ঝারেংগী ভাক্তনি); থাইনগী লৈরাং, শৈরেং ৩৩; লবঙ্গ-লতা, ঐতিহাসিক উপন্যাস, ৪০। পরিষদনা সাহিত্য রত্ন (৪৮) পীখি।

**হৱাইবম নবদ্বীপচন্দ্র (১৮৯৭-১৯৪৬):** উরীপোক, হাওবম দেৱান লৈকাইদা পোকই। স্কুলগী ওঝা ওইরকই। আধু-

---

* লাইরিক মমিংগী মমৈদা উৎলিবা মশীং অসি লাইরিক্ক অহানবা ফোঙখিবা ইং কুমজানি।

** উপাধি ফংখিবগী ইং কুমজানি।

নিক মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা কবি অমনি। ফোঙলবা লাইরিক অনীনি—মেঘনাদ ভুবা কাব্য ( মাইকেলগী বাংলা 'মেঘনাদ বধ কাব্য'গী অহুবাদ ) ; নবদ্বীপচন্দ্রগী খোমজিনবা শৈরেং, ৮০। কবিনা লৈখিদ্রবা তুংদা পরিষদনা কবিরত্ন ( ৪৮ ) পীখি।

**অরাম্বম দরেন্দ্রজিৎ সিংহ (১৯০৭-১৯৪৪) :** পোকফম শগোলবন্দ, মৈস্ত লৈরক, ইম্ফাল। তোম্বীসনা হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইরমই। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা কবিনি অমস্মুং নাট্যকারনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং—মোইরাং থোইবী, নাটক, ৩৫ ; কংস বধ, খণ্ড কাব্য, ৩৯ ; ভাগ্যচন্দ্র, নাটক, ৩৯। পরিষদনা কবিরত্ন ( ৪৮ ) কবিনা থ্‌ংপগ্রবদা তুংদা পীখি।

**হিজম অঙাংহল সিংহ ( ১৮৯২-১৯৪৩ ) :** শামুরৌ কৌবা খুঙ্গংদা পোকখি। ইম্ফালগী য়াইস্কুল হিরুহনবা লৈকাইদা লৈখি। চৈরাপ কোর্টতা দরখাস্ত ইবগী থবক তৌরকই। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা অথোইবা কবিনি। মণিপুরী লোনগী ওইনা খ্বাইদগী হান্না মহাকাব্য ( খম্ব-থোইবী শৈরেং ) খুদোল তৌরম্বা অইবনি। সাহিত্যগী মশা (genre) অয়াম্বদা খুৎ থারমই। ফোঙলবা লাইরিকশিং—শিঙেঙল ইন্দু, খণ্ড কাব্য, ৩৬ ; ইবেম্মা, নাটক, ৩৬; য়াইথিং কোন্নু, উপন্যাস ৩৮ ; জহেরা, উপন্যাস, ৪০ (ফোঙবা, ৬৪); খম্ব-থোইবী-শৈরেং, মহাকাব্য, ৩৯-৪০ (কোন্না ফোঙই) ; থম্বাল, রারেং, ৪৭ ; শৈরেং খরা, ৪৯, পোক্তবী, নাটক ( ফোঙবা, ৮৪ )। কবিনা লৈখিদ্রবা তুংদা পরিষদনা কবিরত্ন ( ৪৮ ) পীখি।

**অশাংবম মীনকেতন সিংহ ( ১৯০৬— ) :** বাংথৈ, অশাংবম লৈকাইদা পোকফম্মি ; উরীপোক, পঞ্চায় মনীংদা হৌজিকমক্তী লৈফম্মি। কলেজগী অমস্মুং মথংদা বিশ্ববিদ্যালয়গী মণিপুরী সাহিত্যগী ওঝা মকোক ওইনা থবক্তগী পোথাই। আধু-

নিক মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবা অহৈবশিংগী মধুংচনবা অথোইবা কবি, সাহিত্যিক অমসুং পণ্ডিতনি। ফোঙলবা লাইরিকশিংগী মধুংদা মরুওইবা খরদি—বসন্ত শৈরেং, ৪৭; মৈতৈ উপন্যাস, আলোচনা, ৫০; মৈতৈ লোঙল, ব্যাকরণ, ৫১; মাইকেলগী 'মেঘনাদ বধ কাব্য', ৭শুবা শরুক, রূপান্তর, ৬৩; রবীন্দ্রগী 'গীতাঞ্জলি', রূপান্তর, ৬৪; সেক্সপীয়ারগী 'ডি র‍্যাপ অব লিউক্রেসি', রূপান্তর, ৬৫; অশৈবগী নিতাইপোদ, খণ্ড কাব্য, ৭৬; অশৈবগী জয় ভাই. শৈরেং; অশৈবগী শৈরোই, শৈরেং, ৭৭; বিদায় অশীর্ব্বাদ, শৈরেং ৭৯; সনরিক পরেং, শৈরেং ৮১; পুনশিগী শক্তম (মশানা ইবা পুন্সি রারী, ১বা লারোল, ৮০, ২বা লারোল, ৮৩); শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেব, ৮৬। সাহিত্যরত্ন, ৭১; মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী ফেলোশিপ, ৭৪; সাহিত্য অকাদেমীগী মনা, ৭৭ ('অশৈবগী নিতাইপোদ'কীদমক); পদ্মশ্রী, ৮৫; সুবর্ণজয়ন্তী বিশেষ সম্মাণ (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদকী গোল্ডন যুবিলিদা পীবা, ৮৫); কামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেদল, ৮৫ ('পুনশিগী শক্তম,' ২বা লারোলগীদমক) অমসুং অতৈ মনা মথুম খরগম্ফ ফংই।

মঙকুম শীতলজিৎ (১৯১৩—): কাংঙবম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকফম্মি; হৌজিক্কা কৈশামথোং, তোপ লৈরক্তা লৈফম্মি। মতম অমগী চেফোঙশিং 'ললিত মঞ্জুরী পত্রিকা', 'তরুণ মণিপুর' অমসুং 'মণিপুর মতম'গী সম্পাদকশিং ওইখি। রামলাল পাল হায় স্কুলগী হেড মাষ্টর ওইনা থবক্তগী পোথাখি। আধুনিক মণিপুরী সাহিত্যগী খুৎমাবশিংগী পরীংদা চনবা কবি, রারীমচা ইবা অমসুং উপন্যাসকারনি। ফোঙলবা মরুওইবা লাইরিকশিংদি—লৈরোম্মুংদা, রারীমচা; লৈমুংশি, রারীমচা; কেতুকী, শৈরেং; মুংশি ঈথৌ, শৈরেং; বাল্মীকি, শৈরেং; খাদোকপা, উপন্যাস; ইমা, উপন্যাস; রোহিণী, উপন্যাস;

সুভাষচন্দ্র বসু, পুন্সি রারী ; শ্রীশ্রীনরোত্তম দাসকী প্রার্থনা : লালসা পরেং, অনুবাদ, ৫০। ভাগবদগীতাগী মণিপুরী অনুবাদ অমসুং ফ্রেণ্ডস ইংলিস টু মণিপুরী ডিক্সনারীসু অইবগী লাইরিক-শিংনি। ইং ১৯৮২ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীনা ফেলো-শিপ পীখি।

এলাংবম নীলকান্ত ( ১৯২৭— ) : পোকফম কৈশাম-থোং, এলাংবম লৈকাই, ইম্ফাল। গভর্ণমেন্ট কলেজ অমদা দর্শন শাস্ত্রগী ওঝা মকোক ওইরকই। ডিপার্টমেন্ত অব সোসিয়েল বেলফ্যার, আর্টস এণ্ড কলচরগী ডিরেক্টর ওইনা থবক্তগী পোত্থাই। অনীশুবা লাম্লাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মাঙজীন থাবা কবিনি। পণ্ডিতনি ; সাহিত্য অমসুং কলাগী সমালোচকনি। ফোঙলবা লাইরিকশিং—অচাইবা লৈ, রারেং, ৫৭ ; মণিপুরী কবিতাগী ছন্দ, ছন্দগী কাঙলোন নৈনবা, ৬৮ ; চংলসিনে কদাই-দনো ইবানি, শৈরেং, ৭১ ; অসপেক্টস অব ইণ্ডিয়ান কলচর, ইংলসতা ইবা রারেং, ৮২ ; তীর্থ যাত্রা, শৈরেং ৮৫ ; সুনীতি-কুমার চট্টোপাধ্যায়গী 'জয়দেব', ঈংলিশতগী অনুবাদ, ৮৬। 'তীর্থ যাত্রা' লাইরিক অসিগীদমক সাহিত্য অকাদেমী মনা (৮৭) ফংই।

লাইশ্রম সমরেন্দ্র সিংহ (১৯২৫—): পোকফম য়াইস্কুল, হিক্রুহনবা লৈকাই, ইম্ফাল। হায় স্কুল অমসুং হায়র সেকেণ্ডরী স্কুলশিংগী ওঝা অমসুং প্রিন্সিপাল ওইরকই। ডিপার্টমেন্ট অব সোসিয়েল বেলফ্যার, আর্টস এণ্ড কলচরগী জোইন্ট ডিরেক্টর ওইনা থবক্তগী পোত্থাই। অনীশুবা লাম্লাও মতুংদা ওইরকপা অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী লময়ানবা কবি অমনি। ফোঙলবা শৈরেং লাইরিক অহুম্নি—বা অমতা হায়গে তেলঙ্গা, ৬২ ; মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে, ৭৫ ; খুন অমগী রারী, ৮৫। অনীশুবা লাইরিক অসিমক্তদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা

অসিগীনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা অমসুং সাহিত্য অকাডেমী মনা (৮৯) ফংই।

নোংথোম্বম শ্রীবীরেন (১৯৪৬— ): উরীপোক, অচোম লৈকাইদা পোকখি। ধনমঞ্জরী কলেজ অব আর্টস এণ্ড কমর্স'তা মণিপুরীগী সেনিয়ার ডেমোন্সট্রেতর ওইরি। অনীসুবা লাঙ্গাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক নাইবা কবি অমনি। রারীমচা অমসুং লীলামচাশিংসু ই। ফোঙলবা লাই-রিকশিংদি—লৈচিল্লক্কী থাজ, রারীমচা, ৬৭; তোল্লবা শাফুগী রাথল, শৈরেং, ৮০; হল্লকপা, লীলামচা, ৭৩; মসিনা ইম্ফালগী রারীনি, শৈরেং ৭৮; মপান নাইদবসিদা ঐ, শৈরেং, ৮৯। অনীসুবা লাইরিক অসিগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (৭৩) অমসুং ইকোন কোনবা লাইরিক অসিগীনা সাহিত্য অকাডেমী মনা (৯ ) ফংই।

থাংজম ইবোপিশক (১৯৪৮— ): রাংথৈ, থাংজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। মনপ্রিয়া উইমেন্স কলেজ, ইম্ফালদা মণিপুরীগী ডেমোন্সট্রেতর ওইরি। অনীসুবা লাঙ্গাও মতুংগী অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী খোঙচত্তা য়াওবা কবি অমনি। ফোঙ-লবা লাইরিকশিং—অপাইবা থরায়, শৈরেং, ৬৯; শীংনবা (শৈরেং ১বা অমসুং ২বা শরুক, ইযোমচা অমসুং রনজিৎ দল্লিউগা পুল্লগা ফোঙবা), নোংগোক পাতাল পৃথিবী, শৈরেং, ৮৫। অহুমসুবা লাইরিক অসিগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (৮৬) অমসুং যামিনী সুন্দর গুহ গোল্ড মেডল (৮৯) ফংই।

য়ুমলেম্বম ইবোমচা ( ১৯৪৮— ): কৈশামপাৎ, লৈমজম লৈকাই, ইম্ফালদা পোকই। ডিষ্ট্রিক্ট সাইন্স সুপরভাইজর ওইনা চূড়াচান্দপুর জিলাদা থবক তৌরি। অনীসুবা লাঙ্গাও মতুংগী

অনৌবা মণিপুরী শৈরেংগী মশক নাইবা কবি অমনি। রারীমচা-শিংসু ই। 'রাখল' চেকোওগী সম্পাদক ওইরম্মী। ফোঙলবা লাইরিক অহুম্মি—শঙ্গেরগী থোরক্লো নঙুম পোঙ্গেন শাবীগে, শৈরেং, ৭৩; শীংনবা ( শৈরেং, ১বা অমস্নুং ২বা শরুক, ৭৫, ইবোপিশক অমস্নুং রনজিৎ দব্রিউগা পুল্লগা ফোঙমিম্নবা ); সুমিত্তি অসুম থেঙজিল্লক্লি, ৯০ ( রারীমচা)। অহানবগী লাইরিক অসিগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী সাহিত্যগী মনা (৭৪) ফংই। □



## শাক্তমগী ফোঙলবা লাইরিক থক্বা

---

মণিপুরী শুমাঙলীলা অমসুং থিয়েটর লুঃ ৬·০০

মণিপুরীগী মরমদা বারেং লুঃ ৮·০০

ক্লাসিকেল মণিপুরী জগোই লুঃ ৬·০০

মার্ক্সবাদ অমসুং সাহিত্য লুঃ ১০·০০

শরিঙকী অরিবা মণিপুরী
বারেং লাইরিক (২বা সংস্করণ) লুঃ ১৫·০০

কল্লোল লুঃ ৪·০০

মাধবী —ডাঃ কমল লুঃ ৮·০০

শাহোইপী খোঙ্গুল (৩বা সংস্করণ) লুঃ ১৫·০০

খঙ্গংপা শৈরেং (১০শুবা সংস্করণ) লুঃ ৮·০

মেঘনাদ বধ কাব্য (অনুবাদ) লুঃ ১৫·০০

চৈথারোল কুম্বাবা (২শা সংস্করণ) লুঃ ১৩৫·০০

**Historical and Cultural Relations Between Manipur, Assam and Bengal** Rs. 10·00

**Glimpses of Manipuri Language, Literature and Culture (Revised 2nd Edition)** Rs. 10·00

**A Clarification on the Bishnupriyas in relation to the Manipuris** Rs. 5·00

---